# মচু মচুগী সংসার

রাজেন খুমুকচম



ইমাখোল পব্লিকেসন্স, মণিপুর
(ইরমদম মীয়ামগী অপুনবা থোর্জলুপ)
অৱাং পোৎশংবম

# Machu Machugee Sangsar

*(A collection of Manipuri Short Stories*
*written by* **Rajen Khumukcham,**
*published by* **Sapam Indira Devi**
*for* **IMAKHOL**, *Manipur on* *2005)*




কোওউবা : সাপম ইন্দিরা দেবী
রিন্দা হাউস
সগোলবন্দ খয়াম লৈরক
কছার রোড, ইম্ফাল ব্রেষ্ট - ৭৯৫০০১ মনিপুর
ইমাখোলগীদমক পুথোকচবা

অহানবা কোওউবা : ২০০৫



কোপি মশীং : ১০০০ (লিশিং অমা)

কম্প্যুটর সেট্টিং : সাপম হেবোজিৎ অমসুং লোইতোংবম বিস্বরজিৎ

মখুম : এল. বি. সিংহ

মমল : লুপা ১৬০/-

নম্ফম : এম. কুমার ওফসেট প্রেস, পাউনা বজাব, ইম্ফাল

# ৱাকম খন্নদং



ৱারী মচা ইবা রাজেন খুমুকচমগী মচু-মচুগী সংসার হায়রিবা লাইরিক অসিমক ময়ামদগী খন্নদং খুমাং য়াংনা পাজননবগী খুদোংচাবা ফংজখি। ৱারী মচাশিংগী মনুংদা অইবনা ফোঙদোক্লিবসি মতমসিগী চপ চাবা খুন্নাইসিগী ঈচেল শেনদবগী, চৈনাখোল অনিগী মবক্তা লৈনরিবা মরী ময়েক শেংনা য়াম্না তেক্তক্না পাউদম্না য়াওরি।

মণিপুরী সাহিত্যদা রাজেনবু নৌহৌননা অমুক শক তাকপগী মথৌসু ওইদ্রে। ঙসি ফাওবা চাউবাক্লা মখল কয়াগী লাইরিক মঙা খৃ: কুম: ১৯৭৯ দগী মণিপুরী সাহিত্যগী পুক্নেনুংদা খুদোল তমদ্রে। ৱারী মচাগী ওইনসু হন্দক্কীসিনা অনিশুবনি হৌজিক্কী মতমগী নুংশি নুংওনগী অহোংবা, নুপা-নুপী অনিগী অরোল অফোঙ খুন্নাই অসিদা হোংলকইবা মখল মখাগী, মফোঙদোক ফজনা শরুক তল্লি। তশেংনমক হৌজিক্কী চিরবা মতমসিমক্কী ৱারী খুৎলি, ফজনা মীকুপ খরদংদা অপাবশিংদা খঙহন্নবা হোংনৈ। অইবগী ৱারী মচাশিং মখল শুরে। ৱারী মচা (২৪) কুনমরি অসিমক তোঙান তোঙানবা থিম অমমমনি। ঙসিগী মণিপুরী য়ুমথোং খুদিংমক্তা হকথেংনরিবা কয়াবু ময়েক শেংনা অতেনবা মতমদা পান্নবগী খুদোংচাবসু ৱারী খুৎলিশিংদা ফজনা ফোঙদোক্লি। ঙসি ফাওবগী মনুংদা ৱারী মচা ইবশিংগী মনুংদা রাজেনগী তোপ তোন্না মফম অমদি ঙাক্লা থল্লি। অতেনবা ৱারী মচা ওইজরবসু মাগী মফোঙদোক চঙখোল্লি। অচম্বা ৱাহৈনা অরায়বা মওংদা অপাবশিংদা হেক্তা য়ৌহনবা ঙম্মী। মসিমক অইবগী থোইদোকপা গুণ অমনি। মাগী ৱারী মচাশিং পাবা হৌরুরবদি মথংদা কবি হায়বা অমনা লেপ্তনা পানিংবগী, ইহন অমসু শিরি। মসিমক চাউনা মায় পাক্লবা মওং অমনি। ঙসিগী খুন্নাইসিগী নুং-পান অনিগী অরোল অফোঙ কয়াবু য়াম্না চম্না লায়না ফোঙদোক্তুনা মীকুপ খরদংদা অপাবশিংবু ঙান পীবা ঙম্বসিমক মায় পাক্লে হায়দবা য়ারোই।

অরোইবদা থমজনিংলিবদি বাজেনগী ৱারী মচাগী লাইরিক অসি তশেংনমক পাবা য়াববা লোয়নননা ৱারীমচাগী চপ চাবা মহাও অমা পীবা ঙম্লবা গুণ শুনা য়াওরে। বাজেনগীদমক মণিপুরী স্যাহিত্যগী ৱারী মচাগী অইবশিংগী খন্ন-নৈনরকপদা চাউনা মফম অমা থন্নীফম থোক্লে। অইবা অসিগী মখা তাবা হেন্না মশেক মঙাল য়াওরবা তোপ তোন্না মখল কয়াগী ৱারী মচা কয়া মণিপুরী সাহিত্যদা খুদোল তম্না ঙম্না ওইরসনু।

তাং ৮/৭/০৫
য়ুরেম্বম

ডা: শশীকুমার, য়ুরেম্বম

# প্রেসিডেন্টকী ৱারোল

রাজেন খুমুকচমগী ৱাবীমচাগী খোমজিনবা লাইরিক অসিদা পূন্না ৱাবীমচা কুনমরি য়াওরি। মখিং থোক্লিবা মচু মচুগী সংসার অসিদা অইবনা মচু অমদগী মচু অমদা য়েংহনখিবা ফিক্সন অসিমক্তি ভশেঙনমক সংসাবদা ওইথোকপা য়াবা নত্রগা ওইথোকপা য়াবগ্রা হায়বগী ৱাহং অমা হংবা ৱাবীমচানি। অইবনা পুথোক্লিবা মচু মচুগী ৱাফম অসিগী থেম থেম্নবা অদুগী ৱণকী মখিসু মাগী ৱারীমচা পুন্নমক্তা ময়েক শেঙনা তাবি। *মতৌপ্না মোই'বা* দা থম্লিবা ফেমিনিজমদা য়ুম্ফম ওইবা নুপা নুপীগী লৈনবিবা মখিদা ময়েক শেঙনা প্রোজেক্ট তৌবা থেংনবি। য়ুমগী নুপীনা অতোপ্পা নুপী অমগী মডিক মগুণ শৈথাবা কৈদৌনুংদসু তানিংদে হায়বা ময়েক শেংনা নৈনে। অতোপ্পগী ৱাফম পুশিল্লকপগী মহৎত্ত মচা মগু শেন্নগী ৱাবীনা হেন্না নুপীনা পামজে। *'মোই'বা য়াম্না ... মাদু খিৱীকা ... হায়বদু, লোমদনা ... কৈখোম ... হায়বদানবে?* থবক্তগী পোথাববদা থৌদোক ৱাথোক কয়া বার্ত্তণ ফণ্ডুনা চংপদা নুপীনা ৱায়ৌবা লৈতে। হুজিল্লকপদা মচাগী খবা মীপক অমদি ওইবা তাবনি। *"কৈদৌরুবি ইনা ... তিনবা ... ... শোইরেদা। ... ..."...* মসি মতমদা ... *'অতোপ্না মোই'বা''* মসিনি সাহিত্যগী অশেঙবা মখি তাবা ৱাবী মচা হায়না খঙনরিবশিংনি।

মথং অমগা পুথোকচবদা *"মেনাবা মৈরাঙ্গুব্বী"* হায়না মিংথোম্বা ৱাবীমচা অসিদনা হৌজিক্কী এইডসকী মতাংদা মরি লৈননা ইরি। *'অমেংবা চীংখবা ... মাগী নুপাশিংবু ... হায়বদু তৌরগোইদ্রবে? হং ... ইরা মনিংদে'* মসিদা থবদং পঙ্গবিবসিমক ভশেঙনা অতে ৱাবীমচা পুন্নমকসু ফজে, মদুগী মনুংদা রিয়েলিস্টিক ওইবা সমাজদা শেংদেক্লবা, মীং-মায় পাংহন্না য়াবা ৱাবীমচা মোদেল থরদং লৌথংচবনি। অশেংনমক রাজেন খুমুকচন্না ৱাবীমচা ইবা সেঙ্গুবি অসিগী অইবা অমগী মশিংদি হেনগৎহল্লে। মহাক্না পুথোক্লিবা লাইরিক *'মচু মচুগী সংসার'* অসিমক্তি অনৌবা মতমগী লমজেলদা ইথোইননা চেম্ববিবা লাইরিকশিংগী মনুংদা অমনি হায়বদা ভশেঙনা খীয়াম্না ৱাবীবগনি। শৈরেং লাইরিক্তগী ৱারীমচানা হেন্না অপাবশিংনা পাম্নবা হেনগৎলকই হায়বসিসু অশেং ভশেংনা চুন্নবা ৱাফম অমনি। মাগী লাইবিক অসি পাফমগা প্রজেক্ট ট্রেণ্ড অমগী মশক উৎলকই। অতে অইবশিংনা নুপাবুতা শৌগৎপদু ৱাজেন খুমুকচন্না নুপীশিংসু সমাজদা অচৌবা শকক য়ারি হায়বগী মীৎয়েং সাইকো এনালাইসিস তৌদুনা পুথোবকই।

*'মনা মখিল মাথক্তু'* মীংথোনবা ৱাবীমচাদা নুপীনা মশানা মশাবু হংহংদুনা নুপাশিংনা লক্লনবা মচাক ওইহনবু ফোঙদোকই। *'মনাবা থেংশিবদু কাংথম ফিবি। শিংশিনা খুরিংতুনা ... ... 'ইৎ ফোংশিবি, অদুনা য়ুংথনু ... ... ... থাইরি। ... ... ... তৌরি। ... ... ... ... তৌরি। খুরিশসু ... খুরিশগুম ... ... লোশিস তৌরি...'* ৱারী মচা অসিমদি অপাবশিংদা কাংমগী ইহৌ শাগৎপা সেলুয়েল/ইমেজবি ফজনা য়াওবা খুই অমনি হায়নিংঙি। শ্রী ৱাজেনগী খুপুথোক মন্নামদগী ভোপ তোপ্পা মশক ওইবনা মাগী খুৎপুথোকশিংগী মবমদা শৈরেং ওইবে ৱাবীমচা ওইবে পঙইদা ইনিংই। ৱাবীমচা পুন্নমক্কী তোঙান তোঙাম্বা মহাউ অথাননা য়াউহনসু মহাক ফজনা হৈরে। *'চৎথিসিকো'* মীঙথোনবা ৱারীমচা অসিদনা অইবা রাজেন সোসিয়ো ইকনোমিক্কী মরমদা স্টেটিস্টিক ফজনা খঙবা মীশক অমনি হায়বা ময়েক শেংনা তাকই। মহাক্না মণিপুব অমসুং মুমলোন্নবা লৈবাকশিংগী মতাংদা ইথোবকপা অসিমক ভশেংনা অইবা অসি লমকোয় ৱাবী ইবদসু অঙকপা ফঙনা ফজনা ইবা ঙমগদবা অইবনি হায়নিংই। শ্রী রাজেন্দা ফিদা অমা পীবা কাওবদি ঙসিগী মালেম অসিনা তৌফম থোকপ্রা হায়না খল্লি।

তাং ১২/০৭/০৫

রাজকুমার গুনচন্দ্র
প্রেসিডেন্ট, ইমাখোল, অম্বাং পোৎশংবম

# ৱাহৈ খরদং



রাজেন থুমুকচম মণিপুরী সাহিত্যদা অনৌবা মিং নথন্রে। শৈরেং অমদি ৱারীমচা কয়া ইদুনা লোকখ্রে। হন্দক লোকশিনবসি ৱারীমচাগী লাইরিক্নি। লাইরিক মমিং 'মচু মচুগী সংসার' হায়বসিনা লাইরিক অসিদা য়াওরম্মগদবা ৱারীমচাশিং অসি মথল মথেলগী ৱারী ওইরমগনি হায়বদো ৱাখলদা কাওহল্লি। ৱারীমচাশিং অসি পাকরগা হায়রিবসি অয়ানবা ওইখ্রমদে। সংসার অসি মচু মচুগীনি, মচু কয়ানা পুনবনি। সংসারসিদা লৈরিবসি মীওই মথল মথলনি অফবা ফত্তবা, অশিংবা অপংবা, কজবা অথীবা, অকনবা অশোলবা, নুংঙাই ৱাইফবা লায়ববা. । মীওই মথল মথল অসি সংসাবসিদা হিংনবগী লানফমদা থেংনরিবশিসু মথল মথলগী থৌদোক-ৱাথোক্নি, মায় পাকপা মায়থীবা, নুংঙাইবা অয়াবা, কপ্নিংবা নোক্নিংবা মতম থরা লৈবগা কাউখিবা নংত্রগা মতম কুইনা কাউবা য়াদবা থৌদোক কয়ানি। অসিগুম্না মীওই কয়া, থৌদোক-ৱাথোক কয়া অইবনা ৱারীমচা কয়াদা মূর্তি কেমেয়ানা নম্বগুম নমদুনা ময়ামদা য়েংহল্লি। ৱারীমচাশিং অসি তেম্বক তেম্বক তৌবা ঙাক্তনি। অদুনা ভাবোকশিংবু চোকথহন্দে ৱাহন্দে, অমা লোইবগা অমা অমুক য়েংহল্লি, থৌদোক অমদগী অমদমুক পুই, মীওই মথল মথল হোংল-হোংলদুনা উনহল্লি।

অহানবা হেক হৌবগী ৱারীমচাসি হেক পাবগা থম্মোয়দা ফাওগনি অইবসি হৌজিক হৌজিক থোক্লিবা থৌদোক ৱাথোক কয়ানা য়াম্না কয়া থোয়শাউহল্লি। তৌবগীদি মসি অইবা খুদিংমক্তা ফাওবা ঙাক্তনি। সমাজদা থোক্লিবা অয়া-নুংঙাইগী থৌদোক ৱাথোকশিং উরগা অইবনা তুমিন্না লৈথোকপা ওমদে। কলম পায়খংজি। "হল্লক্রবোইদবা' হায়বা ৱারীমচাসিদা হৌজিক হৌজিক মণিপুরদা তত্তনা থোক্লিবা, ঐথোয়না উরিবা - লালহৌবা নমথনবগী মিংদা সিফাইশিংনা মীচম প্রজাবু কবিমত্তা মীনুংশি য়াওদনা লালহৌবনি হায়জিন্নগা হাৎতোকপিরিবা অদুগা মসিনা মবম ওইদুনা ইমুং-মনুং কয়ানা মমা-মপা কয়ানা কায়না মৈশা লাংবতা নত্তনা সংসার ঈপাক্তা ঈয়াক্লবিবা, মসিগী শক্তম অমা অইবনা য়েক্লি। অসিগুম্না থৌদোক-ৱাথোকী হেন্না ফজনা য়েকপা শক্তমদি 'নীংশিংলক্নু য়াদে' হায়বা ৱারীমচাসিনি, ফ্লাস বেক্তা ইবনি। লাপ্লবা চীংগী খুজং অমদা হিংনলবা লাম্বেংনয়কখিবা মতে মনাওনি। অনাবা মচাগী লায়েংনবা হিদাক লৈবা ইম্ফালদা চংপদা মপুরোইবদু নিনি-হুম্নি হল্লকখিদে। মাবু চিংনবদগী কাদুনা মমিং-মমায় পুনশিন্দুনা কুবনে-চৈবনে য়াম্না শাখিনা লাক্লবিখিবনি। অদুবু থাদি থাদোয়রকখি, মপা-মউ পুংগোল পোলথে কুবগা কাইনথংদা ময়াল লৈবমগ্রে হায়দুনা। অদুমু অবাবদি লোইখিদে। চীংদা কাওলুপকী লান হৌরকই, হাংপা তুপ্নদা নত্তনা ময়ুম-কৈ মৈ থাদুনা খুজং অমমম তুম্না চাকহল্লকই। লানবোয় মানা খুজং থাদোকতুনা চেম্না- চেম্না উই মথোয়গী মুম তুম্না চাকপদো। মথবায় নুংঙাইতে। অদুবু মদুদগী হেন্না ওমচাক্লনা নুংঙাইতবদি, মপুরোইবা লাপ্না থবক শুবা চংখিবদগী হল্লকখিদবদুনি। হল্লকয়া থঙদে, হল্লকগসু উয়গয়া উয়রোইয়সু থঙদে। ৱারীমচাসে ফজে। চীংগী খুন অমগী শক্তম য়েকপদা অইবনা ৱাহৈ থরতংদা ফজনা লৈশি লৈথোন্দুনা অপাবগী পুক্নিং হুহনবা ওমই। অইবনা লৈশি [illegible] - ' খুনগী [illegible] থোংলকপদা চীংগী য়েনবাশিং মথং মথং য়েনথোং তন্নকখি। ইংনা চীক চীক লউবা নোংঙা[illegible] [illegible]বনা অহোবা থির থিরদুনা লিরি লিরি হমজল্লকখি। নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরকখি। শাংলবা অহিঙ অমা অ[illegible] [illegible]খি। মতমবাক্তা অনাবা মচাদু পম্না পম্না চোকথববা হকচাংগা লোয়ননা মপুরোইববু ঙাইখি। ঙাইবগী লোইবদি নাইখিদে।

ৱারীমচা থরদি ডোকুমেন্টরিগী মওংনি। মসিগী খুদম অমদি 'মসি মুংথংনু' হায়বসিনি। অইবনা সমাজদা চংনরিবা চংনবী থবা য়াম্না পামদনা লোওদোকপা য়াওই। মসি য়াম্না লোতনা হেক্তা হায়দোকই। অমবোমদা মসি ফত্তবদি নত্তে, অদুবু য়াম্না লোংনা হায়দোকপসিনা সাহিত্যগী মগুণলোমদা থয়া হন্নরণ তৌহল্লি। অপাবা মীবুসু থহ্নহনগদবনি, থহ্নবগী মচাক্তি অইবনা শীগদবসি। ৱারীমচা অয়াম্বা ফজে হায়বা য়াই। ৱাবী শীবদা শীজিন্নরিবা লোল-লি ৱাহৈ-ৱাতা য়াম্না চমই। অদুবু ফজদবদি নত্তে।

রাজেন থুমুকচম্না ৱারীমচা অভেসু ইদুনা মণিপুরী সাহিত্যদা মশক নাইনা খুদোল থবা তৌরকখিগনি হায়না আশা থমজবি।

ইম্ফাল, জুলাই ১২,২০০৫ | নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহ

# ইমাখোলগী ৱারোল



ঐগী ইৎরৈবাক ৱারীগী লৈবাক্তি। মৈহৌরোন্দগী হৌদুনা ৱারী লীনরম্মী মীওইবা মশেল অমগা অমগা। ইবিনবা লৈহৌদবদগী ফজরবা ফুঙ্গা ৱারী কয়া মাঙখ্রে। পুন্সিগী থৌদোক অমবু পুক্নিঙনা মচু শঙলগা ফজনা য়েকথোক্লবা লাই অমগুম্মা অতাবা নত্রগা অপাবা অমগী মমীংতা শঙশঙনা হেক্তা উহনবা ওল্লবা মহাও লৈবা, মগুন ৱাংবা ৱারেংদু ৱারীমচানি। পুন্সিগী তাঙ্কক অমগী থুপ্লদগী থুপ্লবা, লুবদগী লুরবা ৱাফম সাহিত্যগী মরল ওইগদবা ফজবা লোন্দা পুদাদা ফোঙদোকপনি। সনাবুলদা সমুদ্রগী ঈশিং চলহন্বগুম্বনি। ৱারী লীবা হৈবা কয়াসু লৈ। ৱাবী তাবা হৈবা, পাবা হৈবসু ৱাত্তে। ৱারীদা ঙাওবা, ৱারীদা থৱায় লৃপ্পা ৱাত্তে। ৱাবীনা লৌশিং পী, অচুম্বা লম্বী তাকই। পাউরৌ পাউতাক পী। অফ-ফত্ত ময়েক শেংনা মশক তাকই। ফিদম উৎলি। সমাজগী মমি তাই। সাহিত্যগী মীংশেল ওই। থম্মোয়দা অকম্বা শাফু পী। কপহল্লি, নোকহল্লি, ৱাহল্লি, নুঙাইহল্লি। অচম্বা নত্তে, তরাইবা নত্তে, ৱারীমচা।

পাকচাওবী মালেমগী সাহিত্যগী লৈকোন্দা লৈরাং চার খরতা ওইরবসু থাজিঙ্কবা ওম্মনবা শেমখিবা ইরমদম মীয়ামগী অপুনবা খোর্জে লূপ (ইমাখোল) গী, ইমাখোল পব্লিকেসন্স, মণিপুরনা অতেনবা মতম খরসিদা লাইরিক মাপল মায়পাক্লা পুথোকচখ্রবগী মতুংদা ইমাখোলগী ১০শুবা লাইরিক ওইনা রাজেন খুমুকচমগী মথেল অমদি মহাও মান্নদবা ৱাবীমচা ২৪ গী লাইরিক 'মচু মচুগী সংসার' কৌবা লাইরিক অসি ওইনা মীয়ামদা খুৎশিন্নজরি। রাজেন অমুক নৌনা শক তাক্লিংঙাই ওইদ্রবা মশাগী লাইরিক মঙা পুথোকখ্রবা মীয়াম্মা শকখঙনরবা মীশক্লি। মহাক্কী তেন্তক তেন্তকপা ৱারীমচা খরদি ৱারীগী পন্দোম লোমদ্রিফাওবা অপাববু চিংদুনা পূবা ঙমই। ইনিংবগী ঈফুৎ অইবগী খোর্জেদগী খক্তবা ওইবসনু।

তাং ১৩/৭/২০০৫ ইং

কেশো সিংহ ইরেংবা
সেক্রেটরি,
ইরমদম মীয়ামগী অপুনবা খোর্জে লূপ,
অৱাং পোৎশংবম

# অইবগী ৱারোল



তশেংনা ইবসিন্নদি পামজন্নকপনি। পামজবশিংগী মন্নক্তা শৈরেং ইবনা থন্না হেন্না পামজবনি। মসিমক্তা শৈরেংগী গুনশিং সুনা খঙলে হায়জবদি নৎচদে। শৈরেং লাইরিক ফোঙলমদায় অমসুং ফোঙলবা মতুংদা, মরূপ মপাং খঙন চান্নজবশিংনা য়াম্না কোইদনা হায়বিরকই। ইগে হায়রবদি শৈরেং ইগনুবা। ৱারী মচা, নোভেল, লিলা, ড্রামা, ফিল্মগীগুম্বা ওইনা ইমুবা। শৈরেংদি ঐখোয় পাবদা কন্না খুৎলোয়দে। মনিপুরদা শৈরেং পাবিনবা মীগী মশিংসু য়ামদবনি। ইতৎ তৎতনা হায়বিরকখিবা ৱাফম্নী। ঐনা খুমখি। লোয়নমক থন্না থরদি ইদুনা লৈজরবনি। য়াম্না খঙলে হৈরে হায়বগী ৱাফম নৎচদে। থেংনরকপা, উরকপা, তারকপা থরদং পুক্নিংদা পাদম অমা লাকসিঙ্গরগা ইথোকচবনি। ফোঙলমদায়দা ফোঙদোকপা ঙমজদবা, অসিনা খ্বায়দগী মরুনি। অদুগা অমগা হায়বা তারবদি ঐখোয় লৈকাইদা ইবগী লমসিদা পুক্নিং থৌগৎশিনবা , মতেং পাংবিনবা মরূপ মপাং থন্না ৱাংলি। অমুক্তা হেন্না লুরিবলা, ঐদি নপচ খোৎচদুনা মীগী মতেং লৌবসি, পীক্লীঙৈদগী হৈলরক্তে। অদুনা মরূপ ৱাংলি। মরক মরক্তা নীংবা য়াম্না কায়খি। ৱানা হৌরক্লগা ৱানা অসুম লোয়রগদ্রা মফম চাদনা খিনবা থরুংগুম থন্নকই পুলিসে। অদুগা মীনসু কয়াদি নুংশিবিদবা হায়বদুনি। মসি ঐগী পীথোরকপা ওইরম্বসু য়াই।

পুম্নমকসি থমজগ্রগা, ঐগী তরুকসুবা লাইরিক, ৱারী মচাগী ওইনা অনীসুবসি পাবিরগা অফ-ফত্তা পুম্নমক নৈনবিরক্লবগীদমক মীয়াম পুম্নমক্কী মফমদা খুৎশিন্নজরি।

লাইরিকসিবু লাইরিক ওইনবা হোৎনবদা ৱাহৈনা পাজলনা অঙম্বা তেংবাংবিরকখিবশিংবু অমমমত্তা ওইনা মিং পঙবা ঙমখিন্রবসু পুম্নমকপু সুপচিঙ্গরগা তৌবিমল খঙবা উৎচরি। পুম্নমকপু থাগৎচরি।

শগোলবন্দ খন্নাম লৈবক
১৮/৭/০৫

রাজেন খুমুকচম

ঝারী মচা খরদি পাউচেশিংদা হান্না হাপচগ্রে। অমুক হন্না খোমজিনজবগা লাইরিক ওইনা পুথোকচনবা হোৎনবদা অয়াবা পীবিবকপগীদমক তৌবীমল খণ্ডবা উৎচবি।

*কোশকী*

# য়াওফম

মারী মচাশিংগী মনুংদা মাওরিবা মিং, লৈরম,
মরম-মতম অমসুং লৌদোক-নাথোক পুম্নমক
মায়রকপা চায়রকপা মাওরক্লবসু মদু কনামতগা মরি
লৈনদে। অইনা খাগৎচবা নাখশগী নাখশনি।

# হল্লক্রোইদবা

মুৎলমদাইগী থাউমৈনা অমুক্তং খংঙান ঙাম্মোক্লম্মী হায়নৈ। মঙালত পিবিবা থাওমৈনা মশাগী অমম্বা মমিবুদি কৈদৌনুংদ থক কোকহনবা ঙমজদে, মসিমসু হায়নৈ উনবা পাল্লীবা মিৎনা, মাগা খায়দগী নক্লবা পাবুদি উবা ঙমদে।

ঐ তশেংনা মবে য়েংনিংলুবা লৈত্রে। অদুবু ঐনা য়াম্না থোয়না হেন্না ঙক্লিবদি তাইবঙ শেম্না শকউদবা মপু মহাক্লা ঐ-মা-মখোয়-ঐখোয়গী মরক্তা য়েল্লল্লীবা চাকথুংসিনি।

মকুম মথানা লাক্লবদা শংবান্ননা লৈজবম্বা নোংমদোল অতিয়াসে ঙংনা লাউনা খোংনা পাইবকপা মন্নবা নোং পুবা লৈচিলগী মপৈ মপৈনা কুপশিনখি। শংবান্নবম্বা অতিয়া পুম্নমক ঙম্না খায় লাওনা মাঙখি। ঙংনা লাওনা খোংনা পাইবক্লিবা অমম্বা লৈচিলনা নোং ওল্লগা অমোৎপনা থল্লবা সংসাবসে চামথোক্কে খল্লম্বা ওইবম্ববুদি য়াই। অদুবু ঐখোয়গী ইফমদদি খাংবদ ৱাজখবেদা, মাগী মতৌসে য়েংঙমদে।

নোংমা, বলা ঐখোয় যুমদা লাকই। ঐগী কাদা চংলকই। বলা নহাক লাক্লীববা? ঐনা হায়খি। লাও চংলকউ লাও। অদুবু মহাক থোইনা ইহে হৈনিংদবগুম তৌখি। সোম্বাংনবা ৱাহৈনা "ৱাখবেদা নন্দী" ঐ তৌফম খঙদে হাযখিবগুম তৌই। ঐনবু হায়খি।

"কবিনো বলা নঙসিমা ওম্ভোক্লা নুপী মানজখিদ্রে।"

নন্দী ঐসে ঐখোয টৌটি মখোংদা অসুম ফল্লম্বনি। ইখং খংহৌদনা ঐগী মিৎসে পীনা খাম্বা ঙমদনা পুমচোৎ চোংলকখি। অদুদগীদি খাংফম খঙদ্রবা অৱাবা অমনা ঐবু য়াম্না কল্লা ওং লৈবকখি। ঐ তৌফম খংলকত্রদুনা নঙগী ননাক্তা পোথারুগে লাক্লবনি। মখোঞ্জেল নিক্লকখি। হায়বগা তৌবগা মপী চদুম চদুম শীঙ্খবক্লুনা কপথোবকখি। ঐ পুমঙক ঙকখি।

"কবিনো বলা নঙনা অসুক পাঙদ্রিবসিবো, নত্তে কবিনো

হায়বা?" নঙ অদুমায়না তৌজনুকো ঐদি য়াম্না হৈনদে। মাগী অবাবা খঙনা খঙনা ঐনা থম্মোয় চাওবী শারদুনা মাবু থেমজিনখিবনি। ঐগী য়াহৈশিং তারগা মাসু অদুম মখুল্লকই।

"নন্দী কল্লীদকো নঙগী থম্মোয়।" হোয় কনফম থোকই। নঙদি ঙসি ঐনা ফংলিবা পাম্লীবা মৈচাকসে ফংদ্রি। মদুমকতনা নঙনা ঐঙোন্দা লায়না, য়াম্না লায়না হায়দোকপা ঙম্লীবনি, নৎত্রা?

অতৎ অখম লৈতনা মপী শিঙ্করদুনা অসুম মখা তাথরকখি। নঙনা ঐ ওইদুনা মৈচাকসি ফংলম্লবদি নঙসু খংলমগদবনিকো।

বলাগী মতৌদো উকরগা ঐ তশেংনদি নুংঙাইরকত্রে। অদুবু অসুম য়ারুদুনা কান্নবদি লৈত্রবনিনা মহাকপুসু অবাবসি কাউনবা নোক্লিংদনা মোমোল নোক্লদুনা থম্মোয় কনবী অমা শাদুনা মাবু থেমখিবনি। অমুকসু হায়খি।

বলা নঙ কান্নদবদ মাথা য়াম্না চলায়রে। কান্নদেসে ঙসিদি সিনেমাদুম য়েংলুসি। ঐখোয় তাচৌনা মৈতৈরোলগী য়াম্না নুংঙাইবা ফিলম অমা তৌরি, টিকেট ককপিগে হায়রম্মী হেক হায়রুবনি।

কৈ কিদুনা চেল্লগা শঙম ওক্লে হায়বগুম অবাবা কাউথোক্লবা খন্দুনা হায়রুবদুনা মঙোন্দা থোইনা হেন্না অবাবা ওইনা থোক্লুরমাল্লে। অহোইনদুম খোঞ্জেল থোক্লা মপীদু অরৎ অখম লৈতনা শিঙ্করকখি। অদুগা মতৎ মতৎলবা খোনফমদা হায়রকখি।

"ঐ সিনেমা য়েংজরোই।" মদু য়েংলুরগা হৌপ্রবা খৌদোকশিং সোয়দনা ঐগী মাংদা পরেং পরেং লেংলক্লনি। কবিবু কান্ননি নীংশিংলুদুনা।

হৌদোকলুবা খুদিং মাগী য়াহৌদোক পিবগুম, মানা হেক্তা মখা শমথরকখি।

"নঙসু য়াওবদায়নে?" ঐখোয় সিনেমা য়েংসি চৎলগা টিকেট ফংহৌদবদো। অদুদগী ফোর অসাম রাইফল মনুংদা অহানবা কংলা মেলা য়েংমিন্নখিবদো। মেলা য়েংফমদা খুজি লংবীদা পীরকপা লৈ পরেংদো, থোরক্লগা অমুক টিকেট কক্তুনা য়েংমিন্নখিবা ফিল্মদো।

নন্দী ঐদি মৌদোকশিংদে ওরাংত্ত থোকখিবগুম নীংশিংলি। নোংমসু কুইনা ওাইমলবদা নওনদি য়াম্না শাওখিবদো, ঐখোয়গী ফোর্ম ফিল্লপ তৌবা নুমিৎ অদুম্তু। নোংমনা উম্নসি হায়রক্লগা উম্নখিদবা। তশেংবদি ইবাম্নী খবক অমা চৎলিদনা। মথং উম্নবদি মানা য়াম্না শাওখিরদো। ইয়াল কুপশিন্নবা ঐনা ওনসল্লগা শাউজনখিদনা। "মীতোপ য়েংলিঙেদা ঐখোয় উহৌদবা ওইরিনি।" লান্দা লাল্লবোয় নিংদুনা মানা শেংদোরকখি।

"অশেংবনি সৈত্য, ঐ নখোয়বু তশেংনা উখিদবনি।" কনাগী মীতোপ্পু য়েংলুদোয়নো? মাসু মরাল লৈদ লৈরবগুম ইতুক তুকথখিবদো।

নোংমনা ব্রারী শারিঙেদা তামোয়াই লাক্লে হায়দুনা লোৎপদা নালাদা তাশিন্দুনা নমথীরবা লৈখোম লৈনাংনা ইরুজখিবদো। অসুম্না নীংশিংবগী তাবুনুংদগী মরোল মরোল চিংথোরকখি।

নোংমনা... ঐদি অমত্তা চিৎথদনা নীংশিংলি। খল্লু খল্লুরগা ওসিদি ঐ য়াম্না নীংওমলক্লে। মাগী থবায় য়াওব্রবা হকচাংনা লৈগী দোল্লাই তোংদুনা লাকখিবদো ঐবু করম্না কাউরসিগে? ঐনা মরক থৎনবা হোৎনখি। ফরেসে তোক্লো। ময়ামদো অসুম নীংশিংলুরগা থম্মোয়তনি লাইমন ওইহৌগদবা। নওগীদমক খল্লুরগা ঐসু নুংঙাইবদি নত্তে। নত্তে নওবু, ঐসু নুংঙাইরমগনি খনবরা? ঐসু মিৎশিদা শং শং উরি। নুমিৎ খরনিগী মমাংদা নওবু য়াম্না উন্ননিংই। য়ুমদমক হেক চংবদি নুংঙাইত্রে হায়দুনা ঐঙোন্দা পাউ অমত্তা হায়রিয়ু কন্না তক্লম্বনি। অদুগা ওসিনা ঐখোয়না তারিবা পাউসিবু মওগা চপ মান্নরে। নুমিৎতুদা হায়রমখি।

নন্দী ঐ হয়েংদি আদা চৎব্রগনি। নওনা মাবু অমুক্তা কৌথোকশীয়ু ঐ মাবু য়াম্না উন্ননিংই। অদুবু ককা লৈবদুদা ঐসু মঙোন্দা হোয় মায়পাউখুম পিরমখিদরে। ঐনা বলাবু থেম্নবা হোৎনরুবা খুদিং অরেম্না তাম্রে। ঐগী ব্রাহ্মশিংদো তারবগী মতুংদা বলা খংহৌদনা লেকথরকখি। ঐনা পাখৎতুনা কোয়লাও লাওখি। ও ইমা বলা করিনোম তৌম্রে।

বলানা লেকথরকখিবগী মরম মুম্না খংবদি মাগা লুনা চান্না থাদোক্লবা লৈতনা তিন্নজবী ঐ ইথত্ত ওইরমগনি।

দা সন্তোস য়াম্না যবা মটিন তুমখৎলক্নিবা হোকিগী শান্নরোয় অমনি। বোজলোয়রদা পাংথোক্লদবা চেম্পিয়ননশিপ অমগীদমক চৎমিন্নগদবা খুরাইদা লৈবা ময়ুম মপাংশিং থরগা উন্নরুরগা ময়ুমদা হল্লকখিবনি। তৌবদি করিনো'মা চামিন্নখিসি হায়দুনা মখোয় খরা নুমিদাংগী চাক চারগা চৎখিবনি হায়। লম্বীদা সিফায়না থৎলগা য়াহং পাউহংদুনা করেম্নবিখি। মানা মকোক্তা উপ্লীবা অয়াংবা তুপিদু (কেমোফ্লাস) লৌথোকপিদুনা হংখি। "মসিগুম্বা তুপিসি উপ্লবা কনানা নঙোন্দা ওথোরাইজ তৌই?" থোয়দোকপা লৈতবা চুম্না সুম নুংঙাইবগী উপলুবনিনা দা-সান্তোস খুমদে। অদুবু মথম্মোয়দদি মখোয়গী মতৌদুদা হায়কম খঙদনা ওমচাক্লখিবজাৎনি। করেম্নবা য়াবা করেম্ন বিরবা মতুংদা গাড়িদা কাখৎহনখি হায়। মানা তোংলকপা গাড়িদুদি শড়ক নালাদা ইন্থদুনা থমবিখ্রে। গাড়ি মথক হেক য়ৌবগা সিফায় অমনা মমিৎতা অমুবা ফিজেৎ অমনা পুনশিনবিখি। স্পোর্টকি চফু থুগায়বী শান্নবগুম মিৎতা ফি পুনশিল্লগা কোয়চৎ চৎখি। খরা চৎলবা মতুংদা মফম অমদা গাড়িদগী কুমথহন্দুনা চেল্লু হায়খিমাল্লে। মতমদুদা দা-সন্তোসনা হায়খি।

"মিৎতি খুমজিল্লগা করম্না চেনগদৌরিবনো?"

"অরে ভায় খোলেগা খোলেগা" হায়দুনা ফিদু লৌথোকপিখি। পোন্দা ফাজিন্দুনা থল্লম্বা চেক্লাবু মথোং হাংদোকপিরবদা মনিং তম্না পাইখিবগুম ফিদু লৌথোকপগা ইকান কান্নদনা দা-সন্তোসকী থবায় য়াওদ্রবা কান্নদ্রবা হকচাং পোলাংদু হন্দোক্লল্লগা থবায় চেক্লাসু অহাংবা মালংদা...

থৌদোক অদুগী পাউদম, উহৌবা মীগী য়ারী, পাউচেদা হেক য়াওরকপদগী বলা ঙসি ফাওবদা মঙগুম-হাগুম চাগনি থক্কনি খঙদনা লৈরকখিবনি।

ঙসি ঐগী ইমান্নবী বলানা ওইরিবা ফিভমসিবু ঈশ্বর মাগী নোংদল্লা? নৎত্রগা কনাগী মরালনো? হংখিনি ঐদি লেপ্তুনা হংখিনি পাউখুম ফংদ্রিবা ফাওবা। অদুবু দা-সন্তোসমী ঙক্লরোই॥

তাং ১৭-০৭-১৯৭৯

# হোটেল

রাজো ওফিসকী তলব চাবা থবক মচা অমা তৌজরি। মানা অদুঙৈ ফংলম্বসি থা অমদা সুগ্নরভগী লুপা চান্মা য়াখ্রেত্তনি। লুপা চান্মা য়াখ্রে তমক হায়জবগী ৱাদনি। তলব হেক ফংবগা মরক মরক্তা ফুরিং অহনবা অমা, খোংগ্রাও অহনবা অমা, খোংউপ অহনবা অমা লৈরগা ইমুংগী অশিং অপাসু চৎনরিবনি। পূম্নমকসিগী মথক্তা ফুরিংখাওদা নাম্বে শেল খরসু মরেমহৌরিবনি।

মতমগী মতুং ইন্না মথং মথং হাপকৎলক্লুনা মখোয়গী বেসিক হায়বদু লুপা চামণ্ডা কুন য়ৌরে। খরা লৈরগা অমুক লুপা চামাপল হুমফুতরা মণ্ডা য়ৌরে। খরা লৈরগা অমুক লুপা লিশিং মরি হায়বদু য়ৌরে। ককথোক ককসিন হাপতোক হাপচিন ময়াম'মা তৌরবা মতুংদা লুপা লিশিং নিপাল্লোমদি মফংলবনি। অদুবু হৌজিক্তী মমাংঙৈদা ফংলম্বা লুপা চান্মা য়খ্রেদুনা তৌবগুম করিগুম্বা থবক অমত্তা মনিং তম্না পাংথোকপা ঙম্নমদে। ফনা হেনগৎনা ফংলবসু শিজিন্নবা মতমদদি কোন্নদদুনা মপি ইরা চেনবকসু ময়াওরকই। লৈবা য়াবা লৈরবা মতুংদসু লেল্লম্বদুনা লৈগদবা পরেং পরেং ৱাৎতুনা কিঁউদা লৈখি। কিঁউদু মচি লেংবা ইঙম ঙমদে।

প্রমোসন মচা অমসু কাজরে। লুপা খরসু হেনগৎন মফংজরে। অদুবু পূম্নমক হায়ু হায়ুনি। কিঁউগী পরেং শাংবা হেনগৎলকই। প্রমোসন কাখৎপগী নোকপা হুম্বরক্লীঙৈদা ইখঙ খঙহৌদনা পেন্সিলগী মতম য়ৌরমদুনা ওফিসকী থবক্তগী পোৎথানবা বার্ত্তন ফংলে। ষ্টাপ ময়াম্না খুদোল পোৎকা লোয়ননা বিদায় তৌরকখি। খুদোল পোৎতু থবাক্তা থম্লগা খুৎ অনিনা কোল্লগা য়াম্না লুম্নবা ৱাখল অমদা খোঙনা পুদুনা য়ুম য়ৌরকখি। মতৌ করম্না য়ুম য়ৌরকখিবা খল্লুবদা তুজুংবা ফাওই।

নহালমখৈদি ওফিস কারমদায়দা পুন্নাং লাংদুনা লৈজবা খরা শেং চাদুনা ক্কা মতপ অমকা উন্নদনা ওফিস চৎখিবনি। ওফিস কুম্নকপদসু নোং ফাদোক্কসি ৱাখল নুংঙাইনা মালেম পৃথিগসি মথক মখা ওন্দুনা নোম্নগসু লাকপা য়াওখি।

ওল্লীঙৈদা থকপা চাবদা লিংথৌ শাখিবা। শেল্লেম খরা খরা ফংলিঙৈদা অরেম্বদা খরচ তৌখিবদু হৌজিক্তি নাপ ওন্দুনা পীরকপদগী থাদোকপা য়াবা থাদোক্লে। হকচাংসু খরা য়োক্লীংলকপগা মপা-মপা চান্নরুববা হায়বদুনি।

শেল খরা খরা থোক্লবা মতেং মতেং ওইনবা মন মনগোম থোকপী অম নিংদং লোয়গদবসু য়ুম ইথোলনেনা তৌরিবদু অসুম অসুম য়েঙ্থোক্লরকখিবদ হৌজিক্তী মায় ফাওবা লৈফম লৈতদুনা অবাবা অমা ওইরে। পোথাবা ওইনা লাইরিক লাইসু খরা পাদুনা মরক মরক্তা মারেং শৈরেং ইরগা পাউচেদা হাপ্লগা নুংঙাইথোকপা তল্লী। পাউচে লোযনমক লৌবদি ওমদবনিনা য়ুমদা লৌদবশিংদো নোংমাইজিং নুমিৎতদি বজার তান্না চৎতুনা পাউচে ময়াম 'মা লৈরুরগা নুমিৎ নিনি হুম্মী ফাওবদি কোমা চৈথৈ অমত্তা চিংথদনা পারিবজাৎনি।

করিগুম্বদা নুমিদাংবাইরম, অসুম ঙাহৌ ঙাহৌ হায়গৎনরক্লুনা মাহেং লৈকাইদা মরুপ অমগী হোটৈলদা ঙাইহাক ঙাইহাক ফম্মী। তশেংবদি মাগীদু হোটৈলদি নত্তে। মীরোন্দা হায়রগনা চায় দুকানকা হায়নবজাৎতুনি। ঐথোয় ইরোন্দা হায়রগদি চায়োনফম হায়বা তারবরা করিনো অদুবু মসিগুম্বসি পুন্নমক্লা হোটৈল হায়রগা লোয়না খঙনরবনিনা ঐসু হোটৈল অদুম মহায়রগে।

মরুপতুগী হোটৈলদুসু পংচাও চাওনা হাংজবজাৎ নত্তে। চানবা অথুম অহাও খরাগা চা-গদনি য়োল্লীবা। ঐগুম্মা নুমিদাংবাইরমদা থোরক্লীবশিংদুদি অয়াম্বনা অচাপোৎ চাগন্দে। অদুক চা গ্লাস 'মা থকচরগা মারীনা মারিজবনা অয়াম্বনি। মসি হোটৈল মপুদুগী খোয়দৌ থিংপীনি হায়নরিবনি। খুল্লক্তগা নুপীনগা ফম্বদদি মাক নুংক্ল থোক্লবা য়াওরিজাৎনি। অল্লুবসু নুংঙাইতা, মখোয়না ফমজিন্দুনা লৈরবনিনা মীতোপ চংবসু অদুম মবাৎপজাৎনি। অদুবু করিদি উপায় লৈ। হোটৈল হায়বদুনি।

রাজোসু হোটৈলগী মেম্বর ওইরে। চা গ্লাস অমা থক্লগা ওঙ্থোক্লা কুইনা ফম্বসু হৈনবী [illegible] য়াম্না নুংঙাইরিবনা হোটৈল মপুদুসু মারীসি অসুক্কী মতিক পামজবজাৎনি। মারী য়াওবদা মীনা চা [illegible]কা হায়রুবদা চা লৈত্রে খুল্লকপসু য়াওরিজাৎনি।

করি করিগুম্বা মতমদা য়াম্লা খঙবা হৈবা ঙাংবা কল্লবা জাৎসু ময়াওই। তানিংদবসু ময়াওই। খঙম্রিবা তাম্রিবা তানিংবসু ময়াওই। খঙহৌদনা মরে য়েৎনরকপদগী হৌগৎনখিদুনা পূমহাং হাংহৌবা নুমিৎসু য়াওখিদবা নত্তে। হোটেলসিদা পুখৎনরক্লীবা ব্রাকমদি সুরবজাৎনি। কনাগী লৌউ-শিংউবা, মনা-মশিংদগীনা লাইরিক-লাইসু, রাজনিতি, ডোক্তর, ইঞ্জিনিয়ার খনবা ওইবদগী মন্ত্রি নিংথৌ ফাওবগী বারীনি।

লাল্লক্তুদা ঐখোয়না কন্নীবা হোটেল মমাংদুমক্তা রিক্সো অমগা মারুতি কাব অমগা ব্রেক কন্না কন্না ফানদুনা কুমথরগা শাওগৎনরকই। কার তোংবদুনা লাল্লবসু রিক্সো থৌবদুবু কয়াদা উসিৎশিদনা মী ওইনা উদবগুম ঙাং শরুকখি। খুৎ য়াওনগে তৌবকখি। ময়াম চংদুনা খামদোকপিরে। রিক্সোশিংসিসু লোয়না ফৈ হায়বদি ময়াবোয়। মখোয় ময়ুম য়ৌনরম্বসু য়ারে। মদুদগী ব্রাহৌদোক ওইরগা অদুম ব্রারী হৌরে। অমনা হায়রকই।

য়েংউনে হৌজিক্কীদুবু, মসি পূম্নমকসি লম্বীসিদনা থোকহনবনি। নহালব্রাই মরক অমদি তুরেল মপানসিসু দুকানশিং লৈরম্মী। অদুবু অদুম কোম্লন্নী। হোটেলগী ইক্সিক্যুটিব মেম্বর তাতোম্বীনা হায়।

য়েংউ কোম্বগী ব্রাদি, হোরেন নুমিদাং পুং মাপল খরা হেল্লকপদুদা য়েংউ। লম্বীশিংসে কয়াম কোম্মী ফুটবোলদুম শান্নবা য়ানি। অব্রাং এ. ও. সি. গসিনা পাকপসিদি অঙকপনি। ঐখোয়গী জাৎসিদি মীঙোন্দা হায়দোকপদা ইক্রাইনিংঙাইনি। ঐখোয প্রজাসি অসুক্কী মতিক গ্যান তানদে। পুক ফমনবনিদি হায়নৈ অদুবু ঐবু হায়জৌ হায়রদি ঐখোয়সি খ্বায়দগী পুক ফৎনদবা কাংবুদুনিকো লমদমসিদা লৈবিবসে।

অহল অমনা ইতপ তপ্লা হায়রকই। কান্নদে ইবো, হোংলবনি হোংলবা! য়েংউনে নম্বুল তুবেলসিবু। ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা ইরোইরগা শান্নে। য়াসি কাথোক্তুনা লৈবগা তর্পোন থাদোপগী তাওথরকপা হৈরাশিংদো ওক্লগা চারম্মীনে। হৌজিক্কী কদায় ? চাওখৎলকপগী মতিক মীশিং য়ামখৎলকপগী মতিক ফৎতবসু অসুম অসুম হেনগৎলক্লে। ইরোইদুনা শান্নবদি লাইরদনা মসিদগী ফাবা ঙা ফাওবা চাবদা লায়না পক্কদবা মাল্লে। ঐদি চাবা কিরে। মসিনা সুম চেম্ছ্রবদবু কদায়দনো

ফরুগদৌরিসিবো ? হোয় লম্বীগী হায়রুনগদি সুম্নদি কোয়লাস থারমদেকো। অদুবু বৃটিশলিংদো নুংশিরকইদা। মখোয়না শেল্লম্ম শারম্বসিদিকো ওম্হোক্লা মিৎয়েং শাম্না থম্লমগ্রে।

তামো জয়না ওক্লদুনা মখা শমথরকই। হোয়নে মখোয়দুম হৌজিকফাওবা লৈরম্লদি ফগদবনি। মখোয়না শারম্বা য়ুম হৌজিক ফাওবা লৈবিবশিং হায়বগদি, ইম্ফাল ম্যুনিসিপাল ওফিস ওইরিবসিসু অমনি কয়াদা মফম চানা শারম্লীবনো। শড়ক ফনা পাথোক্লবসু শোক্তে ঈশিংনসু থুম্বা ওমদে।

মরি ইরৈ লৈনদনা ঐসু মরক থৎচল্লুই। ঐখোয় থোং নম্বোলবীসিসু করি করিনোনা শায় হায়বদুবো ?

অহলদুনা মঙোন্দা হংবগুম খুল্লকই।

নখোয়গী হৌজিক্কী বিলামাটি সিনকা শাগোনতে। সুবকি (চেক মকুপ) শুনু, শম্মোল হব্রাইনা তক্লগা তোৎলগা শাবম্বনি। কয়াদা নুংশিপ্রবনো?

তা তোম্বীনা মখা শমথরকই। ঙসিদি ইমৌগী মমাংদা কয়াদা থিনা চোপ্লে। ষষ্ঠিচেগী উপু মচা অমা ফজনা য়োম্লগা লঙনকা ফজনা কিরদনা শড়ক ময়াইদুদা তারম্বদুদা ঐনা খুল্লগা কোইহঙ হঙই। মপু থোক্লক্লবদুদা য়ুমদা পুবে। অদুগা য়েংলুবদদি চুপথোকপ্লবা থবোয় মকু অহাংবদুগা উচি অচৌবা অশিবা অমগা য়াওরম্বগী ব্রানিসে। ফম্লম্লীবা ময়ামদু ব্রা লাওনা নোকই। অদুগা হাযবকই।

ইবুংঙো হৌজিক্কান্দি বোম ওইরমগদ্রা হায়দুনা ফনা ফজবা পোৎ তারম্লবদসু খুন্নদ্রবা মতমসিদা নঙদি করিগী খুল্লুরিবা? কনা খঙনি অদুক তনাল তনাল তারম্লবদুদদি খুন্দবা ঙম্লীববদো। মযামদু নোকপা লোয়বগা ঙাইহাক অমুক তুমিন্না লৈনে।

তাতোম্বীনা অমুক হৌরকই। ঙসিদি ব্রারীসু য়াম্না নুংঙাইহিরি। মহাজনবাবু চাদু ফম্লীবা মযামসি থুংনবা য়েল্লকউ ঐ কোঙথোক্লমলগে। নোকফেৎ নোকফেৎ মখা শমথরকই। ঐখোয়না ওসাদুগী ঙাংনবিবসে ফৎতবা অশোয়বতমক ঙাংনৈ। অশোয়বশিংসি করম্না চুমথোক্কনি, করম্না অফবা ওইনগনি হায়বদি অমত্তা পুথোক্লদে। ঐখোয়গীসিবু হোটেল ব্রাবী তারদ্রনে?

অহল অমা য়াওরিবদুনা ইত্তল তপ্পা অমুকসু খুন্নকই। তারে তারে হোটেল বারী। ঙসি কৈথেল অহমসিনা শিদোক্লমদাইদগীনা শাগৎলবা মতুং ফাওবদা থোক্লীবসিবু, বারী নৎত্তনা হুয়েং তুংগী মীরোল্লা কদায়দগী উরগদগেনে? খঙহৌ উহৌরবসু ঐখোয়না হায়বদি হৌজিক্কী অখঙ অহেঁশিংসিনা তাবিপোনতেদা। হন্দক্তী অহলসি করিগুম্বা খরদি হায়নিংলগা থৌশাবিদবদগী মপুল্লিংদা বারৌজবা যাল্লী।

পাখোংওই, বাহংওই, অপাম্বা ফোংদোক্লীংবোই মখা তাবকই হৌজিক স্বায়দা চিল্লীবা লম্বীশিংসিবু কবিগী চিল্লুগদগে? সিনবা হৈতেদুনা তৌবিবনি। অদুবু ঐখোয় প্রজাসু ভাবতি ওখাক তামন্দেদা। মীপ্পী লমদা মৈঙালনা ট্রাফিক্কী থবক তৌই। অহাংবা অতিয়া ফাওবা হো লোনবা ঙম্লে। ঐখোয় সিদদি লিচৈনা কল্লগা মমিৎতা খুদোনবীনা থিনদ্রিফাওবা মৈনা তুম্মা থাদোকদ্রিফাওবা থবক অমৎতা য়াদে। মা-মানা তৌরিবদুনা মফরে খয়ে। ট্রাফিক্কী মীসু পুকচেল ইশেং শেংদে মণিপুরদদি।

তাল্লকসিদা ঙসাইখে য়াওদবা নহালখেদি য়াওবা ওজা তোল্লমুসু চংলক্লুনা হায়বকই। ও! হোটেলসিবু ঐগী ফমফম লৈখিদ্রো? ময়াম বা লাওনা নোক্লুনা চংসিন্নদুনা ফম্মীয়ে। ঙাইহাক লৈরগা মনাক অদুবাইদগী মৌনহা অমা মচানুপী মখুৎ শন্নদুনা অচাপোৎ লৈবা চংলকই। জিলাবি খবা লৈরগা থোকপ্রে। মদু অমুক থোকখিবগা হৌনরকই।

"হৌজিক্কী মৌ নহাদুবু কনায় ইমুংনো ?"

অখংবা য়াওরমদুনা খুলল্লকই।

"মুতুমগী মৌনি।"

"হায়! মুতুম কনাগী মমৌনোনে?"

"ইঙ্গিক্যাটিব মঙোলজাওগী মমৌনি, মাগী নুপাদুদি শিগ্রেদনা।"

"করি কমদৌনা লৈখিদবনো, এক্সিডেন্টলা ?"

"কনায় এক্সিডেন্টনো, হৌজিক্কানগী হায়নবীদুনি।"

"ইহে নুংঙাইহিতেদা ... মচাদি কয়া থল্লমজাংনো?"

"অসিমতনি, অসিসু নুংশানিনে।"

"ওহো নুংঙাইখিদ্রেদা... মশক খুফজসিগা ওন্তানা ... ওইহৌরবা।"

লৈরে লৈরে য়াম্না লৈরে, অশিগুম্বসিদি য়াম্না হোঙলেদা। মঙোন্দগী হেন্না মশক ফজ ফজরবসু য়াওরিয়ে। ওহোক্লা পাম্মুগ্রে ...

হনুবী অমা চংলকই। বারী চপ লেপ্পী। বোরা য়াওব্রা হংলকই।

"বোরাদি য়াওদেবো।" হোটেল মপুনা খুম্মী।

বারী অমুক হৌই। হন্দক্তী লমদমসিগী পাৎ ময়াম অমগী মতাংদনি। সিফায়শিংসিনা লাক্লগা চীংদুম চীংদুমশিংদা নুংঙাই নুংঙাইনা লৈ। কোরোক কোয়না উরু উরু লৈদুনা য়েংবা য়াবা লোয়নমক য়েংথরকই। অদুগা ঐখোয়না পাৎশিংদা নোংজুথাদসু ঈশিং থুমদুনা ওফিস ছুটি থানবা হোংনৈ। মীগী লমদা থওইনা খুংসেমগী পাৎ শেম্মী। ঐখোয়সিদনা ফুনজিন্নবা হোংনৈ। য়েংউ থবক তৌরিবশিংনা তলব পিক্লসু চাওরসু লল্লাইগী গাড়ি অমমম। নোংমদা, য়ামদ্রবদা থাও লিটর অমদি শোয়দ্রে। মীগী লমদদি বসনা ওফিস কাথিবদা পৈশা হুমফু, হল্লকপদা পৈশা হুম্ফু নোংমদা লুপা অমগা পৈশা কুন্তমক খরচ তৌই। ঐখোয়গী নোংমনা মীগী থাদগী হেল্লী। মাংজবা তোংজবদি খঙদে। অমদি ঐখোয়না হেল্লী। তাল্লকতুদা হোটেল মপুনা হায়রকই।

বারীদি য়াম্না নুংঙাইরি। অদুবু শাবিমখে লোয়ররোইদবা ঐখোয়গী বারীশিংসি হয়েং অমুক, মখা চৎথরসি। ওসিগীদি মতাং স্বাইদা হোটেলসি থোঙ লোনশিন জরগে নেকো। বারৌবি য়াদে, অদুবু ঐখোয় খম্বুবদি থেংমল্লবনিকো। ময়াম হৌগৎনদুনা মরি মরি থোক্লরকই হোটেলদগী ॥

# নোংঙাল্লীগী কেনখ্রবী শিঙ্গারে

কুমজা হেক খুদিংগী, থৌ য়াম্বা মপুনা মাগী নীংথমথা কৌবা বেরোমিটর পুথোক্লুনা ওল্লী। তাইবও মীওইবা জিবশিংগী লাইর অনং চাং লেল্লী। ভাবক ওইরম্বা কোরৌহনবনা ময়ুম মোংবা মরানয়াইদা থবক লৈহৌরি মতাগ্ম্ব হনবা হৌরকলে। মাগী মরুপ মালংবসু লিরি লিরি মতুং ইল্লকই। মতমসিদা অয়ো অয়ো হায়না খোংলবা সাইকল অমা তোংলদুনা দেবেন থবক অমগীদমক শগোলবন্দা লাকই।

দেবেন্না তোংলিবা সাইকলদু কোম্পেনিগী মীনকা থেংনরবদি কল্লীংবা অমা ফাওরনি। কনাগুম্বা শেঙ্গাও পায়বা ইজ্জৎ পাম্বা মীনকাদি পাখংনা তোংবা সাইকলনি কায়না লৈরগা মিউজিয়মদা থমখিবফাওবা য়ারিবজাৎনি। তাল্লকসিদা কদোমদগীনো ইখও খঙহৌদনা মোক্ষক ইবেতোম্বীদো মাংদা ভুবৎ হেক লান্দুনা থৌখি। মমান্নবী শগোল মানবী অনিখকসু লোয়নরি। মোক্ষকু হেক উরুবদা দেবেন মমাংঙেগী থৌদোক অমা হেক নীংশিংলকখি।

"পেল্লী!"

নোংমা হায়খিবনি ইবেতোম্বীনা। খাম্বা নংহৌদনা মীগী অব্রাবদা হরাওদুনা অফিং অফায় ওইনা হায়দোকখ্রবা মতুংদা ব্রাহ্মেদুগীদমক মহাক্লা তৌরিবা ঐবু উরগা মরেকা তিংখোকখি। মরেংবান অফনবা অনিদু শুক্কৎতুনা খাওখি। সোয়দুনা হায়খিবা মাগী ব্রাহ্মেদো ঐ তাখিবগীদমক খিত্তংসু ইক্কাইরপ তৌখি। ব্রাহ্মেশিংদুগা লোয়নননা নীংশিংলকই মাগী শক্তমদো ওসিসু হৌজিক্তমক হায়খি তাখিবগুম তারি উরি শং শং নীংশিংলকই খোম্থাং য়েনা মাবু হেক উরুবমক্তদা।

ফনা নুংঙাইবা, অকি তুজুংবা থৌদোক, নীংশিংলকপা তাঞ্জা ওইরসু ওৎপা হেক লেপলুবদা লেপখিদৌরিবা থাদোকপা য়াব্রবা সাইকলগী খোংনেৎনি দেবেন্না ওৎলিবসি। ওৎপা কন্না লাক্লরি। যমুনা অমুক ওক্লদুনা কৌরকই।

"তাম্মো।"

যমুনাবু হেক উরুবদা দেবেন ইঙক ওক্লা, হায় যমুনা, কদায় চৎলুরিবনো

নঙদি ? ঙাংনা ঙাংনা সাইকলদগী কুমথরকই। যমুনানা খুম্না নংগ্রিঙৈ মানা মখা নোংসিনখি।

যমুনা নঙদি পরিক্ষা ময়ানি হায়রগা শান্তিবলা নবান্নী পা-পাদুনা কোয়চং চংতুনা লৈরবরা ?

চা তঙগ্রা, অম্মোসে কয়াদা মবুক ফংখিদ্রবনো, মী থবক অমা চংলুবনি কৈসু।

খঙদে খঙদে নঙ মীনা য়াম্না ঙাংনরেকো, হন্দক মরকসে সিনেমা হোন্দকাসু য়াম 'তোয়না থেংনৈ হায়। ঙাওসন্ননুকো নঙ, ঙাওগে হায়রবসু তন্নীবদুদং লোয়সিল্লগা কোন্না ঙাওকো ইবেম্মা।

তাম্মো অদুবু কনানা হাযবল্লীবা পাউনো ?

খঙদে - খঙদে, মীনা য়াম হায়নবকই। মীনা হায়নবসি অচুম্বা খবদি কান্নদে অম্মো মীবা লৌবিরুনু। মদুই বাদু তোকসি। অদো হৌজিকপু কদায় চংপিদোয়নো, ঐখোয়দকাদি হন্দক মরকসি, খর নুংঙাইবিদনা .. ?

মরৌ লৈবা মীনোক অমগা লোয়ননা হংলকখিবনি।

নত্তে যমুনা, নঙনা হংলিবা বাহংদুবু ঐঙোন্দগী করম্বা মতিক চাবা পাউখুম অমা ফংনি হায়দুনা হংলক্লীবনো হা ? নঙগীদুবু ঐবু কবেম্নদুনা লক্লরিবা হায়বদুরা ? য়েংঙোয় যমুনা নঙনা লক্লফম ওইরিবা নঙগী তাম্মো শকথীবা, লাইরবা ঐসে, নঙগুম্না থবায় পানবা মীনি হায়বসিমত্তংদি নঙ খক কাউগনু। চুম্মী, ঐসে নঙনা লক্লবদা মতিক হেক চাববা মীশক অমনি। খঙদে ঐগী পুন্সিসে করিগা করম্বা পোৎশক্কা চাংদম্নদুনা তাক্লগা নঙনা ভাব তাবা ঙমগনি। মদুমদি ঐগী অবানবা চেঙ চাবা কোকসিনা খনফম খঙদ্রে। ঙকসু ঙকপনি ঐগী পুন্সিদি মথোঙ হুক্লবা মওঙ মরিল নাইদ্রবা পোৎশক অমগুম্বনি। য়েংঙোই যমুনা, হেক পোকপা নুমিৎ অদুদগী অহিংবা থবায় অমা ওইনা হিংলকপনা ঙবাংদি উচিন নাচিন্না হৌদ্রে। হৌজিক হৌজিক মফম খঙদ্রবা হোরেল অমদি হয়েংগীদমক্ক করি থোক্লকদগে খঙদনা হিংলিবনি। মসিনা নঙগী পাউখুম ওইরগে খল্লী। নঙবু ইপেন পেন্দবরনে ?

ওক্তে তোকপিরো খিৎ তাজনিংদ্রে বারেমদো, ঐ করিগুম্বাবত্ত অমুক হন্না হংজররোই। অদো নত্তেয়ে হৌজিকপু ...

তাবিরক্নি তাখিরোই খংদ্রবা মী অঙ্গখক্কী ময়ুমদা বা অমত্তা হায়রুগে হায়না চংলিবনি।

করি বানো ঐঙোন্দা হায়দোকপদা অকায়বা লৈবরা ?

করিসু অকায়ববুদি লৈতে, অদুবু ঐ বাসি নঙোন্দা হায়দোক্লগদ্রনে।

নঙ্গে তাম্মো, ঐবু তাহন্নীংদবা অদুক লুবা বাদুবু করি বানো? অদুমাইনা তৌরবদি হেন্নদুম তানিংলকপা অমা য়াওরক্লে। সে তাম্মো হায়দোক্লোবা।

বাসি হায়দোক্লগা নঙগীসু ঐগীসু মতম মাঙনবা ওইনা থোক্লোইদ্রনে ?

তাম্মো নঙগী কোচি থাংবা বাহৈশিংদো খিৎ তোক্লোবা। অদুগী শরুক অশেংবদু কোক হেক হায়দোক্লোবা।

দেবেননা খল্লী, ঐবু যমুনাদা ওইনা হায়বনা ফরদরনে। অমুকসু নিংজিং মাংজিং ইক্লাইগুম হঙ্গোয়গুম তৌই। যমুনানা মরোল 'মা লাংতক্লনা তকসিল্লকখি। কায়নথংদা যমুনাগী মতৌদা দেবেন হায়দবা ঙমদদুনা হায়রকই।

যমুনা ইমাগী অনাবা ফিবম য়াম্না ... ঐনা লাক্লীবা খোঙচংসিদা লেপথোক্লীবসি নঙ ওইবগী লেপ্পবজাংনি। হিদাক লৈনবা পৈশা অমত্তা লৈতবদগী খিংতা হংলুগে চংলিবনি। ফরে যমুনা, নঙ য়ৌগ্রো, ঐ অমুক্তা চংলুখিগে। কোন্না নোংমা অমুক বারী শারসি। দেবেন মাগী সাইকলদু তোংখংকে তৌই। যমুনানা সাইকলদুদা ফারদুনা য়াম্নগা হায়রকই।

অমুক্তা ঙাইখো। নঙবু ঙাওবরা ? ঐখোয়সিবু মীনি খনবা ঙমদবগী বারা, ঙসাইনা হায়বা য়াদ্রা ? নবুক্তী ফৈনে কিশি অচৌবা অমা হেক কিরদনা। কৈদৌবগী মীঙোন্দা হায়জরুদোয়নো। কয়ানো হায়রো ঐগী য়াওরিবসিনা কোন্নগদ্রা যেংগে। কোন্নদ্রগনা ঐ যুমদা চংলুখিগে। য়াম্না কোয়দনা জমুনানা হায়রকপা বাহৈশিংদু হেক তাবদা দেবেন ইক্লাইবা অমগা লোয়ননা মখা চিংকই, মপি ইরা চেনখি। নুপানি শাদুনা পুম্নমক খাঙলগা মখা তারকখি।

যমুনা নঙনা ঐবু ইক্লাইবা পীরিবসি মশিং ফনদি য়ামশিল্লক্লে। হয়েং লাইরবা মচা ঐনা কদায়দগী লৌরুদুনা নঙগী লমনশিং শিংগনি। ঐ নঙোন্দগীদি লৌররোই। ঐ মদু লৌররোইদা।

কান্নদবা ময়াম অমা খঞ্জিন্দুনা হল্লক্ক রোইদবা মতমসে খিং মাঙহনবীরনুবা। সে পায়সিনবিরো। যমুনানা কন্না তকসিল্লকখি।

দেবেন লৌসি কদায়, লৌগনুসি কদায় নুংগী অশাবা মুর্তিগুম ওাইহাক্কী পুমচিক চিকখি। অচিকপা থুগায়রদুনা যমুনানা মখা তান্নকখি। অদু ওইরগা হিদাক মমিংদু য়াওরক্লবদি ঐগোন্দা পীবিরো। মদুসু পীনিংব্রা? দেবেন খুমদে। যমুনানা মখা শমথরকই।

ঐ খওই, তাম্মোনা ঐবু খনবীদে নত্রা? করে মসিদি তাম্মোদা পীবা নত্তে। ইমাগীদমক ঐনা অওম্বা মতেঙ পাংজবনি।

"যমুনা নওনা তৌরিবসি ঐবু মতেঙ পাংবা নত্তে। ঐগী অন্নাবদা অন্নাবা হাপকংপনি। ঐবু ইক্কাইবা পীবনি।" দেবেনগী মতৌদুদা যমুনাসু তৌফম 'মা খওলকত্রদুনা ওাইহাক তুমিন্না লেপখি। কোল্হংদা করি থল্লক্লবনো খওদে, পৈশাদু লৈবাক্তা থাদরল্লগা চংখি। অদুগা হায়রমখি।

"খওদে তাম্মো ঐ চংলে।"

লৌরোই ফনা খনগ্রবসু ফোওদোক্লম্রিবা নুংশি মাগী তেওবাং খুদোলদু খুনগংতবা য়াদদুনা খুনগংলগা মফমদুদগী মমায় লৈদুনা দেবেন য়ুমদা হল্লকখি। হিদাক লৈরুরগা মমাবু ওমজবী থাদুনা পেন্নবা সেবা তৌরম্মী। মরক মরক্তা তুমদনা মওলান কয়া কয়া মওখি।

যমুনাগী মবুংগা দেবেনগা য়াম্না লুনা তিন্নজবা মরুপ্পী। মবুং তিন্নরগা মচননুপী লৌবদো দেবেনদি তশেংনা পামজখিদবনি। অদুবু ইনশিল্লুবা য়াওদবা থম্মোয় অনিনা করম্বা মীংকুপ্তা ...

যমুনা হায়না শিংনবা লাক্লে হায়বা পাউ দেবেনসু তারে। চুমনা হায়নবত নত্তনা লুহোংবগী নুমিৎ ফাওবা লেপ্লদুনা থৌরাং পুম্বা লোয়শিল্লক্লে। দেবেন লুনা তিন্নজবা মরুপকী মচননুপী লুহোংবগী মান্দপ খনবনচিংবা থবক নোম্বা লাকখি। দেবেনবু উরুরগা যমুনা থম্মোয় শোক্লা ওইনজনিংবনি। অদুবু মীমাংদদি পাঙ্গল থোকখিদে। মখুৎতা চা গ্লাস ময়াম ট্রে অমদা হাপ্লগা য়েল্লী। দেবেনগী মপা য়ৌরকপদ হংলমখি।

"ইমাদি খরা ফগৎলবা নত্রা ?"

মীৎয়েং অমদগী মীনোক অমা, মীনোক, থৌদোক কয়াগা ইরোইনদুনা মতম কয়া হৌম্রবগী মতুং ওসিদি যমুনাগী লুহোংবা নুমিৎনি। থোন বেনগী পুক্রিংদা কৈনোমা পিওম্বা মখোলদু অহাংবা মাললদ তিনখি ॥

তাং ১৭/১২/১৯৮০

# ঐনা নত্তেকো

"মানা ঐবু লবায় মচা কায়না, তস, খণ্ডবরা ? লবায় মচাগী মগুন।" ঐ শাওখিবনা ইশাসি থক থক নিকপ্লবা মতুং ময়াম্না খামদোকপদগী তোক্লুনা যুবী মশিং খরা পায়রগা শুংশাশি হান্না হোৎনরি। খুৎ হান্না হান্না চিন্দা মরুম মরুম শোল্লি। ময়াম্না খামদোকপীবগী মরাইবক ফবনি নংলমগ্রবদি অশেংবা লবায় মচা হায়বদো তশেংনা খণ্ডলমগদবনি।

"করিনো ইবোহল নখোয়না তৌনরিবসিবো করি বাহৌদগীনো? নুংশা শানা শানা খণ্ডহৌদনা তারকপা ঊচি নোংগুম, হৌজিক্তা থবক শুমিল্লরল্লগা করম্মায় তৌনগ্রিজাৎনো?" তাদা তোমালনা ইনাক্তা চঙলক্লগা হংলকখিবনি।

ঐনা খুমখি, তাদা তোমালগী পাউখুম, "ইয়াম্না করিসু লৈতবা বানিদা। অদুবু মী মশক খণ্ডবসিদি মী মশক তাকপীবা ফৈ খঞ্জুনা মীশক তাকপীবগী বাদনি।"

"ইবোহল নঙগী বাসি নয়াম্বদি ভাব তাদে। ভাব তানা মচা খায়না করি বাহৌদগীনো অমুক্তা হায়য়ু।" তাদা তোমালনা হায়রকখিবনি।

ফরেদা তাদা মসি বাসি তোক্লসিদা। ঐদি মখা তানিংদ্রবনি।

ঐনা পীখিবা পাউখুমদুদা তাদা তোমালদো পেল্লমাল্লে, কল্লা হেক্তা মতকশিল্লকই।

ইয়াম্বনা য়াম্না খণ্ডবীনিংলবদি তাবীরো।

অসুম্না ঐনা তাদা তোমালদা অশেংবা বারীগী হৌরকফমদু মখা চখখি।

ঙরাংসি ননাও ঐদি থবকসি কাজরক্তে।

হোয়নে হোয়নে নঙ ঙরাংদি ছুতি নিরকইনে তাদা তোমালনা মরক থংলকখি।

অদুনি তাদা করিসু লৈতবা বাফল্লি।

অদুদগী কৈদৌরবা? তাদা তোমালনা মখা তারক্লবা তকশিল্লকখিবনি।

ঙসিসি ঐখোয় ফনা কল্পা হোৎনদুনসু থবকসি লোইশিনবা ঙল্লরোইদ্দবনিনা অসিরাইদা তোক্লসি, হয়েং ফজনা লোইশিল্লসি হায়দুনা ঐখোয় লোইনমক খুৎ হামদোক্লবা হোৎনরবনি। অতৈদি মানা মানা খোকপা অদুম মহাল্লখি। অভিজিৎদি সাবোন য়াওদ্রবদি নুংঙাইজদবরা করিনো সাবোন হংলকই। ঐদি ইচম চম্মা ঙরাংদি ঐ লাক্কেকো। কনা কনানা ঙরাং পায়বনো ঐদি খঙদ্রেকো সিদনি। অদুগা মানা করি হায়রকপগে হায়ববু "লৱায় মচা লুৱাও নঙদি খঙলোয়, নঙনা খঙববু করি লৈগেনে।" সিনি।

ঐনা মোমোন নোক্লগা শাওবা লৈত্তনা।

ভায় নঙগীসিবু ফাগি তৌরিবরা নৎত্রগা অওইবগীল্লা? মদুদা মানা তুমিন্না লৈখ্রবসু নৎত্রগা ৱাহে অমত্তা হায়রক্লবসু মোমোক্ত ওইরবসু নোক্লল্লবদি ঐ ইকাইরমগদবনি। মাদি হায়নিংবা অমা য়াওনা হায়রকখি "লৱায় মচাবু লৱায় মচা হায়বনি, নঙ করি তৌগে হায়বিনো" সিনি।

নহানমখৈদি ঐ শাওদবনি। ঙসিদি থবক্লগা মওং ইতা তাদবনে। খরগা ৱাবনে শাওনিংবনা ইশা পুম্নসি থক থক নিকখিদুনা লৱায় মচা মশক তাকখিবনি।

লৱায় মচানিনা ষষ্ঠি ষনয়ুং শেংবদা, অশংবা মতমদা য়োংপাক থাংজৌ পায়বদা মত্রং মত্রং কানা হৈরবা কিনজাওসিনা হুমজিনবনি। ইম্ফাল মচাশিংদি কিন অমদা ঙাওদুনা লৈরগা লোংনবু তাইনে। অমুক্তা নোংশিনগে তৌবনি। ময়াম্না হোৎচিল্লক্তুনা খামদোকপদগী ঐ ইকাইদুনা ইথন্তা ফাথজরবনি।

তাদা তোমলনা মখা তারকখি।

ফরে ফরে ইবুংঙো নঙনা ফাথরম্বা। শীশুম মথক লাইবক মচিদুদবু শংত্রিক শংনা ফনা চাউনা তঙদুনা পোমখৎহৌরে। কবিগুম্বা মীৎ নাদগা পাল্লল্লবদি দোসাবু তারম্মি।

অশেংবরা তাদা ? মসি থোক্লনি খন্দুনা ঐনা ফনা কুইল্লবনি তাশিন্নদনা খাওজরকপসি। মশিং য়ামপ্রপোৎনি মানা হায়খ্রিবসি, ঙসিদি খাওবা ঙম্বগী পাঙ্গল লোইখিদুনা লৱায় মচাগী মশক্তো খাম্বা নষ্ঠৌখিদবনি।

অসুম্না থেংনহৌদ্রবা লোইরগা চঙলকপা, তাদা তোমালনা হংমনবদগী ৱারীদো খরা মখৈদি শান্নরবা মতুংদা ঐ তশেংনা অমুক য়াম্না নুংঙাইরক্তে।

তৌবগীবুদি ঐখোয়সে মবুমদা হন্নাম পান্দোং অমকাওবা হৌদবা, মরোই মকা অমাফাওবা থাদবা পুন্নমক লৈরগা চাবা মখোয়না কয়াদি উশিংশীদবা জাংনি।

অয়ুক ওন্না হৌগংলগা, মীং মায় তাথোক্লগা শুমাং থেলোং ৱাইরম শিংচিল্লগা মনবী মপি মচা খরা লোইজবদু শজোম শের 'মা করি 'মা শুমদোক্লে। থৌরী কোজোয় হজোকশীদুনা মনগোন্দগী থাদোকশীদুনা লৈকাইগী শাবল মনজাবুংদা হানৌ খরদং চাজরনবা হোইদোকশীপ্লে। হোরেল মনগারক্লগা চাজনবা শবম থন্না চরু ককশিনবীরল্লে। মথি ময়ুং শেংনা শেংদোকশীদুনা মনগোন্দু তনাল তনাল থম্বীরল্লে। থবক পুন্নমক লোইরদুনা হোবে হোবে ইরুজরগা চাক চখোম খরদং চারগা ইম্ফাল তম্না একাগাড়ী অমনবসিনা পুং অমা/অনি চগুনা থেগুখ্রে হায়দুনা তহা তহা হাইগংচরকপনি।

অসুম্না লাকখিবসি মখোয় ইম্ফাল মচানা নোংমতসু ঐখোয়দগীগা ওন্না ওফিস য়ৌরকপা ওমখিদবনি। নোংমা ফাদোক লৌগী ইংখোলগী থবক্না কনমনখিবদগী খজিক্তংগা থেগুলুরবদি হেক্তা করেম্নবীখিবা কোক্লায়নি। মসি পুন্নমক ঐগী লৈফম্না, শিনফম্না, পুক্নিগী লানকমদা লাম্থেংনরিবনি খন্দুনা ৱারৌজবা কয়া খাওলকখিবনি। ওসিদি খাওবা ওম্বগী ৱাংমা লানখিদুনা পোৎলুম পুন্নমক অভিজিৎকী লাইবক্তা লোটরি ফাওখিবনি। মসি ঐনা নংতেকো।

থবক মফম পুল্লবসু থা'মমুকসি ঐ অভিজিৎতা খক হঙ্গংনা য়েংলুদ্রবনি। ওসিদি কদায়দগীনো হেক মায়োক্লররে। মাগী শীগুম মথক লাইবক চিরাইদা ঘী থুংবগুম শংত্রিক শংনা তগুদুনা পোম্বদু হেক উরুরে। থা অমমুক ফারক্লবসিদসু হম্থখিদ্রে।

ওসিদি ঐ তশেংনা নুংঙাইজদবা অমা ফাওরক্লে। থৌদোকতুগী মতুং ঐখোয় অনি পাক হেক কৌবা ওম্লদ্রে। ময়াম্নদি ফত্তে কৌনরো হায়বনা খাওবা ওমদ্রবনি। অদুবু কৌনদ্রবসু ঐগী থম্মোয়দদি খল্লি "ঐনা নত্তেকো।" অসুক চাউখৎলবা মতম পুংখায় অমদা পৃথিবী পুন্বা পাউ ফাওনবা ওল্লবসিদা নঙনা মীশক খণ্ডদনা, নচিন নরে ৱারকপা ওমজদবদগী থোকখিবনিকো। ঐবু শাওনুকো, ৱারৌনুকো মরুপ ॥

# অওইবরা মোই'শা

"নত্তে নত্তে মদু খক ওইখোকপা য়ারোই।"

"ঙাইখোনে তোম্বী।"

ঐনা বা হায়বা লোয়দ্রিঙে তোম্বীনা মরক থংলকখিবনি।

"য়ারোই য়ারোই সুকয়া য়ারোই হায়রিসিনিকো।"

মাগী শাওগংলকপা মওং মতৌদুদা ঐনা লক্লনিংলক্লুনা হায়খি।

"ঙাইখোনে তোম্বী নঙবো শাওখিনুবা কৈদৌগে।"

খঙদে, মোই'বা ঐগীদি হায়জরিবসিনিকো। অতোম্বীকা পুসিল্লকপা শুকয়া য়ারোই। নহালমখৈদি ফাগী ওইনা তৌরম্মী। ঐসু ফাগী ওইনা পুসিঞ্জরকউ হায়খি। ঙসি ঙরাংদি মোইবাগীসি ফাগী মাল্লক্লেকো। তোম্বীদো ঐঙোন্দগী খরা থৈরপ তৌরগা মথৌ অমা তৌনা তৌনা মখুৎ লেপ্তুনা হায়রকখিবনি।

ঐনা মখা শমথনবা হোৎনরিঙৈদা মানা ওইনা নোৎশিল্লকই। অসুক বানা হৌদোকমিন্নরক্লে। মোইবানা নেশা হায়বদু অমত্তা চাদনা, অরেম্বা খরচ অমত্তা তৌথোক্তনা অফংবা মখৈ পুশিল্লকপা। ঐনসু অঙম্বা খরা কোয়চেন চেন্দুনা মতেং মতেং ওইনদুনা পুজ-থাংজ ঙয়াং নহালত মীৎ মাই খর পাঙজরক্লবা মতমসিদা। ইচা অহমসিসু পুন্সি থোংজিন কানসিগদবা অচৌ-অচৌবা পরিক্কাশিং মায়োক্লগদবা হয়েংদ ঙাইরবসিদা। ঐথোয়বু বাবাগী হাক্তক্তা থেংনবিরবা নংত্রা নুপী লোনবগী নুংঙাইবদো। অদুগা হে হে করি থোকএনা ঙাংজশারিনো।

হোয়নে হোয়নে, নঙনা হায়বসু ঐ অরেদনা। ঐনা হায়বসু নঙ অমুক ভারো। অমুক 'মুক ভানসি কৈদৌগে তোম্বী। মা মাবা কৌবা লৈতে। মাঙদবু চোংবু চোংশিল্লকই। ঐ খঙগ্রেক খঙই।

"নত্তে মোই'খানা চংথোকলুরগা হনজিল্লকপদ খরীনেনা জাং জাং ঙাক্তা, হোয়নে, তোম্বী নঙবু অমুক্তা তাখোদা।"

হায়রো হায়রো তারগে মতাগুম, ঐগী নুপী তোম্বীদু ইরেন'না ইনাক্তা ফমথরকই। মাগী মতৌদুদা লক্লনিংবা অমা য়াওনা খরী কারন অমুক হৌই।

য়েংউ তোম্বী, মশককসু নখোয়দগী পঙথি থিবা নত্তে। মহে মশিংগী লমদসু হায়রগা অরাংবা থাক য়ৌরদুনা মীনা ব্যবহার তৌনরবী ডোক্তরেটকাসু মফংজরবনি। সবকারগী থবক্তাসু তৌজদুনা তলবসু ফনা চাউনা থা অমদা লুপা লিশিং কুনগী নকয়াদা মচাজববনি। অদুদা ...

"অদুদা কৈদৌববা কৈদৌববা?" তোম্বীনা চাগদবগুম ঐঙোন্দা চোংশিল্লকখিবনি।

ঙাইখো, ঙাইখো, মখা তারক্কে হায়দুনা ঐনা তোম্বীগী মপাম্বোম অনিদু পায়রদুনা নমদুনা ফমথহন্নবা হোৎনখি।

নুপী ওইবীগী হৌনবী, তঙাং তঙাংগদবা খজায়দুদবু ..., মখা তাবা নংদে তোম্বীনা ফুক অমুক হৌগৎলকই। অদুগা চোংশিল্লকই।

"খজায়দা কৈদৌরবা, খজায়দা কৈদৌরবা?"

তোম্বী নঙসিদি তল্লেবো, তাদি সুংতা তাদনা অসুম হংদুনা লৈরদি নঙবু করম্না খঙগদোয়নো ? ফরে ফরে, হায়বকলো মতাগুম অমুক ইরেম্না লৈখি। হো তারো।

অদুক ফজগদবা খজায়দো, তলব চাউনা চাজরবসু, মীনা ব্যবহার কোকথোং কোকথোং তৌনরসু চহি নিযুমঙাগী মথক্তা লৈশারক্রবদুদদি, মায়হিংগী মায়হিং ঙাক্তা, থাজগী মায়থোংদা থৈবোং পাম্বীগী মমি তাবগুম ... লোয়বা নংদে। তোম্বীনা মরক শমদৎলকখি।

"মায়হিং কাগে কাজৌ, কারোই তোকউ, করিগী নখৌ লৈতনা মীগী মচা লৈশাবীগী মমায়দুদা অদুক মুম্না য়েংলুক্লিবা মোইবাদি ?"

ৱারী লোয়সিনবা য়াদে। ঐগী ৱারী ৱাহৈ খুৰিং ঐগী তোম্বীগী অশাওবী ঙাক্তা ওইখি। করম্বা উপায় অমা তৌরগা ঐনা ঐগী তোম্বীবু শাওহন্দনা ঐগী ৱারীসে লোয়সিনগদগে ঐ ঙাওখি।

ঐসু মাসু ঙাইহাক তুমিন্না লৈরুরবা মতুংদা মানা মখা আরকখি। মোইবা, তামো শরতকী মচাদু দিল্লীদা ডোক্তর তল্লি হায়বদু, লোয়গদবা কুইরম্নরোই। ঐখোয় অবেসু তমহনসি হায়বদায়নে ? হন্দক্কী থাগদৌরিবা পরিক্ষাসিম্না ঙল্লবদি এপ্লাই তৌবসু য়ারে হায়বদাই ?

হোয়নে হোয়নে।

অদুদি করি করিনো অমুক্তা কুপ্না ৱারী শাবিয়ুদনা।

"অদুনিদনা, অদুম্না নে-না তানা শাসিদনা ৱারীদো।"

"ঐদি ঙসাইদগী নে-না তায়না, মোইবানা ফরক তাজরক্লগা।"

হন্দকমুক্তি তোম্বীসে ৱারী তারগদবা মাল্লদুনা ঐনা অমুক ৱারী লিবা মখা চংথবা হৌখি।

য়েংউদো, ঐসু নহালমখৈদি থবকনেনা তৌবদো চীংদা অমুক চং, অরাপ্পদা অমুক তা, চংপা য়াবমখৈ মখোয়না চংলু চংলু হায়বা মফম মফমদা কোয়চং চংলুরেদনা। নঙ ফাওবসু চংপা য়াওদুনা পোষ্টিং মফমগী ক্যাটরদা লৈবা য়াওরুরেদনা। হন্দক্তী থবক্তগী পোংথারবসিদা ঐসু অতোপ্পা পোংথাফম ওইনা লৈবাক্কী, মীয়ামগী ফক্কসন্দ কয়া য়াওব চংলেদনা খর খর সুম চংলুবদগীদি বার্ত্তন তৌবসু হেনগংলক্রেদনা।

মতৌ য়েংনিংদুনা ঐনা মরক্তা অমুক থেংচিল্লী। ঐসু য়ুমকাসি ঙস্তানা পানজরমদ্রবদি গ্যান তানা তলবকা চাওনা চাবী মশাসু য়াম্না নানবী অমদি ফংজরম্বা য়াবনি। নঙদি বি এ নিদু'ঙাই ফনা য়াম্না হোংনরবসু তলব চাদবনিনা য়ুমদা লৈবদসু ইমোং মোংলদনা হনুবী হেক মাললদনা হেক হায়দোকলুরে। হন্দমুক্তী তোম্বী শাওরকত্রে। মাংদকসু চোংসিল্লক্ত্রে। খুমসু খুম্নক্ত্রে। অমায় ফাওবসু হজংনা য়েংলক্ত্রে। কৈদৌরবনো ঐন্না খনখিবনি।

ঙাইহাক লৈরগদি মপি চদুম চদুম শিঙ্গুরবুনা হিক হিক লাওবা খোঞ্জেল অমা থোরকখি। ঙসাইমখৈগা তাইওন্নবা মওং অমদা লৈরম্বদু উরগা ঐ তশেংনা নুংঙাইরকত্রে। করিনুংগী লক্লজরকবা হন্নবদু মৌনা খল্লকখি।

শাওবদা থেমখিবগুম, কল্লদসু থেম্নবা হোৎনবা তাখি। হৌরকই।

ঐগী হায়বসিদি মসিমুক ফবা মসিমুক নুংশিবা অমা লৈপোনতে। হৌদোঙ অমুবী অদুফাওবা ঐগী য়ুমদা লোয়রবদি নুংশিরিবনিদো। ইচা লমহেন্নবদো মীনদি নুংশিরমলোই, অদুবু ঐগীদি ইচানিদো নুংশিজন্নবা। মতাংসি ফাওবা ঐগী তোম্বী হিক হিক মখোল লেপত্রি। অদুদগীয়দি ঐনা, তলব লুপা লিশিং কুন্থ্রাসু চাজসনু ডোক্তবেটকাসু অহন্নক ফাওবা ফংসনু, ঐনা হৌজিকপু কৈদৌকনি ইচা অহমসিদং মীরক তিনবা ঙম্নবা, মী অমমম ওইনবা হোৎনরল্লগা লোইরেদা। মখোয় মখোয়শিংদুদগী বামিন্নরক্লবা ঐগী তোম্বীনা হেল্লীদা। তলব চাজদ্রবসু মচা নুপী নুপা মতুম মতুম ফংলিনা। য়াম্না হেল্লী, শরুক চাম্মা চাম্মা হেল্লী। মসি হেক তাবদা তোম্বীনা মপি তৈথোক্লুনা মঙক থাজত্তুনা হংলকই। “অওইবরা মোই’বা?”॥

# মসি মুৎথংজু

নীংশিংলি, ঙসিসু কাউদনা, কম্রি নুমিৎনো, তান্নিক কয়ানো। অদুবু গল্লয়োই মদুগী কান্নবা থোয়দোক্লা লৈত্রে। নুমিৎতু অয়ুক য়াহৌরগা করি করিনো তৌবা য়াবা খরা তৌরগা ঐখোয়গীদি মী য়াম্বনিনা খবরদু কনা কনা পানরি ঐনা হংখিবনি। তান্নত্তুদা ইচানুপা ইভোন তোনবা অতোনবদুনা - "বাবা তল লৈরুগে পৈশা পিয়ু হায়রকখি।"

নমানা লৈরকপা দবয়োতি অচৌবা লুপা তাবা পিবদুমসু চারে। চুজাক কবোক লুপা মঙা পিবা চেখাওদুমসু চাবোই চাদবোই ইচাই চাখায়বে মদুমক্তদা অমুকসু তল চাখিগে হায়রিববনে? ঙাংনা ঙাংনা সে সে হায়দুনা লুপা মঙাখক পুথোক্তুনা পিখি। নৎত্রবদি হোরেন ফাওবা ...।

ইচানুপাদু হয়াও হয়াও তল ময়োম মচা অমা পুদুনা লাকই। "কদায় কদায় হাওগদ্রা য়েংগে।" মীৎনা অমদা খুৎনা মঙোন্দা ঙাংবদি লেপখিদবনি। নচেগা দাদাগসু মচেৎ অমমমতং পীবিসি, নঙনা অয়াম্বা চাজবো হায়দুনা ঐনা ময়োমদু লৌরগা হাংদোকপা হোৎনখি। য়েঙ্থোকপিরে অদুগা ঐগী হৈনবীদু চৎথবা হৌরে। অতে নত্তে, পোৎ য়োল্লকপা চেশিংদা ইবকপমখে হেক্তা থাদোকপা লৈতনা পাবসি ঐগী হৈনবীনি।

খবরগী চেদি ওইদ্রে। লাইরিক্কী চেনা মাল্লী। করি লাইরিক্কী চেনানো মমিংদি য়াওবমদ্রে। শান্তিদগী হৌখি "নঙবু কদায়দা লৈবগে?" তান্নবা চীংয়াগী লমহাংদগী শন্দোকখিবা অশংবা ফৌনানা লেঙ লেঙ জগোয় শাজরম্বা লৌবুকশিং ...পাবা হৌবত ঙাইবি তাঞ্জাসিদা ঐঙোন্দগীদি হনবা য়াম্নদি লুনা তিন্নজবা নাগমপালদগী য়াম্নুং কৌজবা আর কে বিরা লাকই।

"ঐখোয় সাহেপতুবু লৈবরা?" মাগী হৌনবীনি, থোঙ্গালদগী লাও লাওদুনা চংলকপসি।

"লৈয়ে লৈয়ে, চংবিরকউ য়াম্নুং।" ঐনা খুমখিবনি। শক মায়দি উম্নরে মায়য়োক্লয়ে হায়ববু ফনা লাপ্নরি। ঐনা হায়বকা ইতা তাদনা মানা লেপ্তুনা ঙাংলকখি।

"কায়দে নঙ্কি হোংদোকউ, ককচীংদা কোয়রুসি।"

"ককচীংদদি কৈদৌবা?"

হেয়া আদা তম্বা নচানুপা বোবোদু ফাইনেল পরিক্ষা লোইরদুনা ঙরাংদু থোরকলে। মাগা লৈমিন্নবদুদি মথং চহিদা লোয়গদবনি হায়বরা করিনো, অদুগা মাদি চৎথোক চৎসিন তাল্লী হায়দুনা থোরক্লরোই, মমুমগী মচেশিংগী করি করিনো খরা লৈবিমাল্লে, মমুমদা য়ৌহনবীমু হায়দুনা পীরক্লমাল্লে অদুগদি বোবোদু জরনি লাকপগী য়াম্না ঋারে, মমুমসু চপ চাবা খংদ্রি হায়রে।

অদু ওইরদি ঐ ওইনা হেক্তা থিনবিরুরগে, নহাৎবাই তিন্নরকখিবা মরুপসু য়াম্না লৈখিবনি খন্দুনা ঐসু ইথন্ত চংপদি নুংঙাইতে, সাহেপ হৌরগা কোয়রুরসি লাক্লবনি।

এঃ ককচীংদা য়াইনে, ঐসু ককচীংসি অমুক্তং চংনিংদুনা লৈরম্বনি। ঙাইহাক্তং ফম্বীমুকো, ঐ ফি হোংজরক্কে, কুইরোই হায়রল্লগা ইমুংদা চংই। ঐনা ইমুংদা ফি হোংলিঙে, য়াম্নুংদি ঐগী ইংখোল মচাদুদা থাজরিবা হজাম কেবী খরদু য়াম্না খংবা মওংদা "হার ঋাংলে, ইশিং ঋাংলে" অমুকতোইবা ঙাংবা শুংলেপ লেপ্লে। ফমসু ফমদে মানা তৌরিবা।

ঐ ফি হোংদোকপা লোয়রদুনা চৎসি য়াম্নুং হায়দুনা ঐখোয়নি থোরকখি। কৈসামপাৎ ইলেক্ট্রিকসিটি ওফিস মমাংঋাইদা ককচীং থাবা বস অমদা ঐখোয়'নি কাখৎলে। মী পংয়াম য়ামদ্রি। ড্রাইভরনা কদর তৌবা হৌরকই। ঙংঅদুনা খর লেংবা হৌখি। মী মবি মরি কাখৎনরকই সিং ফুল ওইরে। ঐখোয়দগী য়াম্না কোন্না লাকপা অমনা শাওরদুনা হায়রকখি।

চংলো য়ারে কৈদৌরগে, ফুল ওইরসিমক্তদা করি'মুক হাপখিদোয়নো? মাগী ঋাদু ড্রাইভরনা মনাদা হাম্নীদে। গাড়িগী অঙাংদুসু পুম্নাং লাংলদুনা লাওরি। ককচীং ককচীং ... ককচীং অহানবা।

বুহ বুহ ঙংলদুনা লেংহৌ লেংহৌ তৌবদুদা মী কাখৎলকপা লেপ্লে। সিটতি ঙসাইনা লৈত্রবনি। কাখৎলক্লবা মৌ নহা'মদি কোয়য়েং য়েংলগা ফমদ্রদি

আ তান্না লেপ্পা ওমপোনত্তে হান্নদুনা অমুক কুমথনবা হোৎনরকই। গাড়িগী অঙাংদুনা ঈলদা লক্লবা ঙা নাম্থোকহন্নীংদবগুম নুপীদুবু কুমথহন্নীংদে। বসতু ঙংলগা লেংহৌ লেংহৌ তৌজবতনি মাংলোমদা চংখৎপদি খক হৌদে। মৌনহাদু মানা হেক ঙক্লদুনা চবেং চবেং ঙাংলদুনা কুমথহৌরে।

হন্দক্তী বসতু যৌবা হৌরক্লে। মথং মথং শিংজমৈ লাক্লক্লে। ককন্নাদা অমুক খাম্মী। খংন চান্নবা মতেক ময়াগী মীগা য়াওরক্তুনা কুমথহৌগদবা ওইবমাক্লে ঐনা খল্লুবনি। কুমথহৌবা নত্তে, লৌখৎলকপনি। হেক খান্নীবামখৈ খাম্মী, উবি মখৈ খুনগৎলি। সিটকী ব্রা যেংদে।

ইবোই ব্রানি হাযদুনা, নমদা ফৌপোৎ থোক্লগা, অমুক ইবোই কাংপোৎথক্তা তোংবদুগা চপ মান্নরে। সিটতা ফমজে হাযবতা মঙাইবে, ঐ মী মরি মঙাগী চৈঙাক ওইরি। উক লাওই, অনি কুমথহৌই, মঙা কাখৎলকই। উক লাওই অমুক খাম্মী। অমা কুমহৌই তরুক মকাখৎলকই। শ্ববফাওবা ফুক্লক্লে, কদায় য়ৌরগে উবা ফংদ্রে। হুমাংনা ফুৎলে। ফনা কুইরবা তুংদা খরা খরা কুমথনহৌদুনা নে না অমদি তারে। হেক কোন্নকপা মীৎকুপ যাদনা গাড়িগী অঙাংদুনা ককচীং য়ৌরে হায়বকখি।

লাক্লীবা থবক্তুগী মফমদু য়ৌরবদুদদি ঐখোয়সু কুমথরে। লৈফমদু থিবা হৌখি। নিংথিজনা তাকপীরকখি। সোমদা চংবিরো, অদুগা নরসিং মাঙপ থেংনবিগনি, মদুগী হেক মখাদা লৈরে হায়বিরকখি। য়াম্বুং ঐখোয়নি কোন্নয়েং য়েংলদুনা চংলগা থোজাল অমদা হেক হংলুবনি। হংলুরিবা মফমদুমক ওইরমদুনা চংসিল্লে।

অরাবদি, অহল অমত্তা লৈরমদ্রে, লোক্লনমক থবক ইনখাং চংথোক্লরমলে। সুপ্নতগী লৈশাবীমচা মখক লংচাক হায়বদু চাক্তুনা লৈবমখি। শক্তাক্লরবা মতুংদা পোৎশিংদু নুপীমচাদুদা শিন্নরে। ফিদা থাদুনা চা থকখিসি, পাবুং হায়রকখি। চাদু য়ান্নদি থক্লীংলবনি, অদুবু নুংঙাইত্রদুনা ফবে ইবেম্মা, ইমাখোয় চা থক্লরোই। নোংমা, বাবাখোয় ইমাখোয় লৈবকান্দা অমুক কোন্নরক্লে।

অদো ইপাখোয় মী অমত্তা হংগে, মম্মাংঙৈগী মরুপ্পী, লাক্লীঙৈসিদ মখোয়দসু অমুক্তং চংলমগে, ঐনা হায়খিবনি।

য়ানি পাবুং হংখিয়ু, কনা ওইরম্বনো? "চন্দ্র, বিরচন্দ্র হায়বদো।" য়ে, অদুদি সোমলোমদা ওইনা থোকপীরো মখুৎ খিন্দুনা তাক্লকখি। অদুদি কৈথেল মচা হায়বরা কবিনো অসোমদরা, অদুম্বাইদা হংলদি খংলদরা?

"হোয় পাবুং, অদুম্বাইদু মখোয়গী কোম্লুপ্পী।"

ফবে অদুদি ইপাখোয় অমুকতা চংলুখিগে, অসুম্না ঐখোয়'নি মরুপতুগী ময়ুম মায়কৈ পাংখি। য়ুমদি খংলে, মদুসু মশাদি লৈরমদ্রে, থবক চংখোকখিরম্লে। ঙসিগী দাওসিদি হায়রদুনা য়াম্লুং ঐখোয়নি ককচীং বজার তম্না অমুক থোরক্লে। মরুপতু থেংনজরবদি নংত্রগা অঙাংদুগী মপাদুত ওইরবসু, চাক্কী ব্রাসি খরদি লাইরম্বনি। অদুবু ফরে, থেংন্দব ঙাক্তা ওইখিবনা পুংফমদুনা য়ারকত্রবদুদদি, ঐখোয়নি হোটেল অমদা ক্ষেট্রিরা করিনো খরা চাসি হায়ন্দুনা চংলে। হায়রে, পুখোরকই, হংলকই "অমদু য়াওগদ্রা?"

"হুং মদু বস তোংমিন্নবদা মীনা য়াম্না হৈনদে, য়াওজররোই।"

চাবা লোয়রগা গাড়ি তোংম্রিঙৈসিদা হায়দুনা চুরুপ মচৈ অমমম চিংলগা গাড়ি ঙাইহবনি। বস অনি 'হুমদি খামদুনা লৈবা উই। চংসিন্দুনা হংলুবদদা চংলরোয় হায়রকখি। বস চংগা য়াদবা করি অনৌবা ইরাং অমা থোক্লবনো খংদ্রে, পুক্লিংদা ইচিং চিংনবা অমা কাওই। উচিন নাচিননা বস অমা লাকই। মী থনকোক য়াওরকই। খরদি কুমথবকই। গারিগী অঙাংদুনা লাওবকখি।

"লাকও লাকও ইম্ফাল ইম্ফাল।"

ঐখোয়নিসু চেনসিল্লী, কাখৎলী, ঙসায়গী থৌদৌদুনি। অদুবু হন্দক্তী ঐখোয় লেপ্পা তারে য়ুমদা হনগদবনিনা লেমখোকতুনা লৈহৌবসু য়াদবনি।

বসতু থৌগৎপা হৌরে, খোংজোম য়ৌরে। অরেপ্পা খরদি কুমথহৌই চপচানা অমুক কাখৎলকই। থবক অমমম লৈনবা, চৎনিংবা, য়ুম য়ৌনিংবা ঙাক্তা ওইরমাম্লে। অদুবু ঐদি খাংবা ব্নারে, বিপি ব্রাংখৎলকই। অরেপ্পা মীরক্তা

চপখায়রিবা চাজেনবী মৌনহাদুবু উরুবদা। তাঞ্জাদুদা মচাদুসু কপখৎলকই, মাবুসু চপখায়বিরববা করিনো খঙদে। করিগুম্বা ঐনা সিটতা ফম্নম্নবদি খঙগদফনি। হৌগৎলগা মাবু ফমহনবীরম্বা য়াবনি অদুবু উপায় লৈখিদে।

অসুম খৌগৎলকপদুনা খৌবাল য়ৌবে। অরেম্বা ফনা য়াম্না কুমথহৌরে। অমুক কাখৎলকপনা হান্নগুম পোপ তারে। খৌবা হৌই গাড়িগী অঙাংদুনা ভায়া হায়রকই। ঐ বিপি ব্রাংখৎলকই, মৌ নহা চাজেনবীদু উরুবদা।

হায় নঙ সি উদ্রা? মৌনহাদুদা খুদোনবীনা খিল্লগা ঐনা গাড়িগী অঙাংদুদা হায়খিবনি। মা' ইঙক ঙকই, ঐঙোন্দা পৈরপ য়েংলম্নগা অতোপ্পা মী অমদা ভারা পিয়ু হায়খি।

মিংশেলদা ইবিবা লেডিজ হায়বদুদা খুদোনবীনা খিল্লগা অমুকসু হায়খি। মসে, সিদা ইরিবসে মুৎথৎলু, নঙনা ঙমদ্রগসু নখোয় মহাজন্দা হায়য়ু। লেডিজ থাবগী কান্নবা লৈতে। য়াম্না শাওনিংনা শাওনিংবা অমা য়াওনা গাড়িগী অঙাংদুদা হায়খিবনি। মপা চপ চানা ফম্নীবা নুপাশিংদুদা তাইনবা ঙমদবদগী, ঐ বিপি ব্রাংখিবনি। করিগীবুদি ঙম্লোয়, অদুবু ইক্বাইখাংদগী ইরননাই তারকদ্রা খন্দুনা খাংখিবনি। মখোয়না লেডিজ ইরিবা মপাদুমক্তদা নুংঙাইনা ফম্নগা, চাজেনবীদুনা ব্রানা লেপ্পগা য়ৌদদি য়ৌরসনু মতাগুম মমায়দু তঙাং তঙাংনা লেপখাং খাংবদুদনি ঐনা বিপি ব্রাংখিবসি। মখোয়গীদু নুপা নুপী রাইট্ট মান্নরে তাকপীবরা খঙদে। ঐনা লাওরিবদু মখোয়দনি খঙলবসু, ইক্বাইরমাম্লে কনা'মত্তা হৌগৎলকদ্রে। মীগী লমদদি নুপী লাক্সীফাওবা ফম্বা য়াই, হেক লাকপগা নুপাদু মশানা খংনা হৌগৎলগা নুপী ফমহনগনি। কবিগুম্বা ব্রাখঙদবা নুপা ওইরবদি নুপীনা সেন্দল সংলগা উৎকনি, মসি চৎনবীনি।

উচিল নাচিলনা নুপী অমা কুমথহৌরে। অহাংবদুদা মৌনহাদু ফমহন্লে। মহাক শ্বর অশাংবা অমা হোন্দোরকই, খজিঙং পোৎথাবা মাখা কুইদে ইম্ফাল য়ৌরে হায়রকখি। মী লোয়না কুমথখরে। ঐদি ইতোমতা খল্লকখি। মসিবু কনাগী মল্লাললো? ॥

# লাইৱক

মী মখল য়াম্মী। মী অমুবা মী অতৌবা অকবা ফত্তবা অনেম্বা অন্নাংবা অচৌবা অপিকপা অঙাংবা অশংবা। তৌবদি কুপ্না য়েংগনবা মীশিংগী মচৎনি। পৌন্য ম্নাখল চাওখোক্লা য়েংবা ওন্নবদি মীগী মখলসি সুপ্নতগী মখল অনিতনি। অমনা নুপা অদুগা অমনা নুপী। অমুকসু হৌজিক্লাদি নুপাগা নুপীগফাওবা রাইট মান্নরে হায়না হায়নরবা মতমনি।

অদুগুম্বা মীওইশিংগী মরক্তা রাজেনসু মখল অমনি। মহাক মমাংঙৈ চাওখৎত্রিঙৈগী মতমনা লোয়রমদায়, চাওখ্রংলবা মতম্মা খরা খরা হৌরকপা মতমদুদা তাইবঙদা মীওইবা অমা ওইনা খোংদারকপনি। চরু উংনা থুমোক অমদা ক্লিং কিং নপ্লগা উগী খুদেং অচৌবা অমগী মথক্তা উংতি চুপ্লগা ফি সুবসু থেংনহৌই, পুন্সিগী ঈশিংনা ফজনা ইরুজথোক্লগা হৈবী য়েংখায়দুনা তৈনবসু উহৌই। কোক্তা য়ুমদা সুমজবা হঙ্গামথাওনা তৈবসু খংহৌই। শাগেগী মীশি মীনা য়াওরগা য়ুম মাংবগী লৈবাক্লা শাবা চফু উয়ান বাপলগী ম্নাখোংঙা চরুগী সুমজিৎ, বাগী খাবে লংথোক্লবসু খংহৌই। হৌজিক্তী পূন্নমকসি মাগী মাগী মহৎ শিনবা অমমম লাকখিদুনা অঙকপা মতৌ'মা ওইরবা মতম্নী।

পূন্নমক ওইদুনসু রাজেন লাইরবা ইমুং অমদা পোক্লবনি। ফনমোক শানা কাবক কাবক চংলকপা মতমদা অসুক্কী মতিক মখুৎ লেংবা অঙাং অমা হায়বদু ওইরকখি। মাবু শোন্নবিনবা শিনফম থাদোকপা ওম্বা মী লৈরক্তে। অদুনা মনিং তৌনা শান্নরকখি। মপান থোকতোক্লগা লৈবাক্তা ম্নাই তৈদুনা মমায় মমিৎ খংদবা মখে শান্নে। পূমতৈনি মানা তৌরিবা। চুম্বা তৈবত নত্তনা লৈখোমদু ময়াদসু খবোম থন্না থন্না চাসিল্লী। লমহেল্লী মখুৎ য়াওই হায়দুনা ফুবিবসু কোঙ্গায়নি মদুসু একফাও লাওনা কপ্তে কপ্লবসু মীংকুপ ফাদনা তোকই।

মখুৎ য়াওপ্লবা রাজেনগী মবেনপোক্ত শজায়জাওবী কুচু মুবী হনুপী অমনি। কুচু মুজবতনি মশাদি অদুক্কী মতিক নাপ্লী। মীনা মুয়ং লংবী শজায়জাওবী কৌই। সুবা নোম্বাদি য়াম্না কল্লী। ইংখোল শংবন্দু শিংগগা

শেংবগা পূমলং লংই। মোয়োক চুরিদু কনাগুম্বগী সুমাংদগী হেন্না নাল্লী। মশা নানজবত নত্তনা চিলহায়সু অসুকী মতিক কঞ্জে। য়ান্নসু শাওগল্লী। অদুবু মীওেন্দদি কাইজদে।

নোংমদি মাগী শাওগনবদুনা মরম ওইদুনা হায়হেবা হান্নহেনবা মসুনুপা অদুনা মাগী লাইনি খন্না লাংচন্নিবা নুং মচাশিংদু য়াওবা চন্দোজ উপুদুগী মথক্তা কাখংলগা নুং মচা পূম্নমক্তু চখায়দুনা শান্নরম্বা, মপানসু খোকচিললম্বা উরুবদা শাওবদা লব্বায় শাংখিদুনা হায়খি। "হরে হরে লোয়রেদনা ঐদি।" কনা কনা লৈ, য়োংপাক্তু অমুক্তা পুখোরকউ জুরি তাফমসিদা কোম'মা তৌথোক্লগা মসি অঙাংসিদা ফুমজিল্লগা লোয়রে। মদুতদা ঐ হেক পেল্লনি।

খরা চাওরক্লগা কাফে কাফে চংলকপা মতমদদি অমুক খোংকলাই চুদুনা কয়াদি থিগ্রে। মুশিন মুবদুদা মঙক্তা মথুনগা ইসুম সুন্নগা মবুক্তা তহি তহি কংবদু উরগা কনাগুম্বদি মচা মনাওনি হায়নিংবদি লাইরদনা শাগেগী অঙাংনি ফাওবা হায়নিংদবা জাংনি। মতমদুদা মানা মীরোল অম্রিওে মীশক মীশা লাকসিনবা ওমগ্রিওে মবেন্দু পূম্নমকপু থাদোক্লল্লগা লাইরমলেন্দা তিনখি।

পুংকক চাওরক্তুনা লাইরিক তম্বা হৌরবকান্দা, মাগী তম্মীন্নবা মমান্নবা কনা'মত্তনা মাবু নুংশিরিবা য়াওদবজাংনি। মশক্তুনা অয়াম্বনি। মী মরি মঙাগা মা মথক্তগা হেক হেক লাম্বা তৌদুনা ফুনে। ফুবদি মানদা ফুদংলি। মশক থিবগী মতিক নেগ্রোগুম্বগী মচিং অমা মঙোন্দা লোয়নজে। চহি পরিক্ষা খুদিংদা পরিক্ষা য়াওদে শান্নদুনা লৈথোকই। মমান্নবনা মথং ক্লাসতা ফম্নবা উরগা মাসু হেক মফমলুই। ওজানা নঙদি পরিক্ষা য়াওসু য়াওদনা হায়রগা হান্নগী ক্লাসতা হেক মফমহল্লী। খরা খরা গ্যান লাক্লবা কান্দা পরিক্ষা য়াওদুনা মখাগী নাওরোনশিংগা তম্মীন্নখি।

মতমদুদা লাইরিক তম্বা কাবসি থাকি খোংগ্রাও হাপপেন মনিং হোবা, কিবান তংলবা অমা সেংলগা ফুরিং সেগায়বা অমা লিং, মপাগী খুদে শেগায়বা তংখায়'মনা মাংদা কিশি কিরগা খোংউপ মশক খংদনা লাইরিক খাওদা বিলামাটিগী লিমোন বোড়া মচা অমা য়াল্লগা কারকখিবনি। উগী খুরুম অমত্তা লৈথিবু হায়জবদা নিংথমথা লোয়খিবনা হানখি। লৈকায় মমান্নবগী শউন খোংউপ

উরগা মতিন তানা য়েংলগা মণি ইয়া চেন্দুনা থাংলকখি। পুংকক চাওরক্লবা ক্লাস আইট তম্লকপা মতমদুদ দৈকায় লৌয়াম চাবগী লৌ য়ৈবা য়াওদুনা শেনগী মহাও খংলকখি। মীনা কম্নীদা খৈ বোড়াকা থাংবা গুম্মীনহে হায়রগা হয়াওদুনা চেম্বাং থাংদুনা ময়ামদগী হেন্না থাংনবা হোৎনখি। অপঙ থাগৎলগা শিজিন্নখিবা গুসিঙ খংলকখি। হৌজিক্তা পুক্লিং নুংশিরকখি।

নোংমনা তাকয়েনপাংতা চত্তুনা বোড়াথাওদা বম্বী খুম্লুই। নোংমনা লাজোল চীংদা চত্তুনা শই শিংজা য়াম্লুই। করিগুম্বদা শিংজা শিংবুল'ম য়োম্লগা থাতাবোয় লৈনরকখি। নোংমনা মমাগী মতেং ওইনা লমশাং শড়ক কৈথেলদগী খৌ সাইকলদা হাপ্লগা মখোংনা ইম্লুই। মতমদু শাবল কাবা থোংনেং লাম্বকা ফংপোনত্রি। ইংখোলগী মনা মশিং থাবদ ট্রেনিং ফংলুরবা মীওই অমদগী হেন্না খুৎলোয়রে। শেনগী মগুন খঙনা মহে তম্লকপনা কলেজগী থাক্তা য়ৌরে। অহাংবা মতমদা আই টি আইদ ট্রেনিং কয়া য়াওশিল্লী, ষ্ট্রাইপেন ফংনবগীমক ফংসু ফংখি।

ট্রেনিং লোইরবা মতমদুদা সরকারগী থবক তৌবগী তাঞ্জা ফংখি। করিগুম্বদ ওরগানাইজেসনগী সেক্রেটারি, প্রসিডেন্ট হেক হেক ওইখি। মকোক চিংদুনা সরকারদা দাবী তৌই। লোয়নমক থবক পিবদি গুমদবনা অরুবা হেক হেক মায়য়োক্লে। লৌগদবা ফম্না য়ামদবা মেম্বর মশিংনা হেক ময়াম্না মতমদা মেম্বরশিংনা ফম পুবশিংবু ব্বারৌনৈ অদুবু মাদি মেম্বরশিংগী পেননবা হেক হেক কংথোক্তুনা লৈহৌখি। কালেন ছুটি খুদিংদা কোচিং ক্লাস তৌদুনা মায়কৈগী ওইনা ছাত্রশিংবু মতেং পাংলকখি। য়ুমগী ফিবম্না থর ফরক্লবদ তম্নীংবগী ব্বাখলসু হেনগৎলকখি। মণিপুরগী ব্বাংমা লাম্না মহে তমলুই ফাষ্ট ক্লাস ডিষ্টিংকসন ফাওবা মফংলকখি। ব্বানা হৌরক্তুনা কংথোকপা য়াবা কংথোকপ্রবা মতুংদা তম্বা লেপ্লগে থম্লকপা মতমদদি সরকারগী থবক পূম্নমক লৈবা য়োনবা মতম্না মাগী লাইবক্তা তম্লমলে।

হিরম কয়াদা পাস তৌরুবগী কান্নবা ওইনা উচিন নাচিন্না সরকারগী থবক অমা ফংলে। মদু রিগুলারমক্তী ওইদে। অব্বা অনা থাংদুনা পুজরক্লগা নোংমা

মন্ত্রিগী মীনি হায়বা অমা রিগুলার ওইনা ওডর থোক্তুনা জোইন্ট তৌবা লাকখি। ষ্টাপ অমদি মমায়বশিংনা কমপ্লেন তৌহল্লীংখি, অমা কোর্টত কেস্ কাওবা চংথহল্লীংখি। লাক্লীবা মীদুগী বেকগ্রাওন থিখি। পুম্নমক খংলবদা থবক তৌবসি ঐঙোন্দগী মানা হেন্না দরকার ওই খল্লদুনা মহাক্লা করিসু হায়রু য়েংলুবা তৌদনা মা থবক তোকথোকখি।

মতমদুদা মণিপুর পোলিসকী এস আই অমদি মণিপুর রাইফলগী জমাদার লৌবগী ইন্টরভিইউ য়াওখি। দরকার ওইবা চে-চাং পুম্নমক সুরদুনা চেনবা তোংবগী চাংয়েং য়াওই। মায়সু পাক্লে। অদুবু অরোইবা তানফম য়ৌরক্লবা মতমদা হেক্তা মখল্লকত্রে।

অঙাং ওইরিঙৈদা পাঙলনা নৈথেক্তুনা সুরকপা থবক খুদিংদদি মায় পাক্তুনা শেন ফংবা ঙমখি। ঙসিদি মহৈগী থাক্লা লাম্ছেংনবদা মায় পাকপা সুকঙম ঙমখিদরে। পুম্নমক মরুম অমা ইরে লৈবগুম মঙোন্দা থোকখি।

নোংমা পি দবলিয়ু দি ওফিসতা থবক অমগী চংলুবনি। ফিজোলসু অদুক হাক্লা কে মৌদে। এ ইগী কানি চংলীবদু । মীনা সলাম কোৎনরবা এ ই সাহেপতুনা হৌগৎলদুনা ব্যবহার তৌরকখি। "ওজা" মতমদুদা মহাক কয়াদা পুক্লিং নুংশিখি। অদুবু রাজেনদা চাওথোকচবা অমদি ফংখি, ঙসি মানা ওইরিবা ফিবমসিদা মানা লাইরিক তাকশিখিবা ছাত্র অমনা ওফিসার ওইরম্বদু উরুবদা।

কোননথংদা কোবপোরেসন অমদা থবক চংলে। ডিপিসি তৌবদ সেরিয়েল নম্বর য়াম্দা লাকপনি। মথৌ নিংথিনা তৌখি। মথৌ খংবা অমদি থবক ফবগীদমক শেলগী মনাসু ফংখি।

ওফিসকী মকোক্তু শিনখি। মকোকসি সরকারনা খল্লগা মতম মতমগী ওইনা থারকপনি। মকোক ওইবদা মতিক চাবা অকবা মীদি ঙই, অদুবু মাগী থোংলোয়, চনম্মী থরনা মাবু ফংহন্নখিদে। মীনুথাংগী থৌহিনসিন্দগী রাজেনবু অরাম্না মফম অমদা থাদোকখি। মা লৈরবদি মথোয়গী তৌনিংবা অরানবা থবক্তা অয়েংপা ওই হায়বগীদমক।

মীওইশিংদুদি অপাম্বা খংই। য়েন্নে হোৎ মায় হায়দনা অথাবা মফম ব্রান্স ষ্টেসন অমদা চংখি। মফমদুদসু মাগী মথৌদা কোমথোকপা লৈখিদে। ওফিস লৈরিবা মফমদুগী শোংলবা নাশীশিং অশংবা অত্তমদা শেংম্লোজুনা নুমিদাংগীদমক ইলেকট্রিক থাওমৈ থান্নবা হোৎনখি। মীশা মীমাম্নদবা ওফিসপু মযুমমক্কীনি, মরননায়গুম জুনা খনজবা মাদি ওফিসকী মী কনামত্তনা মাবু তিম্নবিনিংদে। মা পুম্নমক খংজে অদুবু মথৌদি কায়দনা তৌখি।

নোংমা ওফিস মনুংদা চংহৈদবা থবকশিং অমদি ক্সার শান্নফম অমা হঞ্জিন হঞ্জিন হায়রবফাওবা তাবিরক্তবদগী থুগায়বা তারকখি। মদুগীদমক মহাক অন্নাফমদা তাবা তাঞ্জা অমা লাকখি। মতমদুদা মাগী মীচং লৈখিদে, লাইফাওবা মাগী মায়োক্তা লৈবগুমখি। চুম্না ফজনা সুম হায়রম্বদগী খুৎ ফাওবা থোক্লরক্তনা ওফিস মপানগী মী খর অশোক অপন য়াওরে। মখোয়না কিহন্দুনা রাজেনবু ওফিসতুদ লৈবা য়ারোই হায়রকখি। খোংলোয়শিংগী হেঞ্জিনবা পাউদমদা অশেংবা মশক খংদনা মী য়াম্না খৎনগল্লী হায়জিন্দুনা হেড ওফিসতগী থবক্তগী লৌথোক্লে হায়বগী ওডর চে অমা লাকখি। চেদু পারুরগা য়াম্না উপায় লৈত্রবা মী অমগুম যোমোল নোক্লকখি। অশেংবা খংনবা হোৎনখিদবা অচৌ অশাং খরগী মফমদা থম্মোয় শোক্লা ঘারৌখি। অদুগা শোল্লকখি, অঙকপনিকো হে লাইবক ঐগী লাইবক॥

# মনা মনিন নায়রক্কনু

নোংয়াই মতুং ওইরম্লে। কালেন্থা ওইবগী শান্নবনরা করিনো খংদে। তুমথবা সুকয়া য়াদে। কেন উংহনগদবু মৈ লাক্তে। নহাক্তনা লোদ সেদিংনি। ওয়াংমা লাক্তবা নুমিংনি। ওসিনা কৈদৌরবনো খংদে। শালংদু চুখৎকদবসু লৈকাইগী কেরোসিনদো কনানা থকশ্নলো খংদে, সুকয়েল য়েম্লকখিদ্রে। দুকান্দগী লৈরুগদবসু লৈবাক্লা শাবা শেনফু মানবা দুকান্দারদুগী তাংমনবা অমদি মশকতু নুংশিমন্দবগী লৈহৌদ্রে। অদুনা পুংমম মমই।

মপান্দা ওাইহাক ফমদুনা হুকচিক লাংলম্লনি। ইম্নুংদা অমুক চংদুনা ফমুংদা থরো মারো অমুক ওন্নী। ইশাশিদা ফি হায়বদু মচেৎ অমা ফাওবা থোংনিংদবা ফাওরকই, থোংসু থোংদ্রে লিংলম্বা ফুরিংতুনা হুমায়গুম হুমই। নিংথমথা ওইরম্লবদি ওসাইনা মীকপ অনি অহুমদি মথোক্লগদবনি। খংহৌদনা ওাইহাক্কী মতুংদা উরোল উরোল তৌরুরবা মান্নি।

ঐগা মন্দাগা বজারদা লও থরা লৈরুনবগীদমক চংখিবনি। জিপ্তুগী হেক কুমথবদা অশেংবা পাখং ওইরমখিদ্র খওদে নুপা মরি মঙা লৈরম্মী। ঐখোয় উরগা লক্লরকখি। মপুন্সিদুদা থ্রি কান্নীফাওবা শান্নরমগদ্র চিংনবা পোকই। নুংশা শাপ্রবা কান্দুদবু ত্রেক সুইটকী অথাবা ফুরিং অমমম লিংলি। মনগন্দগদি মণিপুর হায়না থায়। যুম্লোন্নবা কনাদগী য়াইরগা লিংলকপনো খওদে। তৌবদি মখোয়না লক্লনিংদুনা লক্লরকপা মান্দে, ঐখোয়গী ইতৌনা ওইরম্বসু য়াই। নুপা হায়বা জাৎকী মথলসিনা নুপিশিংবু করিগী য়েংনিংলিবনো অমুকসু খন্নী হোয়দা, নুপীনা নুপী ফাওবসু চাগাদগুম য়েংনবা য়াওইদা।

মন্দানা শেংলিবদু কাংখন ফিনি। লিংলিবা ফুরিংতুনা ওকশম ওমজবা'খৈ কোংশিনি, অদুগা খ্বাংদসু চোম্বা বাংলিবনি। পিসুম সিজ্জল লাইননি। চিনবান্দা ঈ থোকপগুম ওাংশ্রং ওাংনা তৈরি। মীনা কিয়া থিনখিবদা খাম্বগুম কাজল তৈরি। শল্লাংসু মহৌশাগী মচু নত্তে, শংলবা মচুগী শল্লাংনি। খুজিলসু য়েনবাগী খুজিলগুম শাংনা খাক্লগা নেল পোলিস তৈরি। মাদা নত্তে ঐসুনি। চিনবান, পিসুম, কাজল, ইউনিকোমনি। খেন্নরিবা হায়ববু ঐনা তপ

নঙ্গী জিনগী খোংগ্রাও শেংলি। পোকপদগী য়াওরকপা নংতৌবা শময়ু অমা চিনবান ময়াসিদা নমশিল্লী। মসিদা ওইরম্বা য়াই মখোয়না ঐখোয়দা লক্লনিংবা ফাওখিদো। খোয়না খল্লুম্রে, ঐখোয় লঙ য়োনবা দুকান তম্না চংসিল্লী। অহল ওইরবী ইমা খগ্না লঙগী ময়োম ময়োম পায়রদুনা খোক্লরকই। ঐখোয় উবদা কৌশিল্লরকই।

"লাও মনুংদা চংলকউ লাও, করি করি মচুনো কয়াম কয়াম তৌসিগে।"

"য়াম্মোইদা মচুদি ..."

"হায়রো হায়রো করি করিনো ? চা থকসিকো।"

"য়ানিদা ঐখোয়দি চা থকতে।"

"অদুদি হৈ মহি থকসিরা?"

"অমংতা হেক থকচরোই। লঙদু পুখোরক্লো। খরা থুনা হঞ্জখ্রগে শাবনা শিগদৌরে।"

তশেংবদি চাদু থক্লীংবনি। সিমায়না পিথকপা চাসি করি করিনো হাপচিল্লগা পিথক্লে হায়বদুদা কিদুনা থক্লীংদে হায়খিবনি। তাঞ্জাদুদা মৌ নহা অনিখকসু চংলকই। মখোয়দি ইরেম্না চংলক্লগা ফম্মু হায়দ্রসু ফমখি। মীকি লাইকিদ্রবা মাল্লী। মমাংঙৈদদি মৌনি খংনবা ফিদোন চিংখংনরম্মী হায়নৈ। মখোয়দী লৈশাবীগুম খোয়খা লোইনা শেংলি। মখোয়'নিনা ঐখোয়নিদা মুন্না মুন্না য়েংই। ঐখোয়'নিসু মখোয়'নিদা মুন্না মুন্না য়েংই। লঙদু য়োম্বা লোয়রদুনা পীরকই। ঐখোয় য়ুমলোমদা হল্লক্লে।

ইম্ফালসিদি শুমাং, মাঙ্গোল, য়েন্নখা, মমাং শঙ্গোয় অমত্তা লৈনদ্রে। শড়ক্তগী খোং নাম্মা হেক কানশিনখিবগা য়ুম লৈরে। মেরাজাও, মিনরেল ৱাটরগী খাল্লী বোটল মাল্লী। কুচু তৌজরবসু মশক্তু য়েংফম খংদে, মত্রুক মত্রুকই। ওফিসকী থবক তৌজবা মীনি। মাগী নুপীসু ওফিস কাবিনি। ফমদি মেরাজাওদগী হেন্না চাউই। মখোয়নিগী মচা নুপী অনি, নুপা অনি পুন্না মরি লৈয়ে। ওফিস কাবদা নংনব্বা লৈবদগী খুজংদগী নুপীমচা অমথক মতেং মতেং ওইনবা থম্মী। মাগী মচাশিংদি করিগুম্বা পাখোল অমফাওবা হায়খিদে। লৈতে লাইরে হায়দুনবু মচাবু কনানা মীগী য়ুমদা থম্মীংগদগে?

উপায় লৈতদুনা মপুক্তা থঞ্জরবদি খাম্নব্সু য়াই। লাইরজবগী মচা মগু ওইরুবগী য়ানি। নুপীমচাদু মশক মতৌ য়েংবা নুংঙাই, নুংশি লৈখোন চেন্না। পিক্লিডেদগী লৈরকপনা পুংকক চাওরক্লে। ইক্লাই ইকি খংলক্লে। মীরোল সুরক্লে।

মেরাজাওগী মচা লোইনমক মীরমদা লাইরিক তম্বা থাদোকস্লে। মখোয়নিদা ঙাইরবনিনা মী থমম্রবসু ময়ারবনি অদুবু মখোয়নিমক ওফিস কাপ্রগা য়ুম শংহৌনবা লৈশাবী মচাদু অদুমক থম্লী। মেরাজাওগী নুপী জিরিবামদা ওফিসকী তুর অমা চংপা তাখি। নুপা মরি মগাগী মরক্তা নুপী মতোমতনি য়াওগদবা। নুমিৎ মগানিদি লৈরকপা তাখি। মচাশিং লোয়নমক মপান্দা লাইরিক তমদুনা লৈখিবা মাগী নুপিসু তুর চংখিবদগী নুমিদাং হেক ওইরকপদা মশাদু ইহৈ হৈনিংদবা ইহাংদা হাংবগুম তৌখি। হম্নী চম্লকপা অহিংদুমদি হায়ফম খংদনা মওল মওল খম্লকখি। থিংবা খাম্বা খম্বুবা ঙমহৌদ্রবা পল অমা কায়রকখি। মরি মতাসু নস্তে শাগেসু নস্তে করি তৌয়েগে খম্লকখি। মীংকুপতু য়াংমা লানখি।

নোংঙাম্লকপদা লৈশাবী মচাদু মমিৎ মনা ইপোম পোমখি, অহিং চুপ্পা মপি চদুম চদুম শিঙ্খিদুনা কপ্পুবগী ওইরমাম্লে। করি খম্লক্রবনো খংদে। মনা মনিন নায়খিদে। মশাগী মথৌ অহোংবা লৈতনা পাংথোকখি। নুমিদাংগী চাক চারগা থবক ইনথাং পুম্নমক লোইশিন্নম্লগা মাগী কাদা চংদুনা তুমপ্রবা মাম্লি। অঙনবা অয়ুক্তদি লৈশাবী মচাদু য়াহৌরকমস্লেদা হায়দুনা মেরাজাওনা হৌদোক্লে খম্লুবনি মাগী কাদু পুমহাং হাংদুনা লৈরম্মী। কোইখি থিবদা মাগী নুপীগী উপুসু পুমহাং হাংদুনা লৈরমখি। লৈজবা সনা লুপা পুম্নমক তুর চংপনিনা অমত্তা শি-চাখিদবনি। পুম্নমক পুমহাং হাংলম্মী। মেরাজাও কোকচাওবী কারে করি করিনো তৌরিবশিংসিবো, খনফম থোক্তে।

অসুম খম্লিঙৈ ওফিসসু কাহৌদ্রে। চাকসু চাদ্রি নুংথিল ওইসিন্নক্লে। মাগী নুপী তুরদগী হম্লকই। জিরিবামদা থাজদনা য়োম্লম্বা পোংলোয় শেংপী লাইখিবী অমা য়াম্না খোয়দানা লৈরক্লুনা কোম্লগা পুরকই। লৈশাবী ফারবা নুপীমচাদুগী ওইনবা। মাগী নুপানা উংলম্লিবা তৌরম্লীবা মতৌদুদা মাগী নুপী সন্ধ্যারানী পুমগুক গুক্লম্মী। থোজালোমদগী নুপী মচা অমা চংলকই। মখোয়দ লৈবীদু ওইরবোই নিংলুবনি, ওইরমস্লে। মখুংতা চে অমা পায়রকই।

ওফিসকী ওইরবোয় খল্লুবনি মদুসু ওইরমদ্রে। কাজোক্তুনা পারুবদা মখোয়দা লৈরম্বী লৈশাবী মচাদুনা পিরকপা চিঠি ওইরম্বী।

"ইন্দোমচাবু মচানা খুরুমজরি। য়াফমসিবু করম্না ইচিলসিনা পল্লগদগেনে? ইদোমচানা তুর চংখিবা হুম্রী চল্লকপা অহিংদু নচাগীদি থাশিগী অহিং ওইখরে। ঐ কনাদসু মনা মনিন নায়রমদবনি। অদুবু ইন্দোমচাগী সনা-লুপা অমদি উপূদা লৈরম্বা শেল পুম্নমক্তী ঐনা পুয়ে। মসিনা ঐগী মাংগ্রবা ইজ্জৎতি অমুক হন্না লৈবদা কংগদবা মরেল্ত্রে। পুম্নমক ওইদুনসু ঐ ভঙাই ফদনা য়ুমদু থাদোকপা তারকপদগী পুরবনি। য়ুমদসু থিবিরুরগনু, ঐ চৎলে য়াম্না থাপ্না। ইন্দোমচাগী নুপাদো ইজ্জৎ কম্নীংলবদি, মনা মনিন নায়বল্লগনুকো। নহাক্কী নচা শক্তবী ননাওনুপী।"

করিনো, কদায় চৎলীনো, মাগীসিবু সনা লুপা খরদুনা য়ারদরনে? চুহি চাবা খুৎতুং ইন্দনবা পরা অম্না তম্বীরম্বা য়াদবরা?

মৈসু লাক্তবা, শাবনসু ফি থোংঙমদ্রদুনা ওন্না থোইনা খাংলিঙে, মপান্দা হকচিক লাংদুনা ফম্লম্বদগী ইমুং চংলকপদা কাওদুনা থোংসু লোলশিলহৌদ্রবা মাল্লে। হুরানবনা খঙবসিসু অঙকপনিকো। কম্প্যুটব কংচানি। মখোয়দা লোইনা থোকই। অদুবু কম্প্যুটরশি মীনা শাবনিকো।

মখুৎতা করি করি পায়রমগনি মৈ মম্বনিনা উদ্রে। মানা হুখিগদবা, পুখিগদবা পোৎত্রি পুখিদনা, মীনা তুম্নীবা ফমুং তম্না মা মাদুনা লাকখি। ঐগী থোংদা মখুৎতুনা পায়বকই। অদুগা হায়রকই।

"হৌগৎলু, লাও-খোংদুনা তৌগনু।"

মানা হায়জবগী য়ানি। থক্কৎতবা ঙমদে। অফিং অফাইনি।

"কনানো নঙ কনানো?"

"হায়, কম্না ঙাংগনু হায়রগা।"

"অদো নঙবু কনানো অমুক্তা হায়য়ু।"

"ঐ হুয়ানবনি, হুরানবা লাক্লীবা।"

"ছুরানবা তাক্লগা পোৎতি হুদনা, মপু ঐবু হৌদোক্লীবা করিগীনো?"

"লাংগনু, ঐ থম্ফম খংদে, মৈসু লাক্তবনিনা।"

"করি করি পিয়ু হায়রিবনো নঙবু?"

"সনা - লুপা।"

"সনা মাঙ্গখগী ৱানি ঐগীসিদি লোইনমক অরুপ্পা ঙাক্তনি, পুখিনু কায়রোই নঙনা য়োনবদসু সেক্কেগু হেন্নীনা য়াম্না শিংলোয়।"

"অদুদি অরৈবা লুপা মখে পুথোরকউ।"

"লুপাসু পৈশাসু ঙসাইদ্দা বজারদগী লও লৈথোক্কুরে। লুপা চামঙামুক্তী লৈরমখিগদ্রা?"

সুপ্নগী লুপা চামঙা, মদু য়ারেই। থবায় খুবাক্তা হাপ্তুনা ছুরানবা চংলক্লগা সুপ্নগী লুপা চামঙাথক পুরগা হনগ্রো হায়বা, মদু য়ারোই লোৎশিনবমখে পুথোরকউ।

লোৎতে লোৎতে ঐ করিম'তা লোৎত্রে। ইশা ফাওবসু ফি থোৎস্রবনি। ইথক থক্লৎনা হায়দোকখিবনি।

করি? অদুদি নঙ হাৎতোক্লম্বা তারে। ঐগী থাংসিনা লেংশিল্লম্বা তারে। খোঙথাং অমা অনি চংশিল্লকগুম তৌই। মখুৎতগী থাংদু ঐ য়ৌরল্লগদবা মাল্লী। ঐ কল্লা লাওখি, কিবনসু নিকখি। ইমানা হৌদোরকই।

ইবেম্মা তারবরা নঙবো নখুৎতো মথবাক্তা থল্লগা তুমগনুনে। করিগীনো অদুক কল্লা লাওরক্লীবদি?

"ইমা মনা মনিন নায়রক্লনু।"

ইমানা হায়রকখি।

মসি অঙাংসিদি জাৎ জাৎনিকো ॥

# ঙাইহাক উঙ্করবদা

ঈং তপ্পা বাং চাওরবা হীমালয় চীংদগী মালেম নৈদা পলেম লাংওনরীবী গঙ্গা যমুনানা হৌরকপগুম ইংলবী নুরাগী থম্বাল লৈনা মানবী মিংমাদুগী মিংলু নাপোম অনিদগী নীংথিনা ঙৈথোক্লবা সেমগুম তঙাংলবা খজায় অনিদা হিয়াং তান্নবগুম য়াংনা চেম্বুরক্কী অরংপা লৈত্রবা পীরাংনা।

পীকতক তৌবা লাইহিক পাফম কা মচাদুগী কক্লাংদা চাওনা মিংশেল চন্দুনা থেংলিবা মতম কুইনগী মমাংদা মিংয়েংগী বাংমা লানগ্রবা পন্থৌ মপাগী থবায় য়াওদ্রবা শক্তমদুবু য়েংজবগা মথা চিকচৈ। পাউখুম ফংদ্রবা বাহংত হংলি মবোল থোক্লবা পিরাংনা।

নিনি পানবা থাজবু ঙমজবী পুসপাগী অবাবক্নো মতম কুইনা য়েংবা ঙমজদ্রবী মহৈগী লাইরেম্বী ইমানা মহাক্কী অবাবসে কাওহল্লগে মতাগুম লাইরিক অমা চেনা হাংদোকুনা পাহনবিখি। অসুম পারম্বদগী, খোয়জংদনা পাবা লাইরিক্কী হৌনবী খংহৌদনা উইথরকখি। অকি অখংতনা থল্লবা থৌদোক কয়া কয়া উরুরগা তাইবঙ ফাওনা লাওরকই। "ইমা!" অদুবু মপুক থন্দ্রীবা পুসপাগী মিংম্না অনিদুদি মীকপ থোক্কে খক খনখিদ্রমাল্লে। শান্নজখি কুরাক ওইনা কোয়পাই পাই। অমুক রোকেট ভোংদুনা মশিং খিঙমদ্রবা থবানমিচাক্কী মরক্তা শান্নজে। শান্নবা মখে শান্নরুরগা বায়দুনা অমুক দোলাল'মগী মথক্কী হায়নসু তৌই। মহাক্কী য়ুমনি হায়নসু তৌই। নিংথিরবা কা অমদা মদোম নাসোল পিক্লা ইংনা তপ্পা লোঙনা হীপুনা ফমুঙ অমদা বাখল তৌনা পোংথাবি। মাগী কাগী থোঙদু কোক-কোক, কোক-কোক থিল্লকই, অদুগা কৌরকই।

"পুসপা"

"কনানো?"

"ঐনি"

"ঐনি হায়ববু কনানো?"

"ইপাগী পুসপা, নঙগী বাবাবু কাউরব্রা?"

মদোম খনজখি, করি ঐগী বাবা লাক্লবা! থোং হাংদোরকই। থোংজিন্দুনা মপানা লেপ্পদুনা লৈরম্ব্রদু উরগা খংহৌদে তনৌরবী পুসপা খোংদগী ত্রোন ফাওবা তু খিয়াও চুংখি। শক্লমদুবু উরব্বদা, ফংগুল্লরোইদবা পোৎশক অমা ফংদোক্লনা ফংজরবদা হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইজখি। কয়াম নুংঙাইরমগনি, করম্বা মীংকুপ অমা ওইরমগনি। ঐগী কলম্না য়েকশদ অৱাংপা খবা অদুম মরৈরগনি। পাদমদি পাবিরিবা অদোম্না অমুকতং লাকসিনবিয়ু।

ঙাইহাক ঙকচান্নরবা মতুংদা কৌখিবনি। "বাবা"

কদোমদগীনো খংহৌদনা মংদনা চুপবকখিবা নোংগুম পীরাং পীরোইদুনা মচাবু মথানুংদা চেজেৎ কোনসিনবিখি।

"বাবা নঙ অসুক কুইবসি নোংমত্তু যুমদা লাকত্রিবা করিগীনো?" পুসপানা হংজরকখিবনি।

"বাবা অমুক হন্না চৎলরোই, ইচাগী নাক্তা লেংদনা লৈরগনি।"

নুংগায়রক্কী ঈচেল মচাবু অচৌবা ঈপাক্লা ঈতিলফম পিবিবগুম, চেপ্পয়ক্লীবা মচাগী ঈচেলবু ঈতিলফম পিবিদুনা হরাও নুংঙাইবগী পীরাংনা চোংলবা মায়থোংদো তৈথোকপীদুনা মখা তারকখি।

"নমাদি কদায়দা লৈ, কৌথোকলুরোদনা বাবা লাক্লে হায়করোদনা?"

তাঙ্গাদুদা নুপা অমা মরক থংনা পরপ পরপ চংলকই।

"সার"

"য়েস, মখোয় অতৈদি, পোংচৈগদু লোয়না?"

"য়েস সার, পোং পুম্নমক, মখোয়সু লোয়না...।"

"নুপা মচাদুদি?"

"মাদি গাড়িদা অদুম"

"পুসিল্লকউনা।"

"য়েস সার।"

লাকও লাকও সিদ্রা চংলকউ লাও, করি'মত্তা হংগোয়গনু মসি ইপাগী য়ুম্না। ওসিদগীদি নওগীসু য়ুম ওইরগদবনি। ফরে নখোয়সু পোথাজরুরো হায়খি। য়েস সার হায়রম্লগা চংখি। মচানুপীদা অমুক ওনসিন্দুনা সিদা লেপ্লীবসিনা ঐগী নাইতোম পোকপী ইচানুপীনি। মহাক মথন্তনি, মমিংনা "পুসপা"। অদুগা নওসু ওসিদগী ঐগী ইচানুপা ওইরগদবনি। নওগী হেক পোকপা নপাগুম খনগদবনি। নও করি'মত্তা নঙ্গোয়গনুকো, নওগীদমক ইপা লৈরিসিদি। য়াম্না পুকচেল চাওনা তরাম তরাম্লবা ৱাহেনা হায়খিবনি। পুক্লিচুম্না ইপাগী য়ুমসিদা লেংদনা লৈরমগদবনি। ইপাগী লন থুম পুম্নমক নচিল নপৌবাগী চপ মাল্লবা শরুক ওইরগদবনি। লৈথোরক্তুনা মচানুপীদা ওনসিল্লগা হায়রকখি।

"হায়, অপংবিসিদি করি য়েংদুনা লৈরি, নবুং লাকপদ করিগী হরাওদে?"

নুমিৎ খরনিগী মতুংদা নোংমা পুসপানা বিনোটতা হায়খিবনি।

দাদা ওসিদি বাবানা নওগা-ঐগা, ঐখোয়নিমক ফক্কসন অমদা পুবিনি হায়বনি।

"অওইবরনে, মফমদি কদায়দা নও খংবরা?"

"মফমদি ঐসু খংদে।"

"বাবানা করম্মাইনা হায়রম্লীবা?"

"অদুবুরো, ওসিদি নওগী দাদাগা ঐখোয়'হুম ফক্কসন অমা চংপা তারি। ইপাগী প্রাইজ অমা ফংগনি নখোয়নিনা লৌগদবনি পুংশিং শোয়বা য়াদে। বাবানা লৌবা লাক্কনি লোইসিল্লম্মুকো হায়রম্লনি।"

"ঐঙোন্দদি হায়রমদবনিনা ঐদি চৎলরোইকো।"

"দাদা নও অদুমাইনা তৌজনু, ঐনা বাবা তাথোক্লবদি।"

অপংবী ঐনা ফাগি তৌবনি। বাবা তাক্কনি কায়না অফাও শারিরা?

লাকও লোয়সিল্লুরসি বাবা লাক্কনি। পুং তারা চপ চানা চৎকদবনি ঐঙোন্দসু হান্না হায়রম্লবনি।

"দাদা নও নবুক ফত্তে, নঙোন্দসু হায়রম্লগা খংসিন্নদবা শায়।"

পুং তারা তাগদবা য়াম্না ৱাংশিল্লজ্জে। মখোয়গী থোজালদু মশা নাম্না

নাল্লবা জিপ মরি মগুা লাকই। মপানা কৌরকই। নখোয়নি লাকলো, লোইসিন্নিবরা? পুসপা মপা মচা মখোয়'হয় তুংদা গার্ড মাংদা গার্ড তৌদুনা মপা নাল্লবা জিলশিংদো মথং-মথং যৌথি।

মখোয়হয়া গাড়িদগী কুমথরকপগা সিফায় কাংবু অমনা সলাম ওকখি। চংসিল্লী লেল্লয় লৈতবা খোংথাং অমদা মীয়াম তিল্লীবা মরক্তুনা। মীয়াম্না লেপথংলদুনা খুবাক খুর খুরদুনা ইক্কাই খুম্নবা উংলকখি। মতমদু পুসপা মচিন মপৌবাদি পূমওক ওকখি। লাওখোরকখি, শ্রী ও এন সিংহজিনা হুন্দক সোক্লখিবা বোর্ডবগী লানফমদা যৌনা কনা, মপুক্লিং চংনা মথৌ পাংথোকখিবগীদমক ভারত সরকারনা শ্রী সিংহবু ইক্কায় খুম্নবা উত্তুনা মনা পিবগী যৌরম অসিদা শ্রীসিংহজিনা মনা অসিবু লৌবিয়নবা কৌসিনজরি। মায়কৈ খুদিংদগী খুবকপা খুবাক্কী মখোলনা মফম'দু ওহাক্তী পূম্লিন নিনখি।

শ্রী ও নন্দকুমার সিংহনা টেজদা ফাখংলক্তুনা মীয়ামদা হায়জবকখি। পাংজত্রবা ঐনা ইথৌমচা অমা পাংথোকচবগীদমক সরকার অমদি মীয়াম্না পিবিরিবা সনমানসি ইতিকতগী হেল্লবনি। মসিগীদমক মীয়াম্বু তৌবিমল থংবা উংচরি। অমসুং ইম্না লৈপাক ইরমদম'সিগী নুংশিজরবা প্রজা পূম্নমকপু মতম চুপ্পদা কাউজদবা পাঞ্জল শক্তি হাপ্পীদুনা মীয়ামগী সেবাগীদমক অশির্বাদ নিজবি। ওসি ঐনা ফংজরিবা মনাসি ঐগী ইচানুপী পুসপা অমদি ইচানুপা অনিদা লৌহনবীনবা নোল্লুক্লা নীংশিংজরি।

মীয়ামগী মবক্তা হরাও মোমোল মীনোক্কা লোয়ননা হৌববা খুবাক্কী মখোল্লক্তা লোয়সিনগ্রবা যৌরমদুগী তুংদা মযুম মায়কৈ পাংলকখি।

পুসপা ওরাং ইমানা নঙোম্দা ঙাংলিবশিংদো অচুম্বরা হায়য়ু পুসপা? মবুংনা হংখিবনি।

"মাম্নি অচুম্বা মক্তনি।" মাম্নি অচুম্বা মক্তনি, অদুদি নঙসু ঐগুম অয়োকপা! খোঞ্জেন থোক্তনা সোনখিবনি। ও পুকচেল চাওইদা বাবাসে। করিগীদমক মাগী অশেংবা মচা'মফাওবা ঈশ্বরনা পীবিরমত্রিবা। মাম্নি, করিগুম্বদা মাগী অশেংবা মচা লৈরম্লবদি মহাক ওসিগী'সিগুম পুকচেল চাওরমদবসু য়াই। অদুবু ইমাসু অশেংবা মপুকথোক্কী মচা ফংলম্লবদি মচাগী মীনুংশি হায়বদু ময়েক শেংব্না থংলমগদবনি। ফল্লে, পুসপা, ওসিদি নবুংনা চীংনরম্বা পূম্নমক কোক্রে। নঙ, ঐগী হেক লোকাইয়বা অশেংবা ইচলমক্কী।

দাদানা ঐবু নওগী অশেংবা নচলনি হায়বগী শাক্তি করিনা ওইগদৌরি? পুসপানা হংলকখি। য়েংউ ইবেম্মা, ফোটোসি য়েংউ। মতম পুম্বদা থাদোক্তুনা থম্লীবা ফোটো অমা পুখোক্তুনা য়েংহনখি। সিনা বাবানি, সিনা ইমানি অদুগা সিনা ঐনি, অমসি কনা মাল্লী য়েংউ। য়াম্না নীংঙমদবা অমদি হরাও নুংঙাইবা অমগা লোয়নরদুনা মপি ঈরা চেল্লদুনা হায়রকখিবনি। ঈশ্বর মাগী খুৎসেম্মদগী কনানা নাম্থোকপা ঙমগনি? তমথীরবা ঈচাওদুগী মতুং ইমা বাবা অনিমক লৈখিদ্রে। অদুবু নবুংগী অব্বাবদি ঙসি ফাওবদা লোইবা নায়দ্রি, অব্বাবগী মথক্তা অব্বাবা হাপকত্তুনা লাকখি। ঙসিদি ইথা থাজদনা নওগা মফমসিদা উন্নরে। পূম্ন মক ঈশ্বর মাগী থৌজাব্দগী বাবাসিগী মতেংনা ঐখোয়নিবু উন্নবা ফংহনবিরবনি। বাবাসি ইচিন ইপ্পাগীদি অনিসুবা ঈশ্বর হায়বদু মহাকসিনি।

ফরে পুসপা, বাবাগী মফমদদি নবুংনা খল্লীবসি পাপকী মশক্লী। অদুবু ইমাগী মনিং থুংনবা ঐ য়ুমসি অমুক থাদোক্তুনা চৎপ্রগে। নোংমা শেল য়াম্না তাল্লুরগা নওবুসু নবুংনা লৌবা লাক্কে। নুপানবু পি শিন্থবা হৌনবরা হায়নরবসু, থিংবা ঙমদনা লেপ্পায়দনা শিন্থরক্লীবা পীরাংদু তৈথোক তৈথোক্লা মচনবু বিদায় পীনবা হোৎনরকই।

"দাদা নও চৎখিগনু" চৎপা তারবসু বাবা লাক্লগা বাবাগী অয়াবা লৌরগা ইচিন ইপ্পা ঐখোয়নি পুন্না ইমাগী মনিং থুংনবা চৎখিসি। করিগুম্বদা দাদানা লোন্না চৎপ্রবদি বাবানা লাক্লগা ওইহৌগদবদো দাদাসু অমুক্তা খন্থবিয়ুবা।

নত্তে পুসপা, বাবা লাক্লবদি ঐ ব্রাফমসি ইচিলসিনা বাবাগী মফমদা করম্না হৌদোক্লগনি ঐ মদু ঙমলোয়। অদুনা বাবা লাক্লিঙৈ ঐ চৎহৌরগনি। অসুম তৌরবদি বাবাগী নুংঙাইতবা মতৌ পুম্বসু উররোয়। অদুবু ইমানা মীরেম য়োকপী হায়বদুদি ওইররোয়, অদুনা ঐ চৎলে। মখুৎ থাংগৎতুনা অরোইবা বিদায় অমগীদমক য়াম্না নীংঙমদনা পীরাং পীরোয়নবা মীংয়েং অমা য়েংলকখি। পুসপানা কপ্পদুনা দাদা নও চৎখিগনু হায়বগুম খোঞ্জেল থোক্লা লাওরকখি। মমানা মশা নোম্লদুনা হৌদোরকখি। নওগীসিবু লাইরিক পারিবা হায়বদুরা? ।।

# নীংশিংলক্নু য়াম্দে

ঙসিদি লনবোয়মা কপত্রে। নুংগুম কল্লবা থম্মোয় ওনখয়ে। তঙাং তঙাংলবা খজায়, নেমপক তৌবা নাতোন, ঋায় ঋায় তাবা লেংপাক য়েবা শল্লাং শীক্তক তৌবা শাবাননা আশা কয়াগী মংলান অমা পুদুনা লনযোয়পাগী মনাক্তা লাকখিবনি।

থম্মোয় মশক খংনদুনা নুংশি মনাক্তা ঋাইথুংজরবা মতাংদুদা অহল লমল্লা চহি নৌবি, লাইবিক লাইসু খব তমহল্লীংই হায়দুনা লুহোং খোংদোংবসু তৌবিখিদ্রে। অহানবা চেনখিবদু ফাদোক্লবগা থমখিবনি। কুইদে, অনিবকশুবা ওইনা চেল্লক্তুনা নুংশি মকাদা শাংলকখিবনি।

লমহেনবা লমহেনবীনি হায়দুনা মমা মপাশিংনা মখোয় অনিবু ইহ্বোকপিরে। ইনখংলক্লীবা ইনখংলক্লীবী মখোয়'নিগী মফমদা নুংশিবনা পূল্লমক শিনবা ঙল্লনি খননা পূল্লমক মীরাইখিবনি।

শীকতকপা য়ুম মচা অমদা খুনগী মতাই ওইরপ্পা হিংনবা লাক্লেংনরকখি। হৌমিন কামিল্লরকপশিংদি মহে মশিং তমখংনরিবা মতমনি। মতমগী মতুংইল্লা মখোয়'নিগী অহানবা মচানুপা লনবোয় ফংজখি। চাওখংলবা মীওইবগী ঋাখললোল্লা ঋাইথুংদ্রবী ইমুংদুদা ঈশ্বরনা পিবিবা অনিশুবা অঙাং বোল্লপুসু য়াম্না কান্নদনা তাইবঙদা ফাওরকখি।

শগোলবন্দা লনবোয় মপাগা তিল্লরম্বা মৈতে মরুপ অমগী য়ুমদা ভারাদা লৈবগা লেনলকপা মতম ফনা কুইসিল্লক্লে। অফং অফংবা নোংমনা লৈপাক হোল্দুনা য়ুমফম থোনবা য়াওই। নোংমনা উসবকী কোর্থু ফেংবা হেক ময়াওই। ফংলকপা শেনফমদু খবনা চাবগা খরদি লোংশিল্লবা তুংসিল্লবা হোংনখি। ঋাদ ঋারক্লবা মতমদা তাইবঙ শেম্বীবা মপুদা নিন্দা তৌদুনা ঋাকংচৈ।

মৈশা ফংলক্লবদা মচু ওল্লক্লবা মচু থাক্লক্রিবা অফুংপা শদুমগুম, তাইফেং তাইরবা তাইনফম খংদ্রবা পুলিদুনা কম্না য়েংশিল্লক্লবদা মখা চিক্লা খুদুম শিংনা লাক্লেংনরি।

ক্লাস থ্রিগী পরিক্ষা হায়দোকপদা লনবোয় রেঙ্ক ল্লান্দা অনুগা মনাওনুপা বোয়পুনা ক্লাস টুগী রেঙ্ক প্রিদা লাক্লে। ঙসিদি নীংশিংলক্লে নীংশিংলকনু য়াদে।

মচা'তোনবা বোয়পুনা চৎপা নিংথি নুংঙাইনা হৈত্রিঙৈ, মশা শাগত্তুনা নারম্বদগী শাগৎপা ফল্লবা মতুংদা লাইওং খংদবা লায়না অমদা মতম খবা লৈরকপদগী লনবোয়পা অনাবা মচাগী হিদাক লৈনবা লাইওং হংনবা ইম্ফালদা চৎখি। ফনা থেংজিল্লক্লে। হল্লকপা মতম ওইগ্রবফাওবদা হল্লক্লে। অনাবা মচাগী মতৌ য়েংলগা ৱাগদ্রা, মচাগী হিদাক লৈবা চৎখিবা হল্লক্তবা মপাগী খনগদ্রা, লনবোয়মা তৌফম খংলক্লে। মতম্বাক্তা অনাবা মচাদু পম্না পম্না চোকথরবা হকচাংদু ঙহাক উরোন উবোন তৌকবমাল্লে। খুনগী হুইনা খোংলকপদা মীকপ থোক্লকখি। চীংগী যেনবাশিং মথং-মথং য়েনখোং তল্লকখি। ইংনা চীক চীক লাওবা নোংঙাল্লমদাই মালংবনা অহোবা থিরা থিরদুনা লিরি লিবি হুমজিল্লকখি। নোং ঙানফুঙ ঙানফুঙ তৌরকখি। মতম'দু ফাওবা লনবোয়পা হল্লক্লে। শাংলবা অহিং অমা মথোং মরম খঙহৌদনা লোয়ব্রে।

চীংশাং পবেংগী চীংদোন অমদগী লিংখৎলকপা কোরৌগী ঙাঙ্গাননবা মশেক মঙালনা য়ুমগী অহোবদা ফাওজিল্লকপা মতমদা লনবোয়মা মপান থোবক্লম্মী। য়ুমদুগী চীংচেপ্তা থেক্লা খোয়না তাম্না চৎপ্রিবা লম্বীদুবু মীৎকুপ্তা য়েংদুনা ঙহাক লৈজখি। ঙবাং নুমিদাং'মসু মথোং মরম খঙদনা চাক ঈশিংগা অমত্তা থোংদনা নোং ঙাম্থোকপ্রবনি।

মচাসি ঙাইহাক্তং থম্বা যারিঙৈসিদা করি করিনো খরা তৌরগা মপা লাক্লগা চাজবা য়ানবা চাক থোংনবা হোৎনখি। চাক থোংবা লোয়রে। কোবৌ মাদি লেপ্পায়দবা খোঙচৎনা কোকতোন লোম্নকলে। হৌজিক ফাওবদসু লনবোয় মপা লাক্ত্রি। ঙরাং নুমিদাংদুবু মাদি চারিগদ্রা চারিরোইদ্রা? তৌবগীবুদি মখোয়নিগীদি হৈনবী ওইপ্রবা লোনচৎনি।

নুমিৎ য়ুংপ্রবা মতুং মীরুম্না পৈথরক্লবা মতমদু ফাওবা লনবোয়পা হল্লকত্রে। মচাগী মনাক্তা অয়ুক, নুংথিল, নুমিদাংগী খেন্নবা লৈতনা ফমসেন্নরীবী উইরুম উইরুম তৌরবী লনবোয়মানা মঙওই হাওই য়েংথোরকপা মীৎয়েং অমদা লনবোয়পা উরকখি।

"নঙ লাকপরা?"

"হোয় লাকলে।"

"নঙপু ঙাওপরা, নচা নাহৌরি, ঐ মথক্তনি লৈহৌরিবা?"

"খঙই ঐ পুম্নমক খঙই।"

"অদুকা করিগী হললকতে, ঙাওপা নত্রা?"

"ঐ ঙাওদে, অদুবু নমদুনা ঙাওহনবনি।"

"কবিনো হায়রিদুবো ঐ খঙবিদেয়ে।"

লোয়না তমগে তাও খঙনবা, ঈশিং খরা হান্না পিথকখো। লনবোয়পানা য়াম্না খৌগঙলবা খোনফমদা নীংঙমদনা মতিঙ থোকপা ঙমদনা হায়রকখিবনি।

"সে ঈশিং।"

পেন্না থক্লগা নে-না তানা শ্বর অমা শাংনা চনিং তানা হোন্দোক্লগা মরি মরি পাউদম্লকখি।

ঙরাংদো ঐনা সিদগী চৎখ্রগা ইম্ফালগী মরুপ নঙগী তাম্মো জয়গী ময়ুমদা ইহান হান্না চংপনি। মা থেংনরোইদ্রা ব্বারুবনি, অদুবু থেংনরে ঐ কয়াদা নুংঙাইখি। চাক চাদবা য়ারোই হায়দুনা ঐখোয়'নি হরাও হরাও চাক চামিন্নরে। অদুগা মানা লুপা চামরিসু পিরকপনি। মাগা খংনবা ডোক্তর অমগী মনাক্তা ঐখোয়নি চৎমিন্নে। ঐনা ব্বারী পুম্বা লিবদু তারগা হিদাকশিংসি লৈয়ু হায়দুনা হায়পিবনি। হিদাক য়োনফমদগী হিদাক লৈরবা মতুংদা মাগা ঐগা কায়নরকখিবনি। কদোমগীনো খঙদে, ঐ ফারে।

"কনানা ফাবনো?"

তাখো, ঐ হায়রকখিগে হায়বনি, ঙাইঙমদনা হায়দ্রিঙৈ হংজিল্লকখি।

"করিগী ফাপনো?"

"ঐসু খঙদে।"

"অদুদগী?"

ঐগী মন্নিংতা ঙ্কি অমনা পুনসিল্লী, অদুগা কদায় কদায়দনো কোয়পু পুরে। নুমিৎ তারবা কান্দা মখোয়গী ওক্কিসনি হায়দুনা মকম'মদা পুসিল্লী। অদুগা অহিং চুপ্পা ফুবা লেপ্তে। করি করিনো ঐনা খওদবা ঙাক্তা মখোয়না লেপ্পুনা হংলকখি। কোম্থংদা অতোপ্পা কা অমদা অমুক পুদুনা ঐবু পোথারো হায়রম্মী। মদু ফাওবদি ঐসু খওলম্মী। মদুগী তুংদ ঐ গ্যান মাংখিবা লৈখিমাল্লে...। গ্যান তারকপদা চৎখ্রো হায়দুনা থাদোবক্তুনা ঐ অহিংবা অমগুম য়ৌরক্লীবসিনি।

থিংবা ঙমদ্রবা ঈফুৎকুম, খাম্না যাদ্রবা পীবাংনা মরোল লোল্লকখি। করিনো ঐখোযনিগী লাইবক, কিবিনো ঐখোযনা তৌগদবা...

"য়েংগে ফিদো লৌথোক্কে।"

"পাম্খৎকনু য়াম্না শোকপদি নত্তে।"

"শোক্কে হায়রগা কিরিগী সুগৎলিবা?"

শোক্কে হায়জবতনি, মতম ফনা শাংনা থবক সুবা নোম্না ঙমদনা হিংগা য়ৈদুনা লৈখি।

খরা ফরক্লবা কুমগী ফৌরোক হৈবোক্লরকপা হৌরকপা মতমদুদা মখোয়নিগীদি লৌপানহৌদবনা মীগী মতেং খুনেক য়াওবা খুনলোন লৈরোন্নবদা খুল্লান্দুনা হিংনবা লাম্থেংনখি।

নোংমা চয়োম পুবদুনা চৎখিবনি লনবোয়পা। অপিকপা মচা'নিগা য়ুমগী অনকপদ কুপ্লোম তৌবগা লনবোযমানা য়ুম শংহৌখিবনি। মন্নী মন্নী তৌবকপা মতমদুদা খুঞ্জা ময়াম লাও খোংদুনা চেনখৎনবকখি। ঐগী মাগী অফ-ফত্ত খায়দনা মরৈ লিশিং লিশিং পানবা মৈরিনা মকা লাম্না লাওনা খোংনা মরৈ তল্লকখি। নোংমৈগী মখোনসু মরক্তা করিনো মওং অমা ওইনা তাবকখি। মীনদি মাঙ্গোলনি হায়বিরোইদবা অহাংবা মচিদুদা থোক্লগা লনবোয়মা য়াম্না থক্কৎপা অমা য়াওনা য়েংলি। মমা মপা কিবদগী খুনগী মীশিংনা কয়া কৌবী ঙাংনবীদ্রবসু মতমদুদদি খোঞ্জেন কয়ানা মায়কৈ নিল্লকখি।

“হায় লনবোয়মা নঙসু লাকখ্রো, মী লোয়না চৎশিল্লবনি।”

মখোয় মঙা তুকক্তী শিবসু য়াওখ্রে। য়াম্না য়াক্লস লাওবকখিবা খোল্লাওনি। খোস্থাং য়েববকখি। নোংশিললনা লাওবকখি। মীরাওখোলনা পূম্নীল নিলখি।

লনবোযমাসু মথোং খঙদনা মীয়ামগী লাল্লাওদুদা ঈতিলখি। মচা অশীকপদু মনমদা পোসিল্লগা, খবা চাওবদুনা খুৎসম্লনা চেনখিবনি। ইকান কান্নদনা তুং হন্না য়েংলুবদা মাগী যুমদুসু মৈবিনা কুপ্লমখি। হনগৎনা চংসিন্দুনা কল্লুসি কনঙমদা মাংদা চৎসি খোঙ থাংবা থোকখিদে।

ঙসিদি লাকখিগদ্রা লনবোযপাদুবু, মহৌশাদি ফাকববসু মবাল লৈত্রবদি থাদোকপিবনি। ঐবু সিদা লৈবে খংলিগদ্রা, মচাগী মতৌশিংসে য়েংনিংলমলোইদ্রা মাদি। মচাগী পবিক্কা হাযদোকপগী চেদু মখুত্তা পায়বগা অশাবা মুর্ত্তিগুম তবং অমদা য়েংলদুনা লনবোয়মানা লৈখি। লনবোয়মা কপত্রে। নুংমুক কনখ্রে মাগী থম্মোয। মচানুপা অনিগীদমক মা হিংনিংলিবগুম মখুৎ অনিনা নাক য়েংকী চুবাদা চোয়জায়ননা তাবক্লীবা শন্নাংশিংদুবু খোমগৎলদুনা পুনসিল্লী ॥

# সুম থোক্কনি থাজরুদে

নুমিৎ অদো ঘুমশকৈশনি। অযুক্কী পুং মাপল খরা হেন্নদ্বা য়ারে। স্কুল কলেজ ওফিস খরা খরা কানবা হৌনরক্লে। নন্দি সাইকল অমা তোংলদুনা ছাটিন অমা তুন্নগা লাকই। মাসু কলেজ কারকপা মাম্মী ঐনা কৌখিবনি। নন্দি কলেজ কারক্লবরা?

ঐগী ঝাহংগী পাউখুম মহাক্না পিরকখিদে। হৈমা তাম্মো নঙ থেংনবা যাম্না ফরেদা, পাউ'মা তাববরা? কৈদৌবে হন্দক্কী ইউ উখিদরেনা তাম্মো নঙ নুংঙাইখ্রমাল্লে।

উম করি পাউনোনে, হন্দক মরকসে ঐ হকচাং কয়া নুংঙাইতবদগী ইচৎ চৎথোক্লে অদুনা থেংনদবা ওইরিনিদা। সিনি ঐনা মখা তাখিবসি। হেরা তাম্মো পাউবুদি করিসু লৈতবা পাউনি হায়বা য়াই অদুদা তাম্মোবুদি য়াম্না খংহনজনিংবদো। অম্মোনা লাকমন্দবদুদ ঙরাংসু মাগা ঐগা ঐখোয়নি তাম্মোবু কোইথি থিরম্বনি, অদুদগী কোক্সুংদা ইক্কাইরদুনা অদুম উন্নবা ফংদনা হল্লে। ঐনা মরক থংনা হায়খি।

ফরেনে অদো ঙরাং থেংনদ্রবসু ঙসিদি উন্নরেদনা হায়রোনে করি পাউনো? ঙাইহাক মীৎকুপ অম'নি খম্মরুরগা নন্দিনা - হুং, নখোয় নশা নশা হায়নজরোদা হোরেল কলেজ ক্লাস লোয়রকপদা তাম্মো ওইনা লাকও। ঐসু মাবু হৌরুবনি, মাদি ঙসায়না চৎপ্লে হায়রকই। থেংপ্লে তাম্মো ঐ চৎখ্রগে, হোরেন সোয়দনা লাকউকো, ঐ মঙোন্দা হায়রম্নগে।

লৌশিং লৈবী নন্দিনা মঙোন্দগী পাউ ওইনা ঐবু তাহনববুদি মশাদগী হায়নিংবা খুদিংমক হায়নবা তাঞ্জা অমা শিল্লন্লে। ফনসু কুইরে মাগা ঐগা উন্নরক্তবা মানা নোংমা ঝাহং অমা হংখি। মদুগী পাউখুম ঐনা পিখি। মানা য়াখিদে। মদুদগী ঐনা মাবু উন্নদনবা হোৎনখিবনি। ঐগী ঝাখলসে হেক লোয়বগা লৈথোরকপদা নন্দি সাইকল তোংখৎকদবগী হোৎনরমলে। ঐনা হায়খিবনি।

হায়, মসিমা মাগী হৌনবী তৌরে। হোরেল অমুক ঙাইরুদ্রবসু নঙনা খংলবা পাউদুদি কোক হেক হায়রম্বা য়াদ্রা ?

তল্লী তল্লী কৈসু, চৎলে ঐ, হোরেল নখোয় ঙাংনজরো। সোয়দনা লাকউকো তাম্মো ঐ মঙোল্দসু তাম্মোগা থেংনরক্নে হায়রল্লদবনিকো।

চৎখ্রে নন্দি, য়াম্না নুংঙাইবা মঙং অমদা তহা তহা। অদুবু ঐগী খায়দগী হৈনদবী থবক অমদি মানা তৌবম্লে। ঐদি মীনা ব'মা হায়নি হায়রগা পাক হেক হায়দোক্লমদনা লাংতক্লহন্দুনা থম্বসি য়াম্না হৈনদে। অদুবু ফরে, হোরেল কলেজগী ক্লাস লোইরকপা ফাওবদি ঙাইরগে খল্লে। মখোয় কলেজদুসু নুপী ঙাক্তা তম্বনিনা অমুক ঙাইনা খোংনা তৌববদি ওম্ব্লোক্লা তনখ্রনিদা, কবিগুম্বা ঙাইনদবীদা থেংনরবদি ফগ্রনিদা খন্দুনা তঙাই ফদনা ঐ নন্দিনা হায়রম্বা পাউদু তানিংবনা মতমদু ঙায়বা তাখি।

ক্লাস অনি'হুম মথং-মথং লোয়খ্রে। হৌজিক্তী মখোয়নিগী ওফনি। ঙসাইমখৈদি মবান্নি মাইয়োক্লদুনা ৱারী শাবগী তাঞ্জা ফংখিদ্রি। ওজা হেক থোকখিবগা নন্দিনা হায়রকই। কৈদৌরে ইবেম্মা ঐগা অমত্তা ঙসিদি হৌবিবমদ্রবদি?

ইবেম্মা ঙসিদি ঐখোয ইমানা ইচেখোয়দা খরা চংলম্মু হায়বদগী য়াম্না ঙন্না চৎলে, অদুদা নঙ অমুক হৌবদা ফবক অমা তাবদুনা হৌরমদ্রবনি।

"ও ও অমদো থিকবিরো?"

"নত্তেহে আচা তনজদ্রা"

ও ইবেম্মা অমদো ঐগা থেংনরকএ। য়ুমদগী খরগা থেংলকপনে লম্বীদা অমুক উন্নবদুদা অয়াম্বসু থেংপ্লবনে ইবেম্মা। মঞ্জুনা য়াম্না হবাও-নুংঙাইবা অমদি লাংতক্লবগা লোয়ননা হংলকখি। নন্দি অওইবগী থেংনবকপ্রা ?

"ও থেংনরকই থেংনরকই, অশেংবগী থেংনরকই।"

"অদো নঙবু হায়ফেংকা হায়রমদ্রামী?"

য়াম্না কুপ্পদি হায়রমদে, হোরেল ঐখোয়না ক্লাস লোইরকপা অদুৱাইদদি শোয়দনা লাকউ, লাক্তবা য়াদে হায়রম্বনি।

"অওইবা?" হৈ লাক্তনা লাকসনু, নুপা অমদি খিক ঐসিকো ওসিদি। সোয়দনদি লাক্কনি ইবেম্মা, লাক্লবা কান্দা ক্লাবু কাগেরা পুনবু পুনগেরা নম্বু নপখিগেরা করিনো নওনা থোকপা অমা তৌজহৌরো অদুগা ঐবুদি য়াওহনবিরনুকো।

নন্দিনা হায়রম্বা মতম্দগী খরদি হেন্দোরক্রে। অমুক ওাইনা খোংনা তৌরদি তনপ্পনিদা খন্না খন্না চুমত্রিং লাক্লগা মখোয় কলেজ গেট মনাক্কী দুকান্দুদা চুরুপ অমত্তা থক্লে চংবনি। ঐদি মখোয়না হান্না ওাইদুনা লৈরম্মনি খক খান্নুদবনি সাইকল ষ্টেন হেক হায়খবগা মখোয়না কৌবকখি। লাক্তা ওাইরিবরা? হোয় ঐনা খুমখিবনি।

- চুরুপ থকখিদোয়রা?

- হোয় মচৈ'মত্তং থকশিরা খনবনি।

- অদু ওইরগা চন্নকলোদনা, সোমদা সুম চংব্রসি।

- চন্নবা য়াওদ্রি লৈরকখিগে। অসুন্না চুরুপ মচৈ অমা লৈরগা চন্নদুনা থক্লগা নন্দিগা ঐখোয়রহম অসুম মখা পাংনা লাক্লম্মী। খরা চংপা হৌবগা মানা ঐওোন্দা মমিংতো চাগদগুম য়েংলগা ওাংথবা হৌরকখি। থকউ চুরুপতো খরা য়াম্না অদুগা হারা থুংনবা। কৈদৌরে সুংলাক লাকখিদ্রদি? ওরাংসু নন্দি ঐখোয়নি ইক্কাই ইকি খংদবমখে কোয়থি থিরম্মী। নওদা নত্তনা নখোয়গী নমান্নবা অময়ফাওবা হেক উন্নবা ফংদবা। কয়াদি শাওনিংই, নওদি খংলমলোইনে।

কৈদৌরগে, হান্না লবাই লেমফুদা হেক্তা লাকপসিবু করিনো, চুরুপ থকপসিবু হারা লোয়না থুংনবরা? করে অদু ওইরবদি হারা থুংদুনা খরা থুনা শিখিনবা খরা য়াম্না থকপা তারে। মসিগী য়াকমসি থমখিসি। ওরাং নওনা ঐবু থিরম্মী। তাঞ্জা চাদদুনা উন্নবা ফংব্রে। ওসি উন্নরে, করিনো নওনা হায়গদবদো কোক হেক হায়রোদনা। অদুগা মসিমদি হান্না হায়হৌগে। ওসি ঐখোয়নি উন্নবা ফংলিবসিসু নন্দিগা থেংনরমত্রবদি ফংলমলোয়। অদুনা নও নন্দিদা অচাপোৎ অহাওবা অমদুম কোংউ।

- অচাপোৎ কোংবগা লায়রি। নওগী হৌনবী ফরক ফুজিন্নদুনা ঐনা হায়নিংলিবসি হায়রক্তনবা হোৎনরক্কনু।

থংনবা মীংকুপ্তা করম্না ওনখিবা খোঞ্জেলনো শংহৌখিদে। য়াম্না নীংঙমদবা মঙুংদা তনিক তনিক্লবা খোঞ্জেলদা হায়বকখিবনি। ঐনা নোংম্না হায়খিবদো চুন্নে। ঐনা হায়জবসে নঙ তাবিররোইদ্রা?

মঞ্জুগী মওং মতৌদু য়াম্না হুকচিনবা ফিবম অমদা যৌরম্মী। ঙসায় মখে মানা ঐঙোন্দা খংনবা হৌবম্বদি মাগী বাফমসি পাক হেক হৌদোকপা ঙমদবদগী ওইরম্লে। ঐদি হান্না খংলদুনা লমফৈ অমদা পুখোক্লবা হোংনখিবনি অদুবু মাগী মতৌদুদা নুংঙাইরকত্রদুনা মাবু অমুক থেন্নবা ঙমজবী শক্তি পুথোকুনা হোংনখি।

শাওবনু তোক্লো, অদুবু হুন্দক্কী মতাংসিমদি ঐ পাংথোকপদ অরাবা অমা ওইগদৌরি। নঙগী ঙসিগী বাহংসিগী পাউখুম ঐদি নহাললনা পীথ্রববা খল্লদুনা লৈরুরবনি। অমুক নৌহৌননা হংলক্লীবা কবিগীনো? মঞ্জুনা খুন্নকখি। ঐদি মদু সুকঙম ঙল্লোয়।

করিগী ঙল্লোইদৌরিবা অদুক লায়বদুবো। য়েংঙোয় মঞ্জু নঙ পঙগনু। মমা মপা ওইবা কনানবু মচাশিংগী মাংনবা বানবা শিনগদগে? নঙ ঐনা হায়বা ইল্লু। খন্দুনা য়েংউ, মতমসিদা ঐগা নঙগা ... অসোমদদি নঙগী ইমা-বাবা, বোর ওইগদৌরিবা নুপাদুগী ইমা বাবা অমদি বোব মশামক য়েংউ মীওই মঙানা চংসি সিগদবদো ঐ মদুগী পাপ পুবা ঙমজরোই। অমবোমদা ঐগীদি বাজববসু, নুংশি নঙগী মৈচাক খাংজবা তারবসু ঐ ইথন্তনি। মঙা শিববুদি, ইথন্ত বাজবনা ফত্রনে নঙসু অমুক্তা খল্লু। অদুগা ঐসু তশেংনা নঙবু নুংশিদবদি নত্তে।

তাস্মো রোবিন, নখোয় নুপা খুদিংমক্কী থস্মোয়সে অদুম্না লোইনমক নুংগী পুকচেল্ল চেল্লমগদ্রা?

রোবিন চিনবাহোংদা পংঙাং ঙাংজরবসু থস্মোয়নুংদা বাহং চাম্মা চাম্মা হংলদুনা মওল মওল খনখিদবদি নত্তে। মঞ্জুগী পীরাংতনা চোংলবা মায়থোংদু য়েংঙমদ্রদুনা থেমজিনখি।

হায় অঙাওবী নঙনা তৌরিসি করিনো? সি লম্বীনি মী উত্রদি করিনি হায়নখিনি ?

উনিংবনা উজসনু। হুংসু হুংলক্কসনু। ঐনা খুন্নী লোয়নমক হায়দোক্কনি। নঙনা অদুক থম্মোয় কনগদবা লৈরবদি করিগী ঐবু ...?

অঙাওবীসিদি, মদুগীমক্তবু মীমাং পুমাং খংদনা নপি তাহল্লীদুবো নঙবু ইক্কাইদ্রা নন্দিগী মমাংদা।

য়েংঙোয় মঞ্জু নুংশিনবা ঙাক্তনবু থুংনরবদি মাংলেদনা। খরসু থুংননি খবসু কাইননি মসিনি সংসার হায়বদো। অদুগা অমুকসু কাইনবা ঙাক্তনবু কাউনরমগদ্রনে? পুল্সিশিংদুনা লোইনদ্রিমখে। পুম্নমকসি থমগ্রগা নঙসু খল্লু। ঐদি হৌজিক শেল থোকপা থবক মচা অমত্তসু পায়দ্রি। ইমুং মনুংগী ফিবমসু নঙনা খংলীবদুনি মসিদবু ঐনা করমনা ... কান্নদেসে ব্রা য়াম্না ঙাংলুদুনা। ইমা বাবাখোয়না হায়বদো নঙ ইন্দবা য়াদবনি। মদুনা নঙগী অমদি ঐগী অফবা ওইংগদৌবিবনি। হয়েং নঙনা পুল্সি চুপ্পা নোক্কা লেনবদো ঐগীসু অপাম্বনি, মদুনা ঐগী নিংবা থুংবা হায়বদো ওইজগে। মদু নত্তবা নঙনা খল্লীবা অঙাওবা ব্রাখলদুগী তুং ইল্লুবা তারবদি ঐনা নঙবু ঙাকপীবা ঙম্লোয়। করিগুম্বদ নঙনা ঐবু অব্রাবগী মথক্তা অব্রাবা অঙ্গা হাম্নীগে খক খল্লক্তবা ওইয়ুকো।

মনুং মপান নায়না ঙাংলীবা রোবিনগী পাউখুম ইক্কাই ইকি লাম্থোক্লবী মঞ্জুনা পীরকখি। তাম্মো রোবিন, মীগীদমক য়েংদুনা নঙনা নঙগী পুল্সিবুদি খক মীনমগে হোংনবিগনু। নোংমা নংত্রগা নোংমদি নীংঙমদবনা নঙগী শরুক ওইরকপসু য়াই। নত্রে নঙবু নুপা অদুক থোকতবা করিগীনো?

পাউখুম পীবদা লুরা লুরবা ব্রাহংশিংদু নমহুংলদুনা রোবিননা মখা শমথরকখি। তুং হন্না য়েংলদুনা নন্দিশিদি ওম্থোক্লা থাপ্না লৈহৌরেদা মাবু ঙৈহাক্তং ঙায়খিসি।

নন্দি য়ৌশিল্লকই, রোবিননা নন্দিদা ওক্সিন্দুনা হায়রকখি।

নন্দি নঙনা করি করি হায়জিনবিক্নরগেনে সিবো? ঙসিদি ব্রা ঙাংববু ওম্থোক্লা হৈরমগ্রে। ঐদি খুমফমবু খংদে পুমঙাও ঙাওই। ফরে নন্দি ঐসু চংখ্রগে নঙনা মাবু ময়ুমফাওবা থিনবীরম্মু। অদুগা গ্যান তাউ ইমা বাবানা হায়বা ইন্দবা য়াদেকোসু হায়বীরম্মু। ঐ চংলে। হায়রল্লগা রোবিন চংখি॥

তাং ৯/১০/১৯৮০

# মগুলাক্লগ্রবা আশা

খুদাং থাঙ্গৎতুনা ঘড়ী য়েংখি। ক্লাস লোয়বগী পুংফম য়ৌরম্লে। গুসিগীদি খায়দা লোয়শিল্লসি। মখা চৎথবদা ফরক'ম্া তারনি হায়রকখি ওজা পাখং। মথং সবজেষ্ঠ অমগীদমক অতোপ্পা ক্লাসরুম অমদা ছাত্র-ছাত্রি ময়ামদু মথং-মথং মরি মরি থোক্লখি। থোকখিবা ময়ামগী মরক্তা শান্তিসু য়াওরি। অদুবু মহাক্তী করিগুম্বা অকাউবা অমা লৈরবগুম ময়াম মরক্তগী লৈথহৌদুনা অমুক চংলক্লগা মাগী লাইরিকখাওদগী প্রেকটিকেল নোটবুক্কু লৌথোক্লগা হায়রকখি।

"ওজা, ঐগী নোটবুকসি খোংপিরম..., ক্লাস লোইরগা লৌবা লাকচগে।"

"ঙাইথোনে নঙবু ঐনা হায়বদু করি খল্লীবগে?"

ওজা পাখংনা হায়রকখিবনি।

"ওজা ঐ...।"

"কেদৌরবা?"

"ইহাকথক্তা ওজা ছাত্রিগী শেংলবা মবিবু..."

"করিগীনো নঙনা অদুক লুনা খল্লীবা...?"

"চংনরমগনি, অদুবু ঐদি অকিবা অমদি ফাওই।"

"অদুদি নঙনা ঐবুদি করিগী ঙাওহল্লী?"

"ওজাসিমা, মী অতে তাপ্রদি ঐদি ঙল্লরোই!" শান্তি নাক য়েংতা কোয়য়েং য়েংই।

"করে অদুদি ঐ ওজা ওইবসি তোক্লগেকো।"

"মদুসু কৈ হায়বদি ঐদি ঙমজরোই।"

"অদুদি নঙনা পাল্লীবসি করিনো?"

"হন্দক্কী মপোকসিমদি ঐবু ঙাকপীয়ু, মপোক অমদা য়াথং ইঙ্গগে।"

পোকপদগী হৌজিক ফাওবা খঙলে, হোরেল অমদি হয়েং করি ওইরগদগে খঙদ্রিবা মপোকসিদা অতোপ্পা মপোক অমা ঙাইবা ঐ মদু সুকঙম ঙমলোয় শান্তি। ঐদি ওজা ওইবা তোক্লদবনিকো।

অরায় অথুমদা শান্তি খুমফম খঙলকত্রমাল্লে। মপি ইরা চেল্লকই মখোঙ্গেন নিক্লকই। য়াম্না উপায় নৈত্রবী অমগুম মাইথোং লুরক্লা হায়রকই।

ওজা ঐবু... তমগদবসি চহি অহুম্নি, অদুগা হৌজিক অহানবা চহি ফাওবা লোয়দ্রি। ঐ তন্নীবসিমদি লোয়থোক্লীংই।

লোয়থোকউনা করিসু কায়দে, অদুগা ঐনা ঙম্বসু নতেং পাংগনি। নপি তারিবদু তৈথোকউ, মীনা উখিনি, নখোঙ্গেল নিক্কিবদুনা করিগীনো, ঐবু য়াম্না শাথিরবজাংলা? ওজা পাখংনা হায়খিবনি।

ওজা ঐ হায়ফম খংদে মতাগুম - করিনুঙগী থেংনজরুবা, কৈদৌবগী'সিদা ট্রেন্নিং লাকচরুবা মদোম মথম্মোয়দা সোঙ্গখিবনি।

ঐসুনি, মশক ফজবী কয়া মশিং খঙদনা থেংনখ্রে। ঙসিফাওবদা নঙগুম্বা লুখোয়বীদি য়াওখিদ্রি। নঙনা ঐবু করিনো'মা তৌখরে। অদুননি ঐনা ছাত্রি নঙোন্দা পাপকুল্লবা ৱাহৈশিংসি ফোঙদোক্লুরিবা, খল্লুরগা ঐসু অঙকপা অমা ফাওরীবনি।

তেল্লবা মতম খরদুদা মখোয়নিগী ৱারী হংনদ্রিবা ৱাহং কয়াগী পাউখুমফাওবা মদোম মদোম পিনখিদুনা য়াম্না চিকপা মীৎকুপ অমা হায়বদু ওইখি। থংনবা মীকুপ্তা, চংলো চংলো নঙগী ক্লাস য়াওজারক্লো মী লোয়না চংনখ্রে, ঐ নঙগী বোয়সি য়েংবিরল্লগে। ক্লাসতু লোয়রগদি লৌবা লাকউকো হায়রকখি।

শান্তি য়াম্না লুল্লবা ৱাখল অমদা মফমদু থাদোরকখি। ক্লাস লোয়রগা লৌবা লাকপদদি মমাল্লবি অনি অহুম লোয়নরকখি। ময়াম মাংদা ফোংদোক্লবা য়াদবা মরৌ নৈবা মিৎয়েং অনিদু অহাংবা মালংদা তিনখি। মমাল্লবীশিং খংখিনি কিজবী শান্তিনা অচিকপা থুগায়দুনা হায়রকখি।

"ওজা ঐগী নোটবুক্কুবু...?"

য়েংলবনি, সে সে অরানবা অমা অনিদি য়াওইকো নমায় থকচনুকো হায়রদুনা বোয়দু পিরকখি। মখোয় অনি'হুম লাক্লবোয় মুল্লবোয় কোয়ফাক

ফাকতোক্লুনা য়েংই অয়ানবদু খংনিংম্নবদগী। ফংলে অয়ানবদু পেল্লিননা অন্দরলাইন্দ তৌরগা অচুম্বদু ইবিরকই। মদু উরুরগা মচেক য়েনরকই। ঐখোয়গীদি লাল্লগা থবৎ-থবৎ অঙাংবা মচুনা, অচুম্বদু করিনো ইবিরক্তে নঙদি লাইবক কৈকো ওজানা চাল্লীকো।

হবানবা নকোক্তা নাপী পক্লে হায়বদো থোক্লরে। শান্তি হমাং অনম্লী কায়। হোয় মায় হায়বা ঙমদে। ফরেসে হায়দুনা মুল্লগা খুমজিননবা হোৎনখি। লাইরিকখাওদা হাপচিন্নবা লাক্লখি। হাপচিন হাপচিন্না চৎসি লাকওসে খিৎ হায়রদুনা খ্বায়দগী মাং থারদুনা কাদুদগী থোকপা হৌখি।

মখোয়শিংদুগী মতৌদো য়েংলগা খুম্বসু য়াদ, মোমোল নোক্লদবসু নোকঙমদ চিংনা য়েংদুনা লৈহৌখি ওজা পাখং।

অঙকপা চান্মা নিপালগী মনুংদা অমনি হায়বা য়াই ওজাপাখং। সরকারগী থবক অমা ফংনবা হোৎনবদা ঈ-নাই তারবা মতম্লী। করিগুম্বদা লৌরি য়ুম্ফমফাওবা কায়ম্লগা ফংবা লৈত্রবা মতমসিদা য়াম্না লায়না চংমনবদগী থবক্তু ইলায় লায়না তোকথোক্লে।

অতোপ্পা ইন্টরভিউ অমা য়াওই। উচিন নাচিন্না খল্লক্লে। লেপ্পা লৈতনা ইন্টরভিউ য়াওখৎলকই। হন্দক্তী খল্লক্লে, থবক মফম শিলংদা তারে। মাগী নীংবা থুংলনি চপ য়ুংনা খঞ্জখি।

য়ুমদগী কারগা য়ুমদা হল্লকপা নুংঙাইপ্লবা খুত্তা হামদুনা চাবা থবক্তু মশুংলাংগীদমক তোকথোক্লগা য়ুমদা লৈবা ফংদবা থবক অমা মচানা মীরমদা লৈদুনা তৌবদু মমা মপা অনিমক্লা কয়া পাল্লমদে। করম্বা চারম থক্লমগনি খনবদা লৈতাফম থংজদে। মশা ঙমদে হায়সিন্নদুনা মচাবু কৌথোকই। মমৌ উনিংবগী ব্রাখলদা মথুম মরাং হৌরকখি। মমানা মমান্নবশিং থাজিন্দুনা ইনসিনহনখি। আশা অমদা চহি অনি ব্রাৎলি। মদু ফাওবা মসিগী ব্রাসি হৌদোরক্লনু হায়দুনা মমাগী ব্রাদু কনখৎলকখি।

মমানা হকথেংননা থেমলকখি। নুপীমচাদো মশক্লসু ওম্মোক্লা ইং তপম্নে। মমিংদুবু করি, শান্তি হোয়দা শান্তি হায়বনিদা, ব্রাংখৈদগীনি হেক পল্লকই। লৈফম অমদি মীংদু হেক তারুবদা ওজা পাখংদু খংগ্রেক খংই মংলান অমদা তাওরকই। খম্মোয় মরোল লোল্লকখি। কৈকান্দবা, ঐখোয় ইমাসিমা,

মতম খরদং নুংঙাইনা পাখংগী পুন্সিদা লৈজখিগেবা ঐবু। মচাগী ব্রাঙাংদা মমা গ্যান তায়। ইবুংঙো ইমাদি নুপীমচাদো য়াম্না পাল্লেবো। ইমাদি ঙসিমক হেক য়ুমসিদা পুসিন্নীংলবনি। নঙবু করি খল্লীবগেনে নঙগী অপান্বসু ইমা খংনিংই। খৌদুনা হংলকখি।

হায়দোক্লুবা ব্রাফম ঙাক্লবা মপানখোংনা য়ানিংদবা শাজরবসু মীং অমদি লৈফমদু তারুরগা হৌজিকমক উনিংলকখি থস্মোয়গী শান্তি। মগুংলাংগীনি ওজা ওইবা তোকখোজুনা ঙসি মীরমদা থবক তৌরিবা। হোয় য়ারে হায়নিংলবনি অদুবু মচিন্দা য়ানিংদবা শাখি।

ঈচেল অমগী পরিংদা অরুবা ঈরে অমা য়াওরম্বা থোয়দোক্লা ঙক্লীংঙাই ওইদে।

সে সে ইমা ব্রা হায়গে। ঐনা হায়বসি নঙনা য়ানিংদ্রবগা নঙনা হেক পামজাবা অমা কোক হেক পোরক্লোদনা। মদুসু ঙমলোয় নঙনা তৌরিবা, কান্নদে ইবুংঙো ইমাদি পামলেবো নুপীমচাদো। কাওইনহে, ফোটো অমা নহাল পীরকপনিনে ঐবু কদায়দা থমগ্রবনো থিবা চংখি।

মমাগী মতুং ইন্দুনা ফোটো থিবা য়াওনিংলবনি, অদুবু লাংতক্লখি। অতোপ্পা কাদগী মমানা হায়রকখি। লৈরে লৈরে সে - সে য়েংউনে।

খজিক ইক্লাইরপ তৌনা মমাদগী ফোটোদু লৌরগা য়েংলুই। ফোটোদু য়েংনা য়েংনা মমাদা হংলকখি।

"কদায়দগীনি হায়বা সিবু?"

"ব্রাংখৈদগী।"

"মমিংনা করি কৌই হায়বা?"

"শান্তি"

খংহায় ওইনা হায়রকখি। মতম খরদং পাখং ওইজখিগেবা কৈদৌগে ইমা নঙবো।

মিংমান্নবীদুনা শকমান্নবা ঙমদবদগী ওজা পাখংগী মীহুল চেনগুম চেনগানখি॥

১৯৮৫

# লৈবাক মচা তাবী

" ও য়াববোই, মদুমা সুকওই ওইথোক্লবোই।"

মঙকও, মমিংও, মখুৎও মশাও, চিনহায় কনবী ইবেহায়বীনা হায়খিবনি।

"নত্তেনহে নুপীমচা নঙবো তপথখোনে।"

শাওবা লৈতনা মোমোল নোক্লদুনা মমৌনুপীগী মতৌ তুমিন্না য়েংল্লগা মনেম লৈমহনবীনা হায়খিবনি।

চিনহায় কঞ্জববসু ইবেহাযবী মখুৎতি খক লেপ্পা লৈতে। অদুক্কী মতিক মচিনসু ঙাংবা লেপ্তে। নুংশিবিনবা পৈশা চংই। ফৈ হাযবিনবা চানবিনবা শেল চংই। লুপা চামঙা চৎপী অহনবা প্রেক প্রেক লাওবদু নঙগী সি নঙগী সি হায়দুনা নিনি মবক হুম্রী মবক শৎ শৎ হেক মীপুম থুংনবা পিববদি ঐমুক ফবা মৌ অমা লৈকাইদদি তোকপু তোকখো মায়কৈ শোমদসু থম্বু থমখো লৈবাকসিদা য়াওবোইযে। ও মদু ঙমজদবা ঐখোয়দি ৱাবকপিনবা যেংশিনবিনবা ৱাৎপোৎ নত্তে। য়ামগ্রপোংনি।

ঙাংলিবা ময়ামদু তাববা ফাওবা, মমৌগী মগুণ খংবী চপ চানা খংবী মনেম লৈমহনবী শাওদে। মানা ঙাংজবিবসে মতাগুম, মাইথোংদু মোমোল নোক্লদুনা মমৌবু মুন্না যেংলদুনা লৈবি। মনেমগী মোমোল নোকপা মতৌদু উকবগা ইবেহায়বী মথৱায়দু প্রোক প্রোক হেক চাকপী হায়বদু যৌববজাংনি।

মমৌগী মতৌদু মখা তানা য়েনিংলদুনা লৈমহনবীনা হাযবকখি। ফবে ফবে নঙনা অদুক য়ৌনা ৱাবৌবদি ইনেম নঙোন্দা ৱা কৌবত ঙাংগ্লবোইকো। ঐনদি নঙবু খংজহৌসনু শিংজসনু, নোংমদি সোয়দনা নঙনা ঐগী ইহুৎ ইবেং শিলহৌদুনা ইমুংশি পুবখিনি খন্দুনা চুম্নত তাকপখক্তনি। অদুবু নঙ শাওবসু শাওনা মসিমদি তাও। নকুবোক্তু লাক্লগা লিচৈগদু পুসিন্দুনা মাগী হোংদোক খোংতোক্লবা খুদৈগদু নঙ খবা তৌহৌবো। ঐবু হংলক্লবদি মশা ঙমদে ফমুং চংগ্রে খুম্মু। ঐদি চাক্কা অমত্তা চাবরোই হৌদোক লাকখোক্লক্লনুকো হায়বল্লগা ফমুং চংখিদুনা তুমসিন্নখি।

চিনগনবী ইবেহায়বী, ফেৎ, লাওনা লৈহৌখি। মচিন্দা সোঙ্খাংননা সোল্লি, হে হে ... হনুবী।

কুইদে, মতম ইকান কান্নদে, মকুইবুংগো তোমাল লিচে তুঙ্গোনবী অমা কক কক সুরদুনা হনজিল্লরুম্মী। হংলকথি মথং মথং...।

"নমাদি, অতৈনা কনা কনা লাকএ কনা কনা লাকত্রি?"

কাওনয়েন অনিনা ওম্নদ'খে কাওনবল্লগা অঙম্বনা নাপল তৌবদুনা মশা থপতোকপগুম। মফি মরোল শেমজিল্লি। মশাদা ইল্লীবা ফিদু মকোক য়ৌনা শং চিংখংখি। লিচে তুঙ্গোলবীদু তাপ ওকই। পরপ পরপ চংদুনা লুখুমদা ওাসিল্লুই। খুদৈ অমুক পুদুনা থোররুগা ফত্তা থম্মী।

"ইমাদি ইমুংদা লৈ, অতৈদি কনা'মত্তা হঞ্জিন্নরকত্রি।"

অদুক কল্লম্বা চিন্দু কদাযদা থমখিবনো খঙদে। তুমসিন্নবা শাদুনা মনেমনা লোন্না য়েংলি, পুম্নমক তায়। মতোমত লোন্না সোল্লি। ঐনা মাগী মগুণ খঙই, অদুবুদি কাক কাক খত্তুনা থিজবা লৈমহনবীগী মমৌনিদনা নাপল তৌজে।

নুমিৎ খরনিগী মতুং, নোংমা নুমিদাংবাই অমনি। মনেম লৈমহনবীনা বা অমা হায়রুবনি। সাইলেন্সর নাম্ব্রোরুবা স্কুটরগী মখোলগুম ইবেহায়বী অমুক মথং মথং পেদ্রো পেদ্রো খুম্বা হৌররুম্মী।

"ও ওমজদ্রে ওমজদ্রে...।"

লৈমহনবী শাওদে, মমায় লৈথোরুগা উহন্দনা মোয়োল নোরুগা লৈখি। তাঞ্জাদুনা মনাওনুপা ইবোয়াইমা ক্রিটিসাইজর হঞ্জিল্লকই। মমানা লৈথোরুগা নোকপদুদি উরুদে। মতৈমনা লাওহৎপদুদি ময়েক শেংনা তাহৌখি।

"করিনো ইতৈমনা ইমাদা শংগত্তুনা লাওহৎলিবদি?"

বারী খঙদনা ইবোয়াইমনা ফৌমান য়াল্লুবনি। খোন্দা থিবী মতৈমগী মীচে তানবা । হায়বগা তৌবগা ইবেহায়বীগী ব্রজ হৈখরকখি।

হে অঙাং নঙনা খঙপো'স্তে। নখৌ নশিন নংতনা অঙাং নঙনা অওং অপা শাদুনা য়াওশিল্লক্লিবা করিগীনো? তাকপনা হৈরিবা অঙাং নতিক নংতনা। ঐদি নঙগী নখারা, নঙনা ঐবু বারকপীরিবা হায়বদুরা নঙনা ঐবু কনানেনা উবগে? ঐসিবু নঙগী নুপী ওইনা উরুরবরনহে?

"ইতৈমা"

ইলেক্ট্রিকসিটিগী ট্রান্সফোর্মর পোখায়বমুক হৌনা ইবোয়াইমনা লাওখিবনি। মমা লৈমহনবীসু মথবাক য়ৌখি।

হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ, নুপী মচা নঙ খরদি হেনমল্লে। ঐখোয়সিবু নঙনা

লৈকাইগুম খল্লেনে। ফৈ খঙগনি ঙসিদি অচৌবদু লাকখিসনু ব্লা চপ চনা ঙাংনদবা সুকয়া য়ারবোই। ঐসু তাগে হায়দুনা ঙসাইমখৈ মতারম্লনি, অদুবু নঙ খল্লদি হেনমল্লেকো ইবেম্মা। মচানুপা ইবোয়াইমদা ওন্সিন্দুনা খুইকম খুইকল্লবা শাফু য়াওরোইদবা মখুবাক্কু থাজক্কুনা চৈদুনা মফমদুদগী তাম্হোকখি।

মোমোলত নোক্কনবী মনেম লৈমহনবী অশাওবা শকফম অমা উংলকই, অদুবু মথম্মোয়দদি তিঙ থোক্লা শাওদে। মতোমত খল্লি। ওম্থোক্লা মঙাও থিল্লেদকো ঐগী ইমৌসে, মাগী মচিন মরেসে অথিংবা অমত্তা হেক লৈতেদকো। মসিনা করম্না মৌ অহল ওইদুনা ঐগী ইহৎ ইরেং শিনহৌগদৌবিবা ঐদি ওম্থোক্লা ব্রাখবেদকো।

ঙহাক্তী মফমদু উন ব্রাইমুক ইচিক চিকখি। মখুৎ লেপ্পা হৈতবী ইবেহায়বীনা অচিকপদু তপ্লা তপ্লা থুগায়বা হৌবকখি।

মমানা তাম্হোকখিবা ইবোয়াইমা চাকশঙদা চাক চাবা চংখি। চাক কোংথদুনা য়েল্লাং মহি তোংলগা চখোম অমা হুকলুবদা থুমদু খরা য়াক্লম্মী। শাওনিংবগা মপা চারুদুনা তেঙ্গোংতু লাক্কুনা ইনথোরকই। অদুগা লাও খোংদুনা হায়বকখি।

সিবু য়েল্লাংনেনা করম্মাই থোংইনো? আ নপামদা থুমগী গোদাউন লৈবনিনা নখুৎ অনি চংদুনা থাক্লবরা?

ইবোয়াইমনা লাও খোংদুনা ঙাংলিববদু মঙোন্দনি খঙই, লোয়না তায় অদুবু ইবেহায়বী খুমদে। মানা শোয়রম্লগনি খংই। মখুৎ লেপকন্দবীনিনা থোক্লমদাইদা অমুক থাক, চংলক্লগা অমুক থাক অনিরক সোয়দনা সুরম্লগনি।

নুপীনা খ্বায়দগী খাংবা ঙমজদবী, তাবা ব্রাজবীসিদি মপাম পন্দুনা ঙাংবাসিনা মরোইরমাল্লে। মথন্তা প্রোক প্রোক হেক চাকপ'খৈ খাংনবা হোৎনজখিবনি, ঙল্লকত্রমাল্লে। মখোল থোক্লা হিক হিক তৌবদুনা কপ্লকখি। মনেমদু অমুক চংশিল্লক্কুনা হংলখি। ইবেহায়বী খুমদে। মচিন কঞ্জরবসু মা কম্লদদি মরোল লোন্দে।

ইবোয়াইমা থোংথবদুমা লোয়রমদনা মখুৎ হামদোক্লগা মাগী কাদা চংদুনা ফমুং কাখৎল্লে।

মখা চিকই। মপী তৈথোকই। অমুক মখুৎ লেংবা হৌখি। মসি মাগী করম্বা গুপনো খঙদে। য়েল্লাং অমমুক থোংগৎলি। লোয়রে। হন্দকমুক্তী য়াম্লা কিনা চাং চপ চানা ওন্দুনা থাক্লে। য়াক্লমগদবা মাল্লে।

ইবোয়াইমগী কাগী থোংজিন্দা লেপ্লদুনা কৌরকই।

"ইবুংঙো নঙ অমুক্তা লাওবা।"

ইবোয়াইমা কিবোয়, ইক্লায়বোয় খুমদে। মতৈমনা নোংসিন্দুনা কৌরকখি। চংতবা য়াররোই খঙলদুনা য়াম্না অতেবা অমগুম চংখি।

সে, অতোপ্পা য়েল্হাং অমা থোংলবনি চাথোক্লো। চাক য়াওদনা তুম্বসি পাক য়াদবনি। হন্দকমুক্তি য়াক্লল্লরোই। মতৈমগী মতৌদুদা ইবোয়াইমা সুম খল্লু খল্লুরগা য়াম্না ইক্লাইরকখি।

থুম য়াক্লে হায়না হায়রল্লগা ইয়া য়াবদুদা কয়াদা শাথিনা লুজদবা খোনশিংনা ঙাং শকলুরিবা খল্লুরগা য়াম্না নীংঙল্লকখিদে। পাক চাগদবসু ইক্লাইবা অমা ফাওবকই।

মতৈমনা - ঐনা লাকপদা চাক তোক্লমগদবনি হায়রল্লগা অতোপ্পা কাদা চংখি। ইবোয়াইমদা করিগুম্বা অমদি হায়নিংবনি অদুবু চাক চাবা তোক্লগা ওইনা হায়রগে খল্লে। কাদুদা করিগুম্বা খরা তৌরুরগা অমুক লাকুনা ইবোয়াইমাগী মনাক্তা চংলকই। চাকতু মরু অমফাওবা লেমহন্দনা শিং নাম্না চাথোক্লগা মখুৎ হাম্বা হৌরম্মী। মতৈমনা য়াম্না ইংনা হায়রকখি।

নখোয় পুম্নমক্কী নীংবা থুংনবা হয়েংদি ঐ ইপামদা চংলগে খল্লে। য়াম্না লুম লুম লাওবা মতৈমগী রাফমদুদা ইবোয়াইমা মোট পিফম খঙদে। মথন্ত খনখি। ঐ ইতৈমগী মফমদা হায়নিংঙাই লৈতনা লানথ্রে। অদুগা মানা তৌরিবসিনা করম্বা মখলগী পাউখুম্নো। ঐনা অঙাংনি, ঐনা হায়জফম থোকই। ইতৈমনা ঐবু সোয়দনা ঙাকপীবা ঙমগনি। মপান থোক্লা হায়রকখি। লংজরুবা ইরাল, থক খা খঙদনা রাহে কমজাও থারুবা পুম্নমক ঙাকপীরো হাল্লবগী মতাঙুম। য়াম্না উপায় লৈজদ্রবগুম, মপি ইবা চেল্লদুনা

"ইতৈমা ঐ লানথ্রে, ননাওবু ঙাকপীয়ু।"

মনাওগী মতৌদু উরগা মোঘোল নোকপা মীনোক্তখাইরা ইহৌরদুনা হায়রকখি।

হে অঙাওবা, মীওইববু লান্দবা ঙম্বরা? লাল্লে, লাম্নুরে, লানথ্রে খঙলবদি সেমদোক্লরগা লোয়রেদনা।

ঐ করিগীদমক ইপাম চংলুগদগে? ॥

# লাইবক্তবু তম্নম্নবদি

থবোশংবী মশক ফজে হায়বদি য়াবরোই। মবমদি মহাক কুচু অদুক হাক্লা ডৌদে। অদুবু বাশিদি হৎতুনা লৈ হাযবতাই। বাশি লৈবগা মশক ফজবগা পংনা পুনগনদে। মমায় কোয়দানবদনা পীক্তক চেংতক শাবান মুত্তীদি চুং-ফিবাল চায় হায়বা তাই। অদুবু পকমু মুবা কুচুদি নত্তে। মশমগী হাযকববগদি হায়ফম খঙদনা শাংই। থবোশংবী মেট্রিক থাদোক্তুনা পাস তৌববা মতুংদা কবিগুম্বা খবদগী লাইবিক তম্বা তোকথোক্তুনা ফিশা লোনশা তৌবগা অহল লমনশিংগী মতেং মতেং ওইনবি।

বিবেন থাঙ্গা মখা লৈকাইদগীনি। শগোলবন্দা য়ুম অমদা ভবাদা লৈরগা আই: টি: আইদা ট্রেন্নিং অমা য়াওবি। অসুম চৎথোক চৎসিন তৌবদা খংনবকপদগী থরোশংবীগা য়াম্না নকসিন্নরকই।

বিবেন্না ট্রেন্নিং লোয়বদুনা পাস তৌবগী ফলগা লোয়নবদুনা মযুমদা হল্লকপদা থবোশংবীসু লোয়নবক্তে। থরোশংবী ফিশা লোনশাগী মরমদদি থাঙ্গা লৈকাইদা ওজা কাবে। অদুবু ফিশাবনা মফমদুগী মাযপুনবা থবক ওইবা ঙমদে। অসুম লৈরক্লবনিনা লমদমদুগী চৎনবীসু খোখোৎপা হৈবে। হিংবা ঙম্নবা সিনি হায়বা লৈতনা ইসু সুনা সুবা নোম্বা তাখি। অমবোমদা মপুরোইবদি লাইরিক তম্নুরে ট্রেন্নিং চৎলুরে হায়দুনা য়েলহৌঙেগী শিনফমশিং মীরাইরকখি। মরক মবক্তা ইম্ফালদা চত্তুনা থবক থিকই। খুদোংচাবা ইফং ফংদনা ভরাতা তিংদুনা হল্লকখি। থবক থিনা থিনা মশাগী চহি থবক তৌবগী পনখৈ লাম্ভোকপ্রে। উপায় লৈরকত্রবদা মমাংঙেগী শিনফম লোত্তাক পাৎতা চৎতুনা নোংমগী শোয়দনবা হোৎনবকখি। ঐ শেল মতিক চানবা থোক্তি মীশিং হেনগৎলকনু য়াখিদে। মচানুপা অহম নুপী অমা লৈরে। মীনা হায়নে। অঙাং পীক্লিঙেদা তানহৌকো শেন্দো। নৎত্রবদি হয়েং অঙাংনা চাওখৎলকপগা শেৎকেগা চাপেগা পিয়ুগা কোক ঙাওজনি।

হায়গুম্লদনা তেৎ-তেৎ সুবদুনা পনজাও অমা থোকপা য়াওরুত্রবনিনা থরোশংবীগী মতেংনা বিরেন নোংমতা মপুং ফানা নোকচবা ঙমখিদে।

মচাশিংনা নোংমা নোংমগী অসুম চাওশিল্লকই। মাগী থোক্লীবা শেম্থোক্নুনা কোন্নবা ঙমগনি আশা উরক্ত্রদুনা বিরেন ব্রাখল লৈনাদা পোপ তুনা নারকখি।

উপায় ময়োল তেক্লবী থবোশংবী লৈকায়দগী অফাবা ঙাশিং খোন্নগা ইম্ফাল তম্না লাক্নুনা মপান থোক্লা থবক সুবকই, কব্বার তৌরকখি। খবা খবা চাওববা মচাশিংনা মতেং মতেং ওইনদুনা হান্নদগীদি খজিক্তং ফগংলকই। ফিভম শ্নোকচিল্লবা বিবেন্না ফগংলক্কনি আশা উবক্ত্রদুনা থবোশংবী কৌবগ হাযবকই

"থবোশংবী, ইম্ফালদা পোকচবী নঙসে ঐনা ওম্থোক্লা ব্রাহল্লেদকো। নঙবু হৈনবিববনে, তৌবিবশিংসিবু?"

মপুবোইবগী অর্থ লৈবা ব্রাঙাংদুদা ব্রাদবা শাদুনা থৈদোক্লগা খুমখি। ও নুংতিগী ইম্ফাল য়ৌবিবসিদি। অদুবু মথম্মোযদদি হায়ফম খঙদবা অকিবা অমা ফাওরকখি।

চহি কয়া লিশাং শিংনা, ফন্নকপনা ইম্ফালগী দুকান খবদি ইমুং মনুংগুম লোযনবকখি। মপুবোইবা লৈখিদ্রবা মতুং মচাশিংসু লোয়নমক মরম ওকই। সুবা নোম্বদা ইকাইবা খঙদে। শেংপা চাবদা মনখিদে। মপুক মশাও লোয়না ইংই। লাইরিকসু লোযনমক থৈ। মকোকমক থোংলুদ্রবসু যান্না ব্রাংনা ব্রাংনা লাকখি। মমা লুপ্লাবীনা চাদ থক্তনা হোৎনদুনা তাংকক অমমম ফাওবদি তমহল্লে।

নোংমা নুমিদাংব্রাইম অমা ঙাসু শিংতবনা অচং অওকশিং কন্না কৌশিন্দুনা য়েংবা হোৎনরি। মচানুপা য়াইমগী লেংদা অমা মনাক্তা লেপ্তুনা চংশিল্লকই। মখুৎতুদা কবিনো কাবক চাওবা ময়োম অমসু পান্নরকই। মচানুপা ওইরবোয খন্দুনা হায়কই।

"হায় য়াইমা, নঙদি কনাগা লাক্লীবা কৈদৌবা লাক্লীব্বা?"

"ইমা ঐ য়াইমা নত্তে, য়াইমগা মান্নবা ওইরমগনি।"

ব্রাহৈদু হেক তাবদা থবোশংবী নে হেক তাই। থংনবা মীৎকুপ্তা পাখংমচাদুনা হায়রকই।

ইমা ঙাইহাক লৈখিগদবা ওইববদি পোং'সিমতা খরা থমজরমগে। কুইবোই ঐ অশ্বায়ফাওবদং চংলুগে কোয়গু পুদুনা চংপা নুংঙাইত্রে।

থরোশংবীনা খুমখি।

ইবুংঙো ইমাদি উজোয় বিজোয় নাইপোনতে। পোংকা পোং শিংতবনে। গাড়ী মতম য়ৌবল্লবদি ফুক হেক্তা হৌগৎতুনা চংখিগদবনি। মঙ শাওনু, আদগী দুকানসিদরা করিনো থল্লুগবা।

য়ানি কুইবোইদা ইমা, ঐ য়াম্না থুনা লাক্কে। হায়বা ফাওবা লোয়ফাংতনা পোংয়োমদু থনল্লগা চংখি। মীয়াম মরক্তা মীয়েংগী ব্রাংমা লানখি।

ঙাইহাক লৈবগা কৈথেল কাইদুনা চেন্নবকখি। পাউ মথং মথং য়ৌনবকখি। আর্মিনা কাপ্পদা পাখং মচা অমা শিহৌবে। থবোশংবী ইপা পাখংলী। অশি অনা পনবা যাদে ইপায হৌই। মনুং মতম চাদনা শেংনা খায়নখ্রবা মপুবোইববু হেক হেক নীংশিংলকই। অদুনা মা অশি অনাগী পাউ মীনা তল্লবসু নিংথি নুংঙাইনা তাদে। মচিন্দা মুরুম মুরুম শোল্লকই। ইরাং মতাসিগা অঙাংদুবু লাকখিব্রেদা। হৌগৎতুনা লৈদুনা য়েংই। কান্নববোই খল্লক্লমাল্লে। পোংয়োমদু পায়দুনা মাগী মতুংদা ফল্লীবা দুকান্দুনা চংই। অদুগা হায়রুই।

সে তাদা নুপামচা অমখক্লা ঙাইহাক্তা থল্লমগে হায়দুনা থল্লম্বনি। ফনা কুইরে লাক্লে। ইরাং মতাসিদা ঐদি মা ঙাইদুনা লৈবা ওল্লরোই। হোরেন হংলরবদি তাদনা খরা পীবিয়ু।

তা চাওবনা লক্লবকই। খবা রাজববসু মী পীকহৌবগী হৌনবী লক্লনীংবা ফাওরিবা তানফম্মী।

"কৈনোনহে ময়োমদুবু থরোশংবী?" হোরেন বোমকা ওইবমদুনা পোখাইরক্লবদি। ঐখোয় ননম্মদুদি নহা ওইহৌবিদা। ঐ শিনিংদ্রিকো। থরোশংবীসু মথোং মবম ইখঙ খঙহৌদনা ওকসিন্দুনা খুল্লকই।

"ও বোম নত্তে, পৈশানে পৈশা!"

"ফরে ফরে ইচলনা হায়রদবু বোম ওইরসু কৈদৌলেগে।"

"তাদা সিমা খিং, ঐ গাড়ী নংহৌররোই হায়রগা" ঙ, নখোয়দি খাইগীনিনা ফৈয়ে। ঐদি থাঙ্গা মখা লৈকাই য়ৌগলোরিবা। হায়রল্লগা মমায় লৈথোরক্লনা মাগী ঙারুবাক মনাক্তা লাকখি। পুল্লমক কিং কিং নমসিল্লগা ঙারুবাক্তু মকোক্তা থোনগৎতুনা খাংদা খাংচেং অমা কল্লা লাক্লগা পার্কিং তাবা

লম্বীদা ফাওদুনা তবি তবি লাকখি। মথবাক্তা নোংমৈ মরু ময়াম অমা পাল্লগা শকফম ইক্কাই কাইদনা লোংনা তারিবদু অচৎ অওকপিংনা য়েংনরম্মী। থরোশংবী শ্বায় লালই। কোক্তুগী খোঙফাও তু চুংখিবা থগুহৌদে। হায়ফেৎ উবদা মাগী মনাক্তা পোংয়োম থম্লম্বা নুপামচাদু শোয়দ্রে। চপ য়ুংনা খল্লী। করিদি উপায় লৈ। মাগুম্বা মবিনা য়ুমদা মগুক থাঙ্গৎতুনা ঙাইরমগনি। ঐগী ঐগীনা কল্লী হায়বদুনি। নুংঙাইত নুংঙাইত বস মনাক য়ৌথিবা খগুহৌদে। য়ুম য়ৌবদা ইপায় হৌদুনা থক থক নিকখি। মচাশিংনা পাখৎতুনা হংজখি। মানা লাওহৎলকই।

"খিৎ হংলকখিনু অমুক্তা ঙাইখো।"

পাখৎপা থুক্কৎপা য়াদবা থরোশংবী নিকখিদুনা নুমিৎ নিনি হুম্নীদি কৈথেল কাখিদে।

মরিনি চনবা নুমিৎতা খবা ফরদুনা ঙারুবাক কোক্তা খোনগৎলকই। ঙারুবাক মখুমগা হুংদ্রিঙে দুকান্দা হান্না চংদুনা চেপথদুনা য়েংলগা য়াম্না তগ্না মী তখিনি মতাগুম হায়খি।

"তাদা নহাক্লগী পোংয়োমদু কমদৌরি?"

"তু, নঙনা নহাক্ল থম্লম্বদু মচি লেংদেদা ইবেম্ম।"

"তাদা য়েংঙো, অচাপোৎ ওইরম্লবদি লোয়না পুম্লম্লনি। অঙাংদুদি সিগ্রেদনা। অওইবা অমা নঙ লৌজরো। অঙাংদু লাক্লরোই। তা চাওবনা, হোয়-হোয়, ঙাইহাক লৈরগা য়েংলগে হায়রকখি।

ঙাইহাক লৈরগা য়েংলুবদদি চামঙা চৎপী ঙাক্তা ওইরম্মী। অদুক চাওবা ময়োমদু। তা চাওবা শ্বায় লাওই। পোৎশি করিনো থরোশংবিসিবু ... তা চাওবনা মথক্তা খল্লকই। থরোশংবীসি পোৎসি করিনো খংগ্রিজাৎনি। হন্দক্মুক হংলক্লবদি করি হায়না খুমসিগে।

থরোশংবীনা হংলকপা ঙাইঙমদনা তা চাওবনা হায়রকখি। জিলিবি ঙাক্তনি লোয়না পুম্লম্লে। নমথীবনা খাং ঙমদদুনা হন্দোকপ্রে। মখাদি খোঞ্জেল খোক্তনা মুরুম মুরুম শোল্লী। থরোশংবী নঙগী নপোৎনি, নঙনা ঐঙোন্দা পীথোকপনি। নঙগী ওইয়ু তম্লমদবননি। লম্বী মীরাইহেদে। নঙ শাওরনুকো।।

# চেকশীলহৌদ্রবা মীৎকুপ

অঙনবা অয়ুক্কি, পাউচে অমা য়াম্না পুক্লিং চংনা পারি। মাগী ছাত্রদু লাকপা উবদা হায়ফেৎ য়েংলম্লগা হায়রকখিবনি।

"চংলমমো চংলমমো"। ঐ ইরু অমুক্তা লুজরকখিগে, কুইরোই জোম চাইথবগা লোয়রে।

মোবী কাদা চংলে। চেক্কী শীক্তক তৌবা তনাল তনালবা কানি। কোনসিন্দুনা লৈরিবা প্লাসটিকী ফক্তু তিংথোক্লুনা থায়। ফক্তু থারুদ্রবসু যাববা কানি। নাল্লবা অষ্টবগী লৈমায়দুদা ফজববা লৈরোং চাওনা চাওনা শাংপা নীংথিববা কার্পেট অমনা থারি। অসুক চাউখৎলবা মতমসিদা কাসিমদি টেবল চৌক্রি শিজিন্নম্রি। অদুবু অচৌবা শকযেং মিংশেল অমদি থেৎলি। মদুনা কাদু পুমথল থলহল্লি।

মতমবু য়াম্না লিকচবী পাম্মুজবী অমগুম জোম চাইথকরবা মতুং করি করিনো খরা সুপকোন কোল্লগা কাদা চংলকই। ঙাংনা ঙাংনা শেৎচিল লিংশিনখি। ঙরাং তৌখিবশিংদু লোয়না খংলদ্রা? ঙসিদি চেপ্তুর সেভেন পায়থবা য়ারবা নৎত্রা? ঙাংবসু লেপ্তে, মখুৎসু লেপ্তে আইব্রো পেন্সিন্দু পুথোক্লুনা পিশুমদুদা খোরো খোরো খবা খোংখি। লিপস্টিক্কু অমুক পায়দুনা মচিনবান্দা অমুক অনিরুকতং নানশিনখি। করিগুম্বা খবা হাননা তৈসিনপ্রবা মতুংদনি। য়েক্কী তৈরিবশিংদু য়েকই তৈরে খংনা তৌবা নংতে। নুপীনি হায়বগী তৌদবা য়াদবগুম পাবানা কেখিবনি।

"সে সে য়েংলো তারোসে"। তাকথবা হৌরকখি।

মোবী মঙলান্দা মঙলাক্লবগুম তরং অমদা তাওদুনা লৈখি। খরা তাক্লবা মতুংদা হায়রকখিবনি। ফরে ঙসিদি ঐ থবক খরা লৈ কলেজ চংগ্রিঙেদা মী খরা উন্নরমগদবসু লৈ। অদুনা সিমতংগা তাক্লন্নগেসে অদুগা খোল্লসিকো, হয়েং ফজনা তৌরসি। তানবগুম হায়রল্লগা ওজাদু কাদগী মপান থোক্লখি। তফিং তফিংই চাননা থেংদ থেংপ্রবা মাল্লি।

"ভায় মোবী, নখোয়গী টুইসন্দু প্রোসেস কমদৌরি ?"

মমান্নবশিংনা কলেজদা হংলকখিবনি।

"খণ্ডদেদা ভায়"

"আহি লোয়প্রিবো, ফনা কুইরদায়নে নখোয়বু হৌখিবা?"

মখোং খণ্ডদে, ঐখোয় মণ্ডা তরুক সুরম্বনি। অমা তোকখি, অনি তোকখি, ইতোমতা ঙাইহিসিল্লক্নে। ঐসু তোক্লসিরা খণ্ডদে।

"ফজনদি তাকপা নংত্রো?" তোকউনু কৈন্নো। মী য়ামদনা গ্যান তানা তম্বদুবু টুইসন হায়নরিবনি ভায়।

মচিন থোক্তনা মথম্মোয়দা পাউখুমজদুনা মথন্তা খনখিবনি।

"তাকপবুদি ফজনা তাকইদা, অদুদা ...।"

মাগী পাউখুম পিদ্রিঙৈদা মমান্নবদুদি চৎখিরন্নে।

ঙসিদি ওজা রাধামানবী কাদা হান্না লৈরন্নে। খবরসু পাবা লোয়খ্রমান্নে পারমন্ত্রে, লাইরিক অমা ওইনা পারম্মী। মোবী লাকপা উবদা হায়রকখি। "চংঙকও চংঙকও সৎ সৎ তৌরসি লাকও।"

হান্না পারম্বা লাইরিক্তু খুমজিল্লদুনা খরা ইম্মোক্লগা মখা তারকখিবনি। কৈদৌরে মোবী, নঙবু নহালমখৈদি য়াম্না ঙাং শক্লদুনা তৌরম্বদায়নে? নথন্ত ঙাইহৌবসিদা নঙসু তোক্লীলবরা? বোবী খুমদে। তপ্না ফমথরকই।

"হায়, ঐনা হংলিবসে নঙোন্দনি, নঙবু নুপারো নুপীরো?"

মোবীদা য়াহংদুগী পাউখুম্না হেন্না লুখি। মওন মওন খনখি। অদুবু খুমদে।

"ফরেসে ফরেসে লাইরিকলোমদা ওনসিল্লসি।" ঙাইহাক লৈরগা অমুকসু মহৌরকই।

"নত্তে মোবী নঙবু করি তৌরবগে নহালমখৈগা ইমান মান্নদেদা"

"পুম্নমক নঙননি।" মখোং খঙহৌদনা খংহায় ওইনা খুমদোরকখি। খুমদোকপ্নবা মতুংদা য়াম্না হায়ফম তৌফম খঙদ্রবা ইক্কাইবা অমা ফাওরকখি। মমায় মমিৎ পুম্নমক ঙাংখিদুনা অশাংবা মুর্ত্তি অমগুম, ঙাইহাক্তী লৈখি।

শঙ্গোম য়োনবনা শঙ্গোমদা ঈশিং য়ানসিনখি। য়াম্না চন্না করিমত্তা খঙ্গহৌদনা। অদুগা, মী হাৎলে খংলবফাওবদা মীহাৎপগী উকিলনা মাগীদমক কেস লেপ্লুনা য়া ঙাংবিরি।

ওজা রাধামানবী গ্যান তারকখি। মহাক্কী থিংঙাও লৈঙাওবী পুম্নমক মাঙখিবগুম তৌরকই। মশা পুম্বা ইফা ফাজিনখিবগুম্না মথন্তা খল্লকখি। নঙ ঐগী ছাত্রনি, অদুগা ঐনা নঙগী ওজানি। অদুবু ঐগী চেকশীলহৌদ্রবা মীৎকুপ অমদা, নঙ ঐবু হ্মারৌরবরা?

ওজা নঙসে লাইরিক্ত নেত্তনা পুম্নমক তম্বীবা হৈকো। অদুগা অমুক ঙসিনা নাতোনগী চন্দলদুনা কয়াদা রাশি লৈরিবা? অমুকসু খল্লী ঐসিবু পাপ হায়বদু পুরোইদ্রা। কদায় কদায়দনো শুরু শুরু নৈশিন্দুনা শান্নে, মাগী মপাল নায়দ্রবা হ্মাখলদুনা। অমুকসু চেনখি, লাপ্না তান্নবা ফংদনা, অমুকসু হায়রকখি, হ্মারেদা চেনজখরো ঐ তান্নবা ঙম্নরোই।

অচিকপা থুগায়রদুনা ওজানা মশা শোক্লদুনা হায়রকখি।

"হে মোবী, নঙ ঙসিদি য়াম্না হৈনিংদ্রবরা?"

"হুং কৈসু তৌদে।" ইফিং ফিংনা খুম্নকখিবনি।

"হৈনিংদ্রগা তোক্লসি ঙসিদি হুনখ্রোদনা।" হৈনিংদ্রবদি নমফুসি ফত্তবনি। ঙাইহাক খল্লুরবা তুংদা, হোয় হায়গুম্নদনা লাইরিক্তু তপ্না খুমজিল্লগা খাউদা হাপচিনখি। মোং হাদনা হৌগৎলকপদুনা অনাবা মীগুম তপ্না চৎখি। কোম্থোং হ্মাংমা লানখি।

"লাক্লবরা?"

তাদবগুম খুম্নমদনা মোবী কা তম্না পরপ পরপ চংখি। ওজা রাধামানবী নহালমখেগুম তহা তহানা ইখেং খেংদ্রে। য়োৎপাক্লা শোক্লবী হঙোইগুম ইং তম্লবী চোংঙমদবী হায়বদু ওইখরে। মাসু কাদা চংলকই অদুগা মোমোল মিনোক অমগা লোয়ননা হুংলকখি।

"ঙসিদি হৈনিংলবরা?"

"ঙসিদি..."। হ্মাহংদুগী পাউখুম হ্মাহং অমনা পিনিংখি মোবী। অদুবু খুমখিদে। মরু লুক্লা লৈখি। পাউখুম চান্মা চান্মনা অহাংবদা পাইরি।

ওজা রাধামানবীনা মোবীদগী চহি হল্লবসু ঙসিদি করিগীনো কদায়দগীনো খঙহৌদনা ইক্লাইবা অমা ফাওরকখি ॥

# মৈশানা মৈন্নায়রক্কবী

ঙরাং অহিংগী নোং নুংশিত্তুদি ওহ্মোক্লা কনম্লেদা! য়ুমকাসি ফুত্তোকখিদুনা ইথক্তা নম্বুরক্লগদবগুমই। নোংসু য়াওগদবোয় নীংলুবনি, অদুবু নোংদি য়াওদনা নুংশিং ঙাক্তা লাওবগা খোংবগা করিনো অমুক্তোইবা অঙকপা মতৌ অমনি [illegible]না অহিংচুম্না তুম্বা য়াখিদে।

নোংঙাল্লগদি লোয়নমক তেক্লল্লগাদবোয় নীংলুবা পুম্নমক অমত্তা মগোপ কায়রমদে। ইংখোল শম্বলদু জিত্তঘগা পাইখোকপরা হায়দুনা কোয়য়েং য়েংই। থোইদোকপা ফিভমদি কায়রমদে। য়ুম থংননা লৈমিন্নবা জয়গী নোং নুংশিং অমুক হৌরকই। জয় ইনাক কৈরাক অদুক হাক্লা খুনবদি নত্তে। মমা মপানা নিংঙোল ময়ামগী মরক্তা মতোমতা য়াওবগী লৌচা খরদুগা ইংখোলদুগা লৈজবনি। সর্বকারগী থবক মচা অমবুদি তৌজহৌই। হন্দক ইকুই কুইম্রি পেন্সিল ফংবসু, অদুনা মখুত্তা পৈশা খরদি পায়জরি। নিংঙোল ময়াম্না ময়ুম পানবা লোয়ম্লগা জয় খরা থেংনা ময়ুম পাল্লী। ময়ুম থেংনা পাল্লী হায়জবতনি বগন লৌখৎলক্তুনা মচা নমপোক নমপোক পোকসিন্দুনা নুপা মরি নুপী মরি পুন্না মচা নিপাল সুরে। মঙোন্দগী হান্না ময়ুম পানবা মী ফাওবা মচা অহুমদগী হেন্দ্রি।

জয়গী মচাশিংদু থোয়না পিজ পিথক্লবসু মমিং মনা লোয়না শিংই। মশা ইংপা অয়াম্বনা ঙস্মী। মেট্রিক থানিং থামাং তৌরকপা মতমদা মচানুপীশিংদু অয়াম্বনা ময়ুম পানম্লে। মচানুপীশিংনা ময়ুম ঙন্না পানম্রিবসি ময়ুম পীকপা মাগী মাগী কা থায়দোক্লদবদগী মাল্লী। মচানুপী খ্বায়দগী ইতোন তোনবীদুদি লাইরিক খজিক্তং তমগদবা মান্দুনা লৈহৌরি। মচেশিংগুম ঙস্তানা মহাকসু ময়ুম পানখিগদ্রা নংত্রগা কদায় ফাওবা লাইরিক তমখিনি খংদ্রি, য়েংখিবা তায়।

মচানুপাশিংদু নোংমতা স্কুল কাবদি উখিদে। মেট্রিক পাস তৌবগী সার্টিফিকেটদি লোয়না পায়রে হায়বা তায়। ৱারী ৱাতায়গা ঙাংন শরুবদদি ইংলিসকা লোযনা থেংলি। ঐঙোন্দদি অয়াম্বনা মরু লুকই।

জয় নৎত্রগা মাগী নুপীনদি য়াহৌবগা হেক্তা লাও খোংবা হৌই। হৌগৎলোনহে মী ওইররোইদবা মচাশিং নখোয়বো। নখোয়সে মী অমত্তা ওইররোইদবনি। অয়ুক্কা য়াহৌনিংদে, য়াহৌনি খঙদে। নুমিদাংনা য়ুমদা হুনজিল্লকনি খঙদে। নখোয়বু করম্না মী ওইগদৌরিবনো? চাক্তী পুখম অচৌবা অমমম কংলি। য়ু থকপসু হৈরেদনা, জ্বারসু শান্নবে তায়, নখোয় মী ওইররোইকো। খঙউ নখোয়না সুম ফংলকত্রবদি ঐদিনে লৌ খরা লৈরিসে লোয়না য়োম্থোক্লগা ঙা থোং থোংদুনা হাউনা হাউনা চাথোক্কদবনি। অদুগা ইংখোলসিসু লোয়নমক পুখ্রি চাওনা তৌথোক্লগা থম্মদোয়নি।

চবেঙ চবেঙ ঙাংবা লেপখিদে। ঐদি য়ুম হোংলসিবা হায়বদু হেক-য়ৌই। তাঙ্গাদুদা মকোক্তি তাহৌদবা থংননা লৈবা লৈকাই অহল ফবক অমনা অমুক ফরক তাসিনখি। পুখ্রি তৌথোক্কদবা লৈরদি লৈবাক্তু ঐ খরা লৌহৌগে। ঐগী অৱাং থংবা নাকলসি নোংজুথাদা হেক হেক ঈশিং থুমই ওম্থোক্লা নুংঙাইখিদ্রে হেক হায়জিল্লুই। ঐদি অহল ফরক্তুনা ঙাংলিবদু তাক্লরগা স্বায় স্বায় লাওব'মা ফাওই, অমুক মখোয়নি খংনরক্তুনা তোক্লরনি খল্লী। অদুবু মদুমক্তী থোকখিদ্রে। মখা তাথনদনা মশা-মশাগী মথৌ তৌনখি।

মচানুপা অনিশুবদু মচিন মখা য়াম্না য়াঙই। মীকৌ মীবাক য়াম্না ফজে। অঙাং মতিক নন্তুনা ব্যবহার ফজমনবসি চহি মতাংদুদা অকিবা অমদি পোকখিবনি। মহাক নিষা শিজিন্নরে হায়বসি মপানা লাউনা লাউনা ঙাংমন-চৈমনবদগী ঐখোয়সু খঙলো। জয়গী মচাশিংদো ঐখোয় থোজাল ফাওরগা থোকই, ফাওরগা চংলকই। মমুমগী থোজালদু ইহে হৈনদবগুম তৌই।

জয় পাখঙ ওইরিঙৈদা নীংঙোল ময়ামগী মরক্তা তাংনা ফংজবনি হায়দুনা ময়াম্না য়াম্না লুনা তৌদুনা করিগুম্বা থবক অমত্তা য়াওহন্দে। ফদি অচোংপা অম্না মখুৎতা পায়রগা মশাদু তৈথোকপা, গ্লিসরিন হুক্তবা, মশমদু পোমিট হায়বা থাওদু তৈরগা মিংশেল মমাংদা পোজ তৌবসিনা মাগী থবক্নি।

করি করিগুম্বা মতমদা মানা ঐখোয়বুদি হেক হেক নোক্লে করেমনৌ। ইংখোলনেনা ঙহাক লৈরগা আমিন, ঙহাক লৈরগা আমিন, ঐখোয়দি ঙসিফাওবা ইংখোলসিদা আমিন লাকত্রি কায়না হায়।

কদায়দগী লাক্কনি মাগী ইংখোলদদি আমিন, নুপী ঙাক্তা চাতরেংকী মনুংদা মহাক মথন্তনি ফিরাল চৈখোক য়ুংবগুম নুপা শিবা ওইরিবসি। নীংঙোলশিংদুদি লোয়নমক ময়ুম পানগ্রে। ঐখোয়গীদি য়েংউ, ঐখোয় বাজিহল অহমদুনা কোকথরকপা ময়াম অমা, ঐখোয়গী নীংঙোল থাদনা নুপা ঙাক্তা তরক অমা পুন্না নুপা কুনগনিখোয়না য়েন্নগদবনি। অমা লুহোংলমদায়, য়ুম শাগৎলমদায় খুদিংগী আমিন লাকপদি মশানা তারবনি। অদুবু দেব কর্ম্ম অমা থোক্লকপা অনা অয়েক'মা য়াওরক্লপা মতমদদি য়াম্না নুংঙাই। পুজ থাংজ মীতোপ য়াওদ্রবসু অবাবা খঙহৌদে। অদুবু মৌ অনৌবা অমা লাকপা খুদিংগী ইংখোলগী হবা নুংশিত্তি হেক হেক হোংই। মৌ অমনা মৌ অমগী মরমদা লৈকাইদা বাবী শারম্বগী মরক মবক্তা হেক হেক উংখৎনবা থোকই। করিগুম্বদা নুপাশিংসু শাদোঙসনবা য়াওই। মসিদি মতমসিগী চৎনবী ওইরক্লমাল্লে।

জয়গী মচানুপী অহল অথোই লৌবা নুপাদু মশক মতৌ য়াম্না ফজে হায়না তায়। লুহোংবা নুমিত্তসু ঐদি কোয়চেন চেন্দুনা অসিন-অরাং তৌরিঙৈদা মশক মুন্না খংহৌদে। লৈকাই অঙাংশিংদি মাগা অয়াম্বা খংনৈ হায়। পংলাপ লাপতনা লৈকাই অম'নি কান্নরগা লৈবনি। তশেংবদি মখোয়গী হৌরকফমসি খরা লাম্না জাৎনি। কোন্না ইংখোল লৈরগা হোংগৎলকপনি হায়। মরক মরক্তা বা ঙাংবদা মরোল খোয়রপ খোয়রপ তৌই। মনেম্বোক্লদি শাওরক্লগা হেক হেক মতৌ তমদুনা ঙাংই। মহাক ফিল্ম পুথোকপা প্রদ্যুসর হায়বদুনি।

নোংমা অয়ুক অঙনবা অমদা অথোইদু জয়খোয়দা লৈবা উই। চুম্না সুম থবক অমগী ওন্না লাকচবিবোয় খল্লুবনি। নুমিৎ মঙা তরক্কী উসিল্লক্লবদুদদি ঙাংনবা তারক্লে। অথোইগী নুপাদু অনিশুবা অতোনবী অমা পুরক্লে হায়। অহানবা পুরকপা অদুমদি মনা-মনিল নায়নদ্রিঙৈদা থিন্দোকখিমাল্লে। হন্দক্কীসিমদি পাক থিন্দোকপসু য়াদ্রবা মাল্লী।

নুপীদুগী মমিং মেনকা কৌই হায়। সিনেমা হোল মনাক্কী দুকান মচাশিংদুদা শেনহনবী হায়বদু তৌবা ওইরমাল্লে। মশক মতৌকদি মীনা সুম হায়বদা লাই মচামুক ফজে, অতোনবীকা ওইগদবা মানদে হায়নবা তায়। চহিমুক্কী মমাংদা মপুরোয়বদু লৈখিদবগী হন্দক্তা নৌনা মপান থোরকপসু মাল্লী। মচানুপা অপীকপা অমদি চেল্লি, মদুসু বোর্দিং স্কুল অমদা থমদোকপ্লগা থাল্লী শাবী মাল্লী। নোংমা প্রদ্যুসরনা কার মমায় লৈবদা উহৌদদুনা খজিক্তং থেংখিবদগী সুম খংনখিবা

ওইরমাল্লে। খজিক খজিক্তগী য়াম্না নকসিন্নরক্তুনা লফোয় হেক খোকমিন্না কল্লা হেক চামিন্না চা ফাওবা গ্লাস অমত্তদা পুন্না থকমীন্নরক্তুনা মশাসু য়াই শংলক্তবগী ইঙ্গিং ফংলকখি। লোয়সিনগ্রসি হায়নবসু য়ানদবদগী হেক্তা পুদুনা লাক্লবা মাঙ্গী। খুঙ্গংগী কুদ্রক কুদ্রাকপা পুন্সি লম্বীদা খুদি থিরম্বদগী কোয়লাস থারবা অনানবা মেন রোড য়্যৌরবদা খুদি থিনি কাউবদি মশানা তারবা য়াফম্নী।

অথোই চহি অঙাং ওইনা ময়ুম পানগ্লবসু মীতিক মীবৌ য়াম্না খংবিনি। মরি মথোঙ শেংলবদি করিবু তৌরুগবনো লাইবক্তা তন্নম্বনি পুন্না হেক্তা নুংশিনা পাম্লী পুনরগা লৈথোকসু ঙায় খল্লুবনি। মদু থোক্লমদ্রে। মরি মথোঙ অসুম থিরু হংলুবদা পোংলোয়গুম মপান্দা লংত্রিক লংনা মিং থক্লা ফজবগা মনুংদদি কিশিগী কিশি ঙাক্তা ঙায়বমখি।

তশেংনা চীংনবা ফাওবকই। মাগী নুপাসিবু মতমসিগী হায়নবিদু তৌরমলোয়দ্রনে? হং, মথম্মোয়দা ইয়া য়ানিংখিদে। মা চেকসিল্লন্নরোই, মানা চেকসিল্লন্নবদি মতাংসি য়্যৌরন্নোয়। মরক্কীদুনা অমুক কমদৌরমগদবা? নুপী অতোনবী মেনকাদু থা সুজিল্লক্লে। মাদি লেক লেক লাওনা ইনথংলকপী অমগুম ফজখংলকখি। অদুবু মাগী নুপাদি নোংমা নোংমগী মশক-মচু ওল্লক্তুনা মমায়গদু ইমক মকসিল্লকই। চাবা থকপদা চিলহাও থিবকখি। ডাক্তরদা চংলগা য়েংথোক্লুসি হায়দুনা অথোইনা নমদুনা পুরগা য়েংথোক্লুরে। মতমদুদা অথোই গ্যান মাংখি। মহাক্লা চিংনরম্বা পুন্নমক... অচুম্বা ওইরম্লে। মহাক মতমসিগী হায়নবিদু চপ চানা পোজিটিপ ওইরম্লে।

নৌনা য়ুম পাল্লুবগী মচাসু অহুম মরি লৈরবনি। আশা কয়াদা শাগৎচকবা মঙলান্দু মঙফাওনররোই খল্লুবদা অমদি পিল্লীবা মচাশিংগী মরাইবক খল্লুবগা অথোই পামদা পামদা মপামদা লাকপা ওইবম্লে।

জয় মচানুপাশিংদুদং ঙাংলম্বদগী, হৌজিক্তী হল্লকপী মীংথোন ফংলবী অথোইবুসু য়াওনা ঙাংবা হৌরক্লে। নৌনা য়ুম পানজববসু ইরান লাঞ্জদবী অথোইনা কপ্পদুনা মপাগী চিঙ্খক্তা খুল্লকখি। "সিবু ঐনবা?"

অমুকসু ঈশ্বরদা তাইনদুনা নিন্দা তৌরদুনা শোল্লকই। করিগীনো নশক অদুক ফজবী, ঐক্তোন্দগীসু হেন্না ফজবী মানা নৌনা মপুরোইবা ফাইনব্রবা মতুং ঐবুসু মৈরক্তা চিংসিনবীদুনা মৈশা অমা পিবিবিবা? ॥

# হৈক্রেক

মীনায় মচা কোকচাওবা, য়াথিথাং, কুচুথি, মমায়নেনা হৈজুগ্রাং হেক মাল্লদনা, দুই ফুট, মেরুক্তা মখোঙ পানবা, খুনিংগাই, মহা বদমাস কনা কনাগী করিনো শুরে। বাবুমচানা মকম্থি থোক্লা খু খু হেক কান্নদুনা তাবদা ৰাবা মখে শাওরদুনা ঙাংলি চৈরি। হঙোইনা গুহাবু পৃথিবীনি খঞ্জবগুম কাখুদুদা লৈরগা লোয়নমক অখঙবা শাদুনা মুক্নি।

খুরা তোমচৌনা ইতপ তপ্না মোং হাদনা হংলকই।

ঐখোয় ইবুংঙো বাবুমচানা অদুক শাউনা ঙাংবিরিবা মীনায় মচা হায়বদুবু কনানো?

মীনায়দি মীনায়নিদনা। মীনায় হায়বসিদি অকক্লবা থাগী তলব ফংজবা নত্তে। মথিবোং মবুক্তু, মপুনা চাবা অথুম অহাও অরেম অপা খরা ফঙলগা চাজবা, ফঙদ্রগা তোকচবা, পংলৈ লৈজবনি। করিগুম্বা মপুনা নুংশিবীদুনা হয়াও-কুম্নোগ্না লাকলদা ফিরোল অহোংবা খরা লৈবিবা। হৌজিক মতমদবু লুপা তরানা করিসু তৌবা য়াদ্রবা মতমসিদা লুপা তরা চংশী অহনবা অমগা পীরবদি মখোয়গীদি লোয়জরে। খুরা তোমচৌনা মরক থংনা হায়রকখিবনি।

"ঐদি মীনায় নত্তেকো বাবুমচা।"

"নত্তে নত্তে, খুরাবুদি কনানা মীনায়নি হায়রিবনো?"

"হুম! বাবুমচানা শুম ঙাংবদুদা ঐসু মণ্ডল মণ্ডল খল্লকপগী ৰানি।"

"য়েংউনে খুরা কয়াদা খেননরিবনো মসিদবু কনানা শাওনিংঙোইদোইনো।"

"কৈদৌরবা কৈদৌরবা তম্মুনে তাশিনে।" খুরানা হায়রকপনি।

অদুক শাউরম্বা বাবুমচানা য়াম্না গ্যান তাবা মাম্না ইংনা তপ্না মখা তাথরকই।

"আ চীংদা এলপি স্কুলগী ওজা মচা অমথক তেং তেং ওইবল্লগা এমএলএ কাবে। অদুদগী মন্ত্রি ওইদুনা মণিপুরগী কোনুং ইম্ফালদা লৈবে। অদুদগীদি মশাদু পুমঙাও ঙাওবে। অদুবু ফৈ ফত্তে হায়বদি য়াবোই। য়াম্না চমই।"

আ চীং মখোয খুন্দগী খোঙউপ মশক খঙদবা, খুনিংগাই, ঙাবোং ফিজাও খাওন্নবা, পাইতু খাউজাও য়ানবা, শমকক তুবং নাতৈবদু লাকপদা হবাওনা কৌশিন্দুনা লেঙ্গোম্নে। অহাযবমখে তাবিদুনা কোইচং চংমিন্নদুনা ঙম্বমখে তৌই। ঙমদবমখৈদি ঙম্মোই হেক্তা হায।

যেংউনে অদুগা ঐখোয় লৈকাইদগী কাখিবা, ক্লাটবদা লৈকদ্রবসু ময়াবদুনা ক্লাটবদা হেক মবৈখোকখি। মেট্রিক পরিক্ষাদা ফাউবকপা ফোলদাদুনা মীংজনফম লৈতবদগী মখা তমথবগী আশা উবক্রদুনা মপু নিংবা ওইবগে খন্দুনা মপুগী থোঙ্গালদা কুন্দুনা মখৌ পোংনা খোঙলকই।

ইনিংথৌ চেপ্লি, ইনিংথৌ লেঙখৎত্রি, ইনিংথৌ চাইথবি, ইনিংথৌ মিটিং লৈ, চংকদৌবে উন্নবা য়াববোই শিনি মীনায মচাশিংদুনা মপুগী অবেম্বা চাবা মীনায়শিংদুনা মখৌ পোংনা ব্যবহাব হাযবদু মচেৎ অমত্তা য়াওজদনা হায়বকখিৰসি। তৌবদি মীনাযশিংদু কবিসু খঙজদবা জাৎনি। মখোযদা শাউব্বা য়াবা নত্তে। মপুগী য়াথংনি, মপুনা চান্নবনি তৌজবিবজাৎনি। মীয়াম্না দোলাই তোংহনখিবা মপুশিংদুনা তেনৱা মবোল তম্বীবগুম তম্বীবা ওইবমগনি। লৈকাইগী অমোৎপশিংসে চঙহল্লক্কনু হায়বম্বসু য়াই। ওজানা তাকপীবদগী ছাত্রনা হৈজিনবা হেনখিদুনা ব্যবহাব হায়বদু উপুদা ছো লোনশিন্দুনা থমখিবা ওইবম্বসু য়াই। ঐনা চংগে হায়বদবু চংহল্লক্তবা মশিদবু শাউনিংলোইদবা কানা লৈগদগেনে। মশিদবু মীনায় মচাশিংদু ইচিলসে পেন্না চৈবোইদবগী মবম লৈব্রনে?

মবক্তা খুবা তোমচৌনা ৱাপাংলকই।

"চুমইদা চুমইদা ঐখোয় বাবুমচানা চুমইদ্র।" মখোয়না ঐখোয় বাবুমচাফাওবা চংহল্লক্তবদি চুমদেদনা। নত্তে বাবুমচা মীনায়মচাশিংদু থাম্না তারুগা ফাহনসিবা?

বাবুমচা অমুক শাউগংলকই, অদুগা হায়রকই।

"মখোয় থানাদুনা হেন্না তুকৎচৈ। মখোয়না তৌবিবা অশোন অশোনবা মী থিদুনা তুহৎলি। লায়রবা শঙ্গ লৈজদবশিংগীদি ব্রাকৎ অমত্তা তাবিদে। থওই থৌশাবিদে। অচৌ অশাং ইনাক খুনবশিংগীদি কোইচেন চেন্দুনা হোৎনৈ। মসিদবু কনানা মখোয়বু পেল্লগদগেনে? থানাদা নত্তে, মখোয়গী শাগে মখোয়দৌনা ইউনিফোর্ম শেৎপা হায়বদুমখৈ তুকৎচৈ, নুংশিবা অমত্তা হেক য়াউদে।"

নিষা ফাবা কাংবুনেনা লৈরিবদুনা মরোল অমা। হিংনবগী পুন্সি লাম্থেংনবদা ইকাই ইকি লাম্থোক্তুনা চাংয়েংজরকপদু হেক্তমক মফাবী। ব্রাকোংশেল চাউনা চাউনা লৌই। করিগুম্বা মৌ নহা ওইরবদি য়াওশঙ থাবলদা পাখঙ মচাশিংনা লৈশাবী মখুৎ পাইরনি হরাওজবগুম নুংঙাইজবগী ঙমখৈ লৈখিদে। পুন্সিগী অহানবা ফাবা নুমিৎতুমদি লু মনুংদা চংলবা লিনগুম ময়াই পুঙচম চমখি। পিরাং চদুম চদুম শিন্থদুনা পুন্সিগীদমক লাম্থেংনবা তাখি। অচুম্বা লম্বী তাকপিখিদে। অরানবা লম্বীদা খুৎ পায়দুনা চিংশিনবীখি। অরিবা খুৎফাশিংদুগীদমক্তি খোংমী লাম্মী শিজিন্নদুনা দোলাইলেংদা হাপ্তুনা মফম য়ৌনবা থিনগনি। মসিদবু তারু উরু খঙলুরগা কনানা শাউনিংদবা ঙমগদগে?

লুপা লিশিং মরি মঙানা মোরে চৎচদুনা হিংনবা হোৎনজবদুদি লমতৎ খুদিংগী য়াউশঙগীগুম ফি মুল্লি। মমাং শঙ্গোয়মুক চাউবা টাটা গাড়িশিংনা পেক পেক্তুনা পুখিবদি য়েং য়েংদুনা লৈহৌই। অঙকপগী অঙকপা ঙাক্তনি।

গাড়ি শেন্নবা কাংবু লৈনা লৈনা ষণশেন নহাশিংনা গাড়িসু শেন্নৈ। নিষাসু ফায়, লৈশাবু ফায়, পৈশাসু চায়। ইমিৎনা মশিং খঙদনা উখ্রবনি। খুৎলায় পায়বগী অব্রাই-অখুমদবু ঙমদবনি। খুৎ শা থেক্তুনা খাওজবনি।

বাবুমচা শাউবা নেমথদে। হেন্না হেন্না অশাউবা মরি মরি ঙাংথরকই। মাগী অশাউবসি অতাবা মীসু শাউরক্কনি খন্দুনা খুরা তোমচৌনা থেমজিল্লকই। অদুবু তোক্লো হায়বা য়াবা কৌবা মরৈতে। হেন্না হেন্না শাউগৎখিদুনা মখা মরি মরি শমথরকই।

কবিনো মখোয়না পান্নিবসে? বঙ্মীজবু বঙ্মীজ হায়রগা শাউব্রা? পঞ্জাবীবু পঞ্জবীনি হায়রগা শাউব্রা, বঙ্গালিবু বঙ্গালিনি হায়রগা শাউব্রা, মীতে/মৈতেবু মীতে/মৈতে হায়রগা শাউব্রা করিনো মখোয়না শাউরিবসে। করি মলোম্রো মখোয়না থল্লিবসে, মবুকথোক্কী লানথিবা নত্তে। মীনা ইনশিনবদগী লানথিবনি হায়জরবাফাউবা কবি কিশিনো কিবিবসে? পীয়ু হাযরিবমখে পংপিদা পীরদ্রা? আইএএস পুম্নমক মখোয়দা কোটাদা পীথোকখিবদা পুবা থাংবা ঙমদ্রে। কোটা পীবদা শান্নবা ফাওবদা পাঞ্জিল কোটা পীবা তাবরা? হেক তৌবগা বন্দ তৌবনি। ব্লোকেদ তৌবনি। অকনবা খোঙজং চংশিল্লনি। অফ-ফত্তগী দাযত্ব মশাগীনি, নমদুনা মুনগনি শিবু কবি হায়বিবনো?

বাবুমচাগী অশাউবীসি ফাগী ফাগীদগী মৈরিত্তগী মৈজাওবী ওইরক্কদৌরে খল্লদুনা খুরা তোমচৌনা ইংনা তপ্না ফাথরগা বাবুমচাদু থেমদুনা মাগী গুলিদু পীজখি।

বাবুমচা গুলিদু চান্নবা মতুংদা মাগী কমুংদা ইবেন্না চংদুনা হিপথখি। খুবা তোমচৌনা শোল্লাংননা শোল্লকই।

"লাইবিক লাইশুগা ওম্লোক্না ফনা হৌবকপ্রবা অঙাংনি, অশুম্না তৌজরন্বা নত্তে, অঙাওবা হেক হায়বদু ওইখিদা। হায়নিং হায়নিংবা মাগী মচিন্দা হেক লাকপা মখে অথিংবা লৈতনা হেক্তমক হায়বকই। মাগীদমক খঞ্জবদা বাবুচৌবসু ব্রাখল লৈনা ওইগদৌরে। গুলি পীজবদগী মানা তুমথখিবসি ফবেদা। শান্তি হেক ওইদা ॥

# থোক্তবসু নত্তে

বোবোচা পুঙ্ককক চাউরে। মখুৎ হায়ফম খংদনা লেঙই। মাগী মাঙদ হেক লৈবা পোৎ খুদিংমক সুনা পায়দবা য়াদে মতাগুম অমৎতা খাক্তনা পায়বজাৎনি ঈশিং হোন্নবা থেল্লাগাড়ি অমা মপা পোকপা মপুগী মনাওনুপা, মাগীদি পুপুমচা খুৎসু খুৎলায় ময়াম পুথোক্তুনা কন্না শেন্নী। ওসায়মখৈ মহাক কদায় চৎলুবনো খওদে। অয়ুক অঙনবদগী শেল্লকপদু নুংশা হায়গৎলবফাওবা লোয়ফাৎত্রি। বোবোচা লাকই খুৎলায়শিংদু পায়রদুনা কোক্কা কাক্কা তৌবা হৌবকই। মাগী পুপুনা চৈবদুনা তাম্বোবকই। কনানো মসি অঙাংশিং কৌথোকপ্রো। ঐ থবক সুফম খংদ্রে মনেনা কৌথোকখি। মতমদু মনেসু গল্লাদা থারিবা লৈশিংগী মখোঙ সোম্বীরি। পোল্লী পোল্লীবা লৈ অমা থদংকদবগী কন্না হোৎনরকপদু উরগা মনেনা পাখৎনা হায়রকখি।

"থদংকনু থদংকনু লৈ মমানা কপ্পনি।"

বোবোচাগী ফরক্কী ব্রাহং হংবা হৌরক্লম্মী। সি লৈগী মমাবা? হোয় অদু লৈগী মমানি। খর পিকপা লৈগী মশা অমা অমুক পায়রদুনা হায়রকখি সিনা লৈগী মচেরা? হোয় মনেনা খুম্মী। মখা তানা অমুক হংলকই। নেনে লৈগী মপাদি কদায়? মনেসু অমুক শাওগৎলকই মাগী মনাক্তগীসু তাম্বোরকই।

মখুবাগী মমান্নবশিং খবা শত্রং শান্নরিবা মফমদুদা অমুক চংখি। মবম খংদনা পাংপায়দ পায়বা হৌরকই। মথং মথং হংবসু লেপ্তে। সিনা হিনি সিনা শগোলনি। সিনা খোংনাওবীনি তাক্লা তাক্লা মখুৎতগী মুনবা হোৎনরি। হিন্নু করিগী চপ য়ুংলিবা? সিনা খোংনাওবী ওইরদি, খোংবীদি কদায়দা য়াওখরবা? মাগী ব্রাহং অঙকপা ঙাক্তনি। ময়াম্না লাংই, চয়েৎনৈ হায়দুনা মফমদুদগীসু অমুক তাম্বোকপিরকখি।

অমনা অমুক চৈবিবা, অমনা অমুক তাম্বোকরকপদুদা মবোকমচাগী মনাক্তা অমুক চংখি। মবোক মচানা হায়রকই। নঙ নখুৎ লেংগনুকো। নখুৎ লেংমনবগা ফবক ব্রাহং হংমনবগা নঙবু কনামত্তনা মখোযগী মনাক্তনা

চংশ্ন্নীংদ্রবনি। নখুৎ লেংদ্রবদি রাবী নুংঙাইবা লিবিগনি হাযদুনা মবোকমচানা থেম্লকই। হায়বা লোযবম লোযফাংত্রিঙৈদা রাবী লিবিবো তকসিনবা হৌবকখি।

মবোকমচা রাবী লিবা হৌবক্লম্মী। থায়না থায়না মমাংঙৈদা নিংথৌ অমা পাল্লী। মশুনা মবক থৎলকই।

"তল্লী তল্লী কৈসু নিংথৌগী রাবী লিবিগনু ঐ তানিংদে।"

"নিংথৌগী রাবীবু কবিগী তানিংদ্রিবা?"

বোবোক্লা নহাল লিবদা থাযনগী নিংথৌদি, মশকপু ফজববদি মচা লৈবী মীগী নুপী ফাদুনা পুবগা কোনুংদা থম্মী হায়। ঐদি মী ফাবগী রাবী তানিংদে। বোবোচাগী রাহৈদু অমুকসু অঙাং মান্দে।

অদুদি, অতোপ্পা অমা লিবগে তাবোকো হাযদুনা মবোকমচানা রাবী লিবা হৌবকখি। খংনবু তাবিবা খংদনবু তাবিবা মথোং খঙদে। বোবোচা ইংনা তপ্পা মবোকমচাগী রাবী তাবি।

অঙনবা অয়ুক্কী মুতম্মী। নেংপোক চীংদোলগী মকমদগী কোবৌহনবা নুমিৎনা তবং-তবং মশেক মঙালগা লোয়ননা থোবকই। কেতুকিনা আলুবোনবা মচুগী ফনেক অমা শেৎলগা অঙৌদ ঙাযববা বা যাওদ্রবা অঙৌবা মচুগী ইন্নফি অমনা মকোক হাযবপ খুন্নগা কেগামগী কম্বীদা ঙাংশং ঙাংনা চাক্লবা তিকি মবি মঙাগী মথক্তা ঘী অমদি চেঙ তোৎলবা মেক্রুক্কী নীংথিনা কুপ্পা সুগায়ববা মকুপশিং হাপ্লগা লৈগী সেমপাক মচা অমগা কোবিনা শাবা খুজাযদা ঈশিং থন্না হাপ্লগা খুউ লৈতানা কোবৌহনবা নুমিৎপু খুকমজবি। বোবোচা মাগী হৌনবী মবক থৎনা হংলকই।

" বোবোক, কেতুকি হাযসি, আ ববপ য়োনফমগী মবোক্তুবা?"

নত্তে মুন্না তাও হাযবগা মখা চৎথবকখি। কোবৌহনবা নুমিৎপু খুকমজবা লোয়বগা মাঙোল উখোকতেন্দা ঙাথবোই কবিবোই ঊৈবগা নিংগাং ফম্লদুনা মকোক খুন্নীবা ফিদু হাযফেৎতং চিংথবগা ইমুংলোমদা ওনসিল্লগা হায়বকখি।

ইবুংঙোচৌবা নঙবু লোয়শিল্লবরা? নচেন্না চাক লোয়রবনি। লংফেগী চাক্তী হিংনবা চাবনি য়োংপা য়াদে হীনা হায়নৈ। অদুনা নঙসু হয়েংদগীদি মতম খরদি হাওরসু হাওত্রসু য়ুমগী চাক হায়বদু চাবা ফংলরোইদবনি,নবুক থন্না চাখোকো।

ইবুংঙোচৌবনা খোংউপ তোংসিন তোংসিন্না ময়েক মরোল লৌফম খঙদনা ঈশৈ অমা ওংলম্বদগী মরক থংনা খুন্নকই। ও চারে, চারে, য়াম্না হাওগ্রে ইচেগী কাংসোয়সে, মোরোক্তী ফজরে। অসুম্না খোংউপ তোংসিনবা লোবদুনা ইবোচৌবা পোংশোল অমা পায়রদুনা মাঙোলদা থোবকই। মমাবু খুরুম্নবা হোৎনবকই। অফবা মঙোল তানখৎলকপদা পিগী মশক উৎহৈদে হায়দুনা খাংখি। অয়ুক্কী কোরৌগুম নুমিদাংগী থাজগুম য়েংজখিবা মচাদো মতম খরগী ওইনদি কায়নবা তারে খল্লদুনা থম্মোয়নুংদা লোন্না কপচখি। মচাবু মকোক্তা নাম্ভবিরগা হায়রকখি। মীরমদুদা লৈরগা তন্নুদৌরিবা নহৈদো নমান্নবা মরক্তা মীকোক থোংবা ওইজরকউকো। করিগুম্বা মতমদা নকোক ফাওবা চিক্তবা ওইজৌকো। থিংবা ঙমদনা ঈহৌরক্লীবা মিৎলুগী পীরাংদু লোন্না তৈথোক্লগা মখা তারকখি।

হায় হায় নঙবু লাইনিংথৌ, লৈমরেন, খুরুম্নক্লবরা? মদু কাউফদেকো মৈতে ঐখোয়গীদি মদু কাউফদ্রবা অমনি। অদুগা ইমা লাইবা খবসু তাকপিথিগে লাউ। থাজদবা তৌগনু। লাইনা লৈ হায়দুনা ইপা ইপুশিংনা লাইবা হাযনরিবনি। মমানা লাইবা তাকপীরকখি।

সে সে নপুক্লিং চংনা তারোকো । ইমানা ওইদা, ইপানা য়েৎতা, ইপুনা তুংদা, ইবেন্না মাংদা মখোয় মরিগী মরক্তা ঐনা চৎলি। পুক্লিংদা খল্লু। নখুবাক্তা সোল্লগা নমায়দা নাম্ভৌকো। কবিগুম্বা খংহৌদনা থক্লৎপা পাখৎপা য়াওরক্লবদি নখুৎনা লবাইগী শমদু নাম্ভরগা শ্বর শাংনা চনিং তানা হোম্ভৌকো। মফম খঙদবা লমহাং তুম্মাংদা মপান-ইপান থোক্লীংলক্লবদি, নাপী মকা অমা পৎ থৎলগা লংথোকউ। নতিন অহন্নক শিংতোউ অদুগা হায়য়ু। মসি ঈমাগী তম্পাক্লী। ঈমাগী তম্পাক হায়বসিদি মচা ওইবশিংগীদি মনিং তম্না শান্নজফম্লী। মমাগী পাউতাক কয়াগা লোয়ননা ইবোচৌবনা মমা মচে অমদি লাইনিংথৌ লৈমরেল পুন্নমকপু খুরুমজরগা

মথানুংদা চেংনা থাগোল্লজরগা কোম্ভোং ব্রাংমা লানখি। মৈতে লৈপাকসু থাদোক্লমদুনা মীরৈবাক্তা মহৈ তম্নুনবগীদমক চংখি।

কেতুকি মপুরোইবা কায়নদুনা নৌনা জুম্রা ওইহৌরবীনি। মচানুপী অহল মেমচৌবীদি নুপীনি হায়রদুনা লাইরিক লাইসুদা অদুক হাক্লা মখা তমথবগী পুক্লিং চংলুম্রে। মচানুপা ইবোচৌবদি নুপানি লাইরিক মখা তমথদুনা মী অমা ওইদবা য়াদে চপ য়ুংনা কেতুকিনা খনখি। মমাগা মচেগনা চাদ থক্তনা ইবোচৌববু মী অমা ওইনবা ব্বারে হায়বা খংহন্দনা অচংবা শেল থাদুনা হোৎনখি। থবক সুবা নোম্বনা হেনমনখিবা, চাবা থকপা পোংথাবনা ব্রাৎপদগী কেতুকি মশা য়াম্না শোকচিল্লে। মচেসু মাগী পৈশা থানবা হোৎনবদা লৈশাবীনি হায়বগী কেজবা মতম ফংখিদ্রে। শিনি হায়ফম খংদনা ব্বারে। অদুবু পূম্নমকসি মহৈ তম্বদা অকায়বা ওইনি হায়দুনা মমাগা মচেগনা ইবোচৌবদদি খংহনখিদে।

ইবোচৌবা তম্না লোয়রদুনা য়ুমদা থোরক্লম্মী। মমাগা মচেগনা ওইরম্লীবা ফিবমদু উরুরগা থম্মোয় শোক্লা নুংঙাইজরমদে। অঙকপা অমসু ফাওরম্মী। মানা থবক তৌরগা মমাগা মচেগা অমুক্তংদি নোকহনগে চপ য়ুংনা খনখি। মখোয়না সুবা নোম্বনা থাবা কোন্নদ্রদুনা থাবা নংনবা মীঙোন্দগী মচিং মচিং পুশিল্লুবা শেনফমশিং ইবোচৌবা থোরক্লে তাবদা লংফৈদা শেল তানবা চৎলুরিবোই নিংদুনা মথং মথং থৌবা লাক্লখি। শেল থৌবা লাক্লীবা মীয়ামদু উরুবদা ইবোচৌবা তৌফম খংজখিদে পূম্নমক ঐনা শোয়দনা শিংজগে মতম খরদংদি ঙাইবিখো হায়জখি। মাগী য়াম্না থম্মোয় শেংনা নোল্লুকপগা লোয়ননা হায়জবদু ময়াম্না য়াবিখি।

ইবোচৌবা থবক অমগীদমক ইন্টরভিউ য়াওরুই। হায়নবা লৈ। অব্রাবা মচা লেম্না মাংগনদে নারগা হিংগন্দে। অদুবু ইবোচৌবা লাইরবী মম্না অমদি মচেনা ব্রানা হোৎনরগা তমখিবনিকো খন্না মপুক্লিং চংনা হোৎনখিবনা মীকোক থোংনা লাকখি। ইন্টরভিউ লৌরিবা পূম্নমক মাগী মবুদ্ধি মরৌশিং পাউখুমশিংনা অপেনবা পোকখি। মহাক মায় পাক্লে, থবক খল্লে। ওফিসার অমা ওইনা থবক কাবা হৌরে। অহানবা থাগী তলবসু পুরকপা নুমিৎতা নয়া পৈশা অমফাওবা থাকহৌদনা মমাদা

পুন্নমক পিশিন্নখি। মমানা শৈশাশিংদু মচাগী পুন্সিগী অহানবা শেম্ফোক্লী হায়দুনা থুম্মোক লাইতং অমদা হান্নগা লাইনিংথৌ ম্রামহিদ মপি তালা কপ্তুনা খুরুম্লগা কংচখি। মপাবু নীংশিংলকখি। নীংশিংবগী ঈপাক অমদা তাওজখি।

কুইদে, মাগী ওফিসতুমক্তদা থবক তৌবী মীয়াই চল্লবী মৌ অমনা মরি মতা ওইনিংমনগ্রদুনা মশক মতৌ ফজববী য়াম্লা চংখোনবী লৈশাবী অমগা খংনহনখি। লৈশাবীদু মশক ফজবত নংতনা য়াম্নসু ইং তন্নী থৌগললোল চংনরোল পুন্নমক অন্নাংপা লৈতনা খঙই।

নোংমা মপ্পাক্ল চংদুনা নমদুনা মখোয়নি চেলহল্লে। নোংঙাল্লগা নুপী ময়ুমদা পাউ হন্দোকপনচিংবা চংনরোল পুন্নমক পাংথোক্লে। নুপী ময়ুমগী মীওইশিংনসু হান্না খরা নংজবতনি মথম্মোয় শেংবা হোৎনবা কনবনি হায়বসি লোয়না শিং শিংনা লাক্লবনিনা মরৈ চক্রি নিংঙাই শংদান্নবা য়াওদনা লুহোংনবা নুমিৎ লেপ্লে। লুহোংবদা শেল হায়বদু চংগদবা পুন্নমক তাথোক তাসিন তৌদুনা ককথরে। অদুবু অউনপোত্তি ককথবা অমত্তা লৈতনা অনি অনিনা খুজিং ওইদুনা পীরকখি। লুহোংবা নুমিৎতা অউনপোৎ হোনজিনবগী লোয়বা খল্লা নায়খিদে। পোৎয়ামদু উরুবগা য়ুম্লোন কৈরোনবশিংনা মীবা ঙাংনখি। অউনপোৎ য়াম্মল্লী মৌসি শোয়দনা মঙক হায়গৎকনিসে। কেতুকিগী মচাশিদি ফবনিদা। হৌজিক্কান্দা লাকপা মৌশিংসিদিকো। নুপাসু অদু মঙাই। নুপীবু থিগ্লবদি মৌগী হেক্তা ওইখি। মমাগা মচেগনা ওল্লোক্লা বানা হোৎন্দুনা শেমজরকপনিদা।

ওফিসতসু ময়াম চংদুনা মরক্লে। হন্দক থাগী তলবতি শেনগাও মপু লাক্লবনিনা ঐখোয় ইবেম্মা মতৌলৈবীদা পিশিনবা তারেনেকো। ইবোচৌবা হোয় য়াম্ন হায়দে। মোমোলতমক নোকই।

ঙসিদি তলব য়েনবা নুমিৎনি। অনৌবীগা ওইবনে ওফিসারগা ওইবে ময়ামদগী হান্না লৌখ্রগে হায়গদবদু ইক্কাইদুনা ময়াম লোয়রগা লৌবদদি নুংত্তিগীদগী খবা থেংদোকপ্রে। য়ুমদদি মমা মচে অনৌবী পুন্নমক অমুক্তা থেংনা হল্লকতবদুদা পাখৎন্দুনা থোঙ্গাললোমদা লোয়না য়েংদুনা লৈনখি। লাকপা উরবদুদা পুন্নমক নে তাখি। মাগী মাগী মথৌদা ওনসিন্নখি।

নহাৎলমখৈদি মমাগী মনাক্তা হান্না চংবনি। অদুবু ঙসিদি খরা চোকথবকপরা করিনো খঙদে অনৌবীগী কাদা চংখি। পৈশা মপুল মপুলদু পুথোরকতুনা মতৌলৈবীগী মমাংদা পুশ পুশ থাদরকই। অদুগা হায়রকই। ঙসিদি তলব ফংলক্লবনি। মতৌলৈবী ইঙক ঙকই। যাম্না হায়ফম তৌকম খংদনা নুংঙাইজবা অমা ফাওরকই। থংনবা মীৎকুপ্পা অকিবা অমসু পোক্লকই। মপুরোইবদা হায়জররকই।

করিনো তৌবিবিসিবো? মীমাংদা ঐবু খোংগোইনবিগদৌরিববা? ঙরাংত লাক্লগা চুমশো পূম্নমক মৌসিনা লোয়না পাযসিনখ্রে হায়নহনবীগদৌবিবরা মখোয় তাম্মোগীসিবো?

হায়, ঐনা তলব হেক ফংলকপগা ইমাদা লোয়না পীশিল্লী। হৌজিক্তি নঙ লাক্লবনিনা, অদুবু নঙনা ইমাদা অমুক পিসিল্লুবদা কবি অকায়বা লৈ? মশিং সুবগা লোয়বে। ইমানা মশিং খংবনি। বাহৈশিংদু তারুবগা খ্বায় লাওগে তৌরম্বদগী মপুক্লিংদা থুক লাওবা অমা ফাওরকখি। মপুনশিংদো চাওথি খিহৌবগা, তবি তবি লাক্লগা মমা শক্লবী মনেম কেতুকিদা পিসিল্লে মতৌলৈবীনা অদুগা হায়বকখি। সে ইমা মখোয় তাম্মোগী তলব ফংলে হায় মমৌগী মতৌ উবগা মীনা ঙাংনবম্বা খন্নবম্বা পূম্নমক ওন্না তৈনখিদুনা কয়াদা মথম্মোয় নুংঙোনজখিবা কেতুকি। শেলশিংদু পাযবগা মপি ইরা চেল্লদুনা মচিন্দা শোল্লকখি। হন্দক্কী শেনফমসিমগা শিংদোক্লবদি পঙয়ামদি য়াল্লকত্রেসে। মরোল থোকত্রবসু মনেমগী অনিংবা খঙনা মমৌনা হায়রকখি।

"ইমা ঐ, করিগুম্বা অমত্তা হায়জগেবা।"

"হাযয়ু হায়য়ু ইচাগী কবি অপাম্বা লৈবগেনে?"

"মদু'গা শিংদোকপ্লবদি, মীগী শিংদোক্লদবসি কয়ামদি ম্রাৎলিবগে?"

মমৌগী ব্রাহংদু তাবদা মনেম মওল মওল খল্লকই। মমৌনা মখা তারকখি। ঐগী লুহোংবদা য়ুমদগী য়াওরকপা লিক লৈ অচৌবশিংসি লোয়না কায়থোক্লগা শিংদোকপদা কোন্নগদ্রা? কোন্নগদবা লৈরবদি লোয়না শিংদোকপ্লসিবা ইমা। কেতুকিনা কিরম্বগা মতৌলৈবীনা হায়দোবকপগা পুমওন ওন্নবকপদুদা মমিংতা মপি ইবা চেল্লদুনা কেতুকিনা হায়রকখি।

করিগী কায়থোকলুগদগেনে, ইচাগী ইয়া ইপানা নুংশিনা তমজরকপা পোৎশিংদুবু। অসুম লেপ্তনা খরা খরা মশিংদোক্লবদি মরাইনা লোইজরক্লনিদা। কেতুকি মপুল্লিং নুংশিরকই। কয়াদি নুংশিরে মমৌগী মতৌদো। নোংঙানবগা নঙ নঙ লাওবা শঙ্গোম, ইরুজনবা লুম্বু লুম্বু শাবা ঈশিং। চন্দোল চবা থিননবা চন্দোল লুবাক। মমৌ লাকপদগী বাজরম্বা পুম্নমক কাউপ্রে। মখুৎতা হামদুনা চাপ্রে।

হোয়, ইমানবুদি হায়বিরি। নচানা পামজবদি মীগীশি হান্না শিং নান্না শিংদোকখ্রগা কোন্না তপ্না তপ্না অমমম মথং মথং মখোয় তাম্মোগী তলব ফংলকপদা শারগা লোয়রদুবু। মমৌগী বাঙাংদু তারগা মরক্তা য়াওবা বাহৈ অমখক্কী চমন্নবা অমা য়াওনা হংলকখি।

ঙাইখো লুপীমচা নঙনা হেক হেক পল্লীবা, মখোয় তাম্মো হায়বসি কনানো ইমোচৌবদি মমিংত ইমোচৌবা কৌজবনি। মখাদা মনাওসু মচলসু তাখিদে। মাগা মচেগদনি ইমানা পোকচবদি।

কনানা খঙনেগে, মীনা হায়নৈ হায়দুনা ঐসু হায়বনি। মনেমগী বাহং তারগা ইখি খিগৎনা নোক্লগা হায়রকখিবনি।

থিদা অপঙবীশিদিয়া, মনেমসু ইশি শিথনা নোকচখি।

হৌজিক মতমগী মৌ অনৌবিশিংসি হেক লাকপগা চাকখুম মশিং হেনগৎপরা নংত্রগা করিনো অমদি হেক্তা মতৌরিবশিংগী মরক্তা মসিগুম্বসু থোক্তবদি সত্তে। মবোক মচানা লৈথোরকপদা বোবোচাদি মনাক্তা লৈরমদ্রে। মহাক মতোমতা বারী লিসু লিরম্মী, তাসু তারম্মী ॥

# কিহল্লবসু কিবিদবা লৈকো

ওফিসকী কানি, থোংজিন্দা লময়মসিগী চংনবীনি হায়দুনা ব্যবহার তৌখিবনি।

"পাবুং ঐখোয় অমুক্তা ...।"

"উং, ঐ নখোয়গী নমাদু লৌবা পাবুংনি।" ওস্থোক্লা শাওগনগ্রবা হায়বদুনি। হঙ্গৎনা য়েংলক্তে, মখুম হাংদোক্তবা কলম অমনা জিবি জিবি ইল্লগা ফাইল অমা যাম্না কন্না পাবি।

"পাবুং ঐখোয় অমুক্তা ...।"

"হৈয়া, অমুকসু হায়রিনহে, পাবুং কায়না।"

"সোরি সার, ঐখোয় অমুক্তা চংজরক্কে।"

"য়ানি চংলকউ" হঙ্গৎনা য়েংলকত্রি হৌজিক ফাওবা।

"সার ঐখোয়না লাকচরিবসি ...।"

থবক কায়হল্লীবশিংসিবু কনা কনানো হায়বগুম য়েংখৎলকই। তবোং তবোংলবা জেকেট অমমমগা মায় খঙ্বী তুপী অমমমগা লৈরল্লীবা মওংদু উরব্দা কিবগীরা নৎত্রগা শাওনিংবগীবা নাতোন নাকচি অনিদুদা হুমাং মরিক মবিক কারকখি। মখুৎ ওইনা রুমালদু ফুরিখাওদা কোয়মা মাবি।

পাবু... সোরি সার, ঐখোয়না লাকচরিবসি ঐখোয়গী অহলশিংনা সারদগী এল অহুমদং লৌরুচো হায়দুনা লাকচবনি।

"অহল হায়দি, অদুগা এল হায়রিবদুনা করিনো?"

ঐখোয় ... দুগীনি। অহলশিংনা সারদগী লুপা লাক্ক অহুমদং। লোইফাৎত্রিঙৈদা ঙক্কুনা লাওখৎলকখি। লুপা লাক্ক অহুম, অদুক য়াম্বা পৈশাদি ঐদি কদায়দগী লৌরুদোইবা? লৈতে লৈতে চৎলো কনাগী অহলনো মশক্তা অমত্তা খঙদে।

য়াম্না ফিংনা চৌক্রিন্দগী হৌগৎলদুনা শাওবদা লুতোন শাংলবা মী অমগুম হায়রকখিবনি।

"নত্তে অমুক্তা ফিংগৎপিখিগনু।"

য়াম্না প্যান তাবা মওংদা মুপা মচা অনিদুনা হায়রকখিবনি।

"সারগী বেঙ্ক একাউন্ট অনি'হুম লৈরিদুদি?"

"করি? ঐগী বেঙ্ক একাউন্টস্ নখোয়না লোয়না পায়রবরা?" অশাওবী হায়রকপগুম শাওগৎলকই এস বি আইগীদুনা লুপা লিশিং অনিখক্তা করিনো লৈরমগনি। হাপচিন্নুবসু ওমদে, লৈথোক্কদবসু একাউন্ট ক্লোজ তৌবা নত্তনা উপায় লৈত্রে হায়রকপদগী মথা শাদুনা লৈরিবনি। ইউ বি আইগীদুদি লিশিংবু ফারম্লরোই অদুগা নখোয়না বেঙ্ক একাউন্ট কায়না হায়জ শাবিয়ে। য়াম্না শাওনিংনা নীংবা কায়বা অমগা লোয়ননা মথা শমথরকখিবনি।

সি ওফিসদি, ঐ থবক য়াম্না চিন্নী বেঙ্ক একাউন্ট পাম্লগা হোরেল্লা হয়েংলা য়ুমদা লাকউ। পাসবুকতুদি ঐ কোয়পু পুরগা চৎতে। হায়বা লোয়ফাৎত্রিঙৈ হান্নগুম মমায়দু লুকৎদুনা ফাইল পাবা হৌখি।

অহলসি ওসিদি য়াম্না ফিংগ্রে, হান্নসু ফিংলমগদ্রা! থবকসু য়াম্না চিনবা মাল্লী। হয়েংলা করিনো য়ুমদা ওইনা চৎলসি হায়নবগী মতাগুম অনিদু মমিং খংনখি। "হয়েং ওইনা য়ুমদা লাকচরগে" হায়রম্লগা থোকখি।

মমা ইবেথোয়, মচানুপা অতোনবগী স্কুল ইউনিফোর্মদু হয়েংদি অঙৌবা সেংকদবনি মোংলে সুদোকপিয়ু হায়বম্বদগী ফুরিং অমগা খোংগ্রাও অমগা সুদোকপা হোংনরি।

"ইমা পাবুংবু লৈবিখিদবরা?"

"এ, ইবুংঙোখোয়বু কদায়রাইদগীনো?" অমুক্তা উখিদ্রিগুমই, হনগৎনা য়েংলগা হায়রকখিবনি ইবেথোয়।

"হোয় উবিরমখিরোই, ঐখোয় পাবুংগা বারী অমত্তা"

"য়ানি য়ানি ইবুংঙো" হৌজিক্তা লৈরম্বনি ইমা য়েংলক্কে হায়রম্লগা ফমফম কাদুদা মখুংনা থিল্লম্লগা ফম্মু ফম্মু হায়না হায়না ইমুংদা চংখি।

"কনানো নুপামচা অনিখক লাক্কইয়ে"

কনানো য়ুমদা লাক্লীদুবো, ঐনা য়ুমদা লাক্কনু হায়রগা। থিকাদাব ওইরবদি ওফিসতা লাকউ য়ুমদা লাক্কনু হায়খো। ক্লবকী অঙাং শেনখায়বা কাংবুদু ওইরগনা তলব ফংগ্রি, হেক ফংবগা ক্লবতা ওইনা থিল্লক্লগে হায়খো। হায়রক্লীবা ৱাফমদু তপ্পকা ঙাঙদে, ওস্থোক্লা হৌনা ঙাঙগ্রপোৎনি। নুপামচা অনিদুসু ফমফম কাদা ইরাউ লাউনা লোয়নমক তারি।

নংতেমী, অঙাংশিংসি নহালমখে লাকপা ক্লবকী অঙাংশিংদু মান্দে অদুগা থিকাদারসু ওইরমদৌ ...। ওস্থোক্লা ফিংসু ফিংখ্রেদকো কৈনো ৱা'মতা নীংথিনা ঙাঙনবা য়াদে হায়রল্লগা ঙাঙনা ঙাঙনা অমুক মপান থোকখি।

থোরকঅনি থোরকঅনি, ঙাইহাকতং ফম্মুকো ইবুংঙোখোয়। ইবেথোয়না হায়রকখিবনি।

মখুৎতা খবর অমা পায়রগা পরপ পরপ থোরকপদা নুপামচা অনিদু ফমদুনা লৈরম্বা উখি। ঙাইখো ঙাইখো হায়রল্লগা অমুক হন্না চংখি। মখুৎতা পাসবুক অনি'হুমদু পায়রগা তম্থোক থোরক্কুনা মখোয়নিগী মমাংদা পুব লাওনা থাদরকখি। অদুগা হায়রকখি।

"সে লৌজখ্রো, নোয়গী লোইনা ওইরো অদুগা য়াববা নংত্রা?"

"সার অমুক্তা শাওবিখিনু, ইংনা অমুক্তা ঙাংনখিসি।"

করি শাওদদি, তলবনেনা খজিক্তং চাজরিবসিনা কোন্নবসু নত্তবা।

মীদৌনা... থিকাদার মহাশিংদুনসু য়েংশিলমল্লী হায়দুনা ঐবুদি কানগদগী মথকলোমদগীত তথৎলকই। ওফিসকী থবক ঐদি মীদৌনা য়ুমদসু সুদেনা। হয়েং সেম্বীরমদে হায়খিনি হায়দুনা মপান্দা অঙাং অনিখক মহৈ তমহল্লীবদুসু মীরমদুদা মখোয়না হংফম পুফম খংলোয়কো হায়দুনা ঐনা স্বায়দগী মরুপ মপাংশিংদগী পুবগা লংবগা লেপ্তুনা থানবা হোৎনবদা মীগী মরলনা মপান থোকপা ইক্কাইবা অমা য়াওরে। সিদা তল্লীবা অতোনবসিদি স্কুলগী ভান ভারাদুফাওবা সোৎলিবসি থা অহুম সুরে। এমবেসেদর কার অমনবা'মা লৈরিসিফাওবা থাও হাপ্পগা তোংবা ঙমজদ্রে। সরকারগী গাড়িদুসু মন্ত্রীনা ঐগীদু

নংত্রবদি লৌনিংঙাই লৈতবগুম হেক মরৌখি। অমা পিরক্কনিদি মহায় কুইরে, সুংপি পিরকপা মরৈতে। লৈকায়গী পোৎপাং, শেনবাং ময়াম অমা, অদুদগী ক্লবকী হাওসিগী চেরিটিগী স্পোর্টকী ইজৎ ঙাকপদা ফি মাংগদৌরে। মসিদবু নখোয়না অমুক লাক্ষ অহুম কায়না ইরায় লাইনা হায়রিয়ে, মসিদবু শাওনিংদনা কদায়বাইদা শাওরুদোয়নো? ঐদি লৈতে পিরোই। নখোয়না পীদা য়াদে হায়রগা অঙাংগী থানবা ঙরাং মীঙোন্দগী পুবকপা লুপা চাতরুকখক লৈরিসি তংখায় অমা পুখরো। মসি মঙাইরে ঐগী ঙম্বা হায়ববু।

নুপামচা'নিদু তুমিন্না তারম্লগা য়ামনা ইংনা তপ্পা হায়রকখি।

রমায়ন, মহাভারত লিদুনা এক্টিং খরা তৌরগা ঐখোয়না তুমিননা চৎখিগদবদি নংতে। ঐখোয় ওদর অমগী মখাদা লাকপনি। অদুগা ব্রা য়াম্না ঙাওনবসু দরকার লৈতে ...। ইংনা তপ্পা তেনসিনবা ব্রাহে শিজিন্নরকখি।

ব্রাহে ব্যবহারসিদি, অশেংবনিসু খঙদ শাশিন্নবনিসু হায়ঙমদ অদুক কনবা ওদর পুদুনা লাক্লীবনিনে। ফরে ফরে অদু ওইরগনা ঐবু কাপপো হাৎলো মদুনা খরা ব্রাই'মা শংলনি। ঐ শিগ্রবদি পৈশা খরদি সোয়দনা ফংলনি। মদু ঙাইরগা লৌগে লৌরো। হিংহৌরিবা ইমুংগী অঙাংশিংসিসু লাইনা তম্বা থোক্লবা'ম লাকচরনি। কাপ্পা ঙমদ্রগা ঐ ইথক্ত কাপচগে কদায় নোংমৈগা য়াওরকপরা ঐঙোন্দা পীয়ু হায়দুনা মমিৎ অনিমক কোরি কারদুনা কম্না লাওরকখি। কাপপো হাৎলো অদুগা নখোয় পেল্লো। মশা পুম্বা থক থক নিক্তুনা চোংসিল্লকখি।

থেমদুনা য়েংলবসু পেৎখদে, কিহন্দুনা য়েংলবসু কিবিদে, মসিবু করম্বা মীদানো খন্নবগুম নুপামচা অনিদু মমিৎ খৎনরগা লেপখৎলকখি। অদুগা হায়রমখি।

"নোংমা অমুক লাকচগে, ঙসিগীদি চৎলগে।"

অমুকসু মখোয়'নি, তপ্পা য়াম্না তপ্পা ঙাংনখি। কিহল্লবসু কিবিদবা লৈকো॥

# লাল্লিবসি কনানো

"সে, সি লৌশিল্লু।"

পোৎশক উদনা য়োল্লিবা ময়োম অমা পীরকখিবনি।

"করিনো অদুবু?"

"কৈসু নত্তে, লৌদা লৌশিল্লু।"

"করিনোসু খঙদবা পোৎতুবু কবম্মাইনা করিগী লৌশিনগদৌরিবা?"

হায়দোক্লবদি লৌশিল্লু য়াররোই খঙলদুনা হায়রকখিবনি।

"শ্বালনি কাশ্মীরদগী নঙগীদমক্কী খন্দুনা লৈরকপনি।" য়ারব্রা?

মাগীসিবু ময়ুম য়ৌরুদ্রিবজাৎলা, মাবু করিমত্তা খঙদ্রিবরনে? মথন্তা খল্লিঙৈ মখা শমথরকখি। "নঙসি করিনোমা ইতৌ তৌই নহালমখৈগা ইমান মান্নদেকো।"

"মান্নরোইযে, মান্নফমসু খোঙ্গে, নঙে যুম চংলুদ্রিবরা তৌরিসিবো?"

"হোয় চংলুদ্রি, য়ুমদি হৌদোংনা চারম্লোয়, নঙ অমুক্তং উনিংদুনা নাক্তা হান্না লাক্লিবনি।"

য়েংজনিংদুনতা লৈজনিংবা শক্তমদুনা মাংদা চং চং লেপ্লরবদা মঙগুম হাগুম হৌপ্লবা অমদি তুংদা ওইরক্কদবশিং খল্লুরগা মমিৎতু শিরাংনা পুমথন থনখিদুনা ব্রা ঙাংথোরকপদা লৈয়েং শেংলক্লে।

"ঐ লৌররোইদা, ইনম্মদুগী ওইনবা থম্বীরো।"

"করিনো ঙসিনা করম্না নুমিৎনো?"

"নঙ খঙদ্রিবরা? য়ুম য়ৌরগা শোইদনা খঙলগনি..."

ফরেসে পরপ পরপ লৌশিল্লো। ঐ য়ৌক্লে ফোন তৌখ্রবনি, থোঙ্গালদা

পরেং শানা ঙাইরল্লগনি। নমদুনা পীশিল্লল্লগা চংখি। হুয়েং নুমিদাংঙ্গাইরম অমুক লাক্লে হায়রম্মী।

য়াম্না ঙ্গায় হায়ফম খঙননা ঙ্গায় মাগী ইচমদা চমজবা মতৌসিদা অমুক্তা হেন্না ঙ্গায়, অদুবু ময়ুম য়ৌদুনা পূন্নমক খঙলবগী মতুংদা মানা ঐবু করম্বা মীংয়েং অমগী মখাদা য়েংলক্কনি। ঐ মদু খল্লুবগনা হেন্না ঙ্গায়। ঐগী নুংশিবদি লেংদনা অমর ওইহৌনবগীদমক ঐ কংথোকপা তাই। মখোয় ইমা পাবুংগী অপাম্বদা ঐনা খুয়ৌ থাংহল্লোই। মচিনবালথোংদা শোঞ্জবতনি। থম্মোয়নুংদনি মরৈ লিশিং লিশিং তমদুনা লাওনা খোংনা অশঙবা অকংবা থিদনা চীংমায় খোন্না চাক্লকপা লাম্লেগুম মৈহৌবকখি। ঐনা মবম ওইদুনা চমজববা ইমা পাবুংবু মৈবক্তা লংশিল্লল্লরোই চপ য়ুংনা খনখি।

য়ুম য়ৌরে। খোঙ্গালদা পুন্নমক অমত্তা চিখদনা মাবু ওক্লমই। লেয়নমক মোমোল মোমোল তৌই। মহৌশাদগী তোঙালি। মপানা হায়রকই।

"ইচা য়ৌরক্লেদনা, ঙসাইনা লাক্লে হায়রগা কদাইদা অমুক পল্লুরবা?"

হৈ! কনানো'মা মৈ ওকথোক্লবা তৌনে।

পুন্নাং লাংবদুগী মবক্তা লৈদুনা য়েংখিবা খুদিংদা ইনৌতা নৌই। অনৌবা মচু মচু কয়ানা লৈতেংই। অনৌবা গল্লা কয়াদা অনৌবা মচু মচু কয়াগী লৈবাংশিংনা ফুগাই-ফুগাইনা শাংলমই। য়াম্না খঙনিংনা অওনবদুগী মরম হংলকখি।

"পাবুং ঐখোয়গী য়ুমশিবু...?"

ইয়া, কেপ্টেন বনবিরগী য়ুম্লিদনা। কোন্না ইপা ইচা নমাগা পুন্না ঐখোয় অহুম ঙ্গাবি শাশি। নশাদু অমুক্তা ইরু মাইথজথোক্লু।

তশেংনা ঙকখি। মহৌশাগা ইমান মান্নদে। ঙসিদি ইম্ফালদা হেক থুংলবগা মহৌশাগা মান্নদবা ঙাক্তা থেংনৈকো খল্লি।

রনবির শান্নবদগী আর্মিদা চংখিবনি। এসিয়ান গেমসতা গোল্ড মেডল অমা লৌরকপদগী কেপ্টেন ফমথোন পীদুনা ইকাই খুম্নখিবনি। হৌজিক্তি কেপ্টেন ওইরে।

নুমিদাংবাইরম শ্বাল মপুগা উন্নবগীদমক মপাগী কারদু যৌদোরকই। মমানা হায়বকখিবনি।

"ইবুংঙো য়নবির, থেংলক্কনু মতম ফত্তেকো। ইমা ইচা ব্রারী শাগদবসু য়াম্না লৈকো।"

"হোয় ইমা ঐ কুইজবক্লোই।"

শ্বাল মপু লৈবমদ্রে। আসামদা চৎখ্রে হায়রকই। নীংবা কাইনা পাউখুমবিনবা লৈতনা ব্রাহং চাম্মা-চাম্মা হংলদুনা যয়ুমদা য়াম্না লাংতক্লনা হল্লকখি। মমানা হায়বকই। ইচা হল্লক্লবরা? লাউ, ইমাগা ব্রারী শাশি লাউ।

ইমা ঐ য়াম্না হৈনিংদে, কোন্না শাশিবা ব্রারীদো হায়রল্লগা মাগী কা তম্না চংখি।

মমানা তান্নরক্লনা হংলকখি। ইচা কৈদৌরে? ইমাদা হায়য়ু!

ইমা! ফমুংদা মমায় উপশিল্লগা হায়রকখিবনি।

হৌগৎলু ঙাওশিন্ননু ইমাগা ব্রারি শাশি। য়েংঙোই নঙনা ঙরাং নপাবুংদা হংখিবদো ইমা পাউখুন্নগে নিংথিনা তারো।

নঙগী পাবুংনা মীযাম অমা নেক্লনা লম-তু শেংদোকহন্দুনা য়ুমগসে মচু-মচুনা লৈতেংলিবসি নঙ খঙলবরা?

"খঙদে, ঐদি ঙরাংনা হঙখ্রদুবো।"

"কনামত্তনা খুন্বীদে নত্রা, লুহোংবগীনি কোক হায়র লোইরদুবু।"

"কনাগী লুহোংবা?"

"কনাগী ওইনি, ইচাগীনিদনা।"

"ঐদি কনাগা লুহোংগদৌরিবা, ঐঙোন্দসু হান্না হায়সু হায়রমদনা।"

"ইচাদি পীক্লিঙৈদগী মমা-মপানা হায়বা ইন্দুনতা লাকখিবনি ঙসিসু ইনখিগনি খন্দুনা নপাবুংগা ঐগা খন্নরবা মতুংদা দিআইজি অঙৌক্তোনগী মচানুপীদু ইমৌ ওইগদৌবিদনা।"

"য়ারোই, ইমা মদু খক ওইখোকপা য়ারোই অত্তে অত্তে ওইরবদি ফৈ। অদুমদি ঐ খক য়াবা ওন্নোইকো হায়জহৌরিসিনিকো।"

"য়েংঙোই রনবির মদু য়াবা মতম নত্রবনি। ঐখোয়না নঙবু কৌথোক্লি বসি থৌরাং পুম্বা লোইরদুনা নুমিৎ লেপ্লবা মতুংদা নঙবু কৌথোক্লবনি।"

"খঙদে ইমা, সিফায়গী ইমুংনি, নো কোইশন, দু ওব দাইগী ফিভমদু তৌরগনা হয়েং মৌদু নখোয়গা লৈজহৌবা অবনি।"

মচাগী বাঙাংদুদা থোইনা নুনা খঙ্গিল্লদুনা মোমোল নোক্লদুনা হায়রকখি।

"অদুনিদনা ইচাসিদি।"

রোশনি ক্লাস টেন ফাউবা এলএফতা তন্নমই। টেন লোইবদগী দিল্লিদা তমখিবনি। মীতৈ মচা অমত্তগা ইরোয় লোয়নখিদে। হাম্নদি য়াম্না ইং তপ্লম্বনি। হৌজিক্তি মীতোপশিংগতা লোইনখিবনা মীতৈরোল ফাওবা কাউথোক্লে হায়বা য়াই। য়ুমগী মীগা ফোন্দা ব্লারি শাবা ফাওবা ইংলিশতা ঙাক্তা ঙাংনখি। মীতোপ পাখঙ অমগা হুইগা হৌদোংগা ওইরম্লবসু অসুম অসুম লোয়নরকপদগী হৌজিক্তি লুহোংদ্রি হায়বতা ঙাইশিল্লকখি। নুপাদুদি প্রাইভেট কম্পনি অমা লিংখৎতুনা নিংথিনা শেল পায়জরবনি। রোশনি মাষ্টর লোইরগা পিঐচদি তৌথোকখিনি। মণিপুর থোক্লিংদ্রে হায়দুনা লৈথরকখিবনি। মমা মপানা কেপ্টেন রনবিরবু ময়ানুপা ওইনিংমনবদগী মঙোন্দা অকুপ্পা পাউ হায়দোক্তুনা নমদুনা কৌথোকখিবনি। হয়েংদি ইম্ফাল থোকখ্রগনি হায়দুনা পার্টি অমা শিনখি। অরোন অথুপ অমত্তা খাক্তনা পার্টি তৌখি। নোংঙাল্লগা জে:সি: না ইয়ারপোর্ট ফাউবা থিন্দোকপীরকখি। কম সুন মাই স্বিট হায়না হায়হৌখিবা বিদাইগী খুৎতো হায়থরম্লগদ্রা খঙদে, রোশনি ইম্ফাল য়ৌবকই।

তশেংনা মঙগুম্বা থবক্লি। মঙলানগুম্বা হায়বদুনি হোয় মায় উপায় লৈখিদে। রনবির রোশনিগা লুহোংলে। লৈমখোংদা লৈবা আর্মি ওফিসার কয়াসু লাকতুনা গাদকী সিফাইনা পুমচাই চাইদুনা অঙকপা লুহোংবা অমা ওইখি। তশেংনা লৈবাক কুম্মো ওইখি।

বনবিব অমদি রোশনি অণ্ডাং ওইরিঙেদা মপা মপাগী মতুং ইন্নবকপদা নোংমফাদোক্কদি থেংনবল্লগদ্রা খণ্ডদে। হৌজিক হৌজিক্তি মখোয় অনিগী মবক অমনা অমগী মরমদা ঈশিং মনুংদা লৈরা ঙাঙ্গল্বনি।

নুপী ওইবীশিংগী পুন্সিদা খ্বায়দগী কেজবা ফজবা নুমিৎসি লুহোংবা নুমিৎনি। চিনবাল মযাদা শগ্নু অমগা নন্নবসু ইফনা ফজবা নুমিৎনি। নোংঙাল্লগদি শগ্নু মাঙখিবসু মশ্রাউরমগনি।

লুহোংবা লোইবদুনা কৈন্যা থিল্লকপ্রবা মতুং, আর্মি ওইজববসু নোংমতা যু কবিনো খণ্ডনা থকখিদ্রবা রনবিব ঙসিদি হায়ফম খণ্ডদনা যু থকখি। যুগী নিষাদা লোম্লোক্তবা অশাবা লেং-ওৎপা ঙমজদ্রবা মুর্তি অমগুম নোংঙানখিবা খণ্ডহৌদ্রে। পুন্সিদা অনিবক থোক্লবোইদবা লুহোংবগী নুমিদাংদো পাউদমফম খণ্ডদনা মমি শামখি।

মমা-মপাগী হক্লবা য়াথংদা নুংশি কাইন-শেংনহনবীখি। লৈম্লে ঙানা শাবগা খাংদগী চোংথরক্লগা মৈনুংদা তাশিনবগুম থোকখি। বোশনি আশা কযাবু মীনল্লল্লগা আশা অমগী ইপাক্তা তাববদা ইবোইনবা খোঙ-খুৎ পুম্নমক পঙথরক্লবা উপাই লৈজদ্রবী হায়বদু ওইববে। নিংথিনা লৈতেংলবা শুক্লাৎলবা কাদুগী লৈখল ওইনা কোগোন্নবা ফিজোলনা ঙাল্লবা মৈঙালদুগী মবক্তা য়েংবীনবা মেলাদা উৎপগুম থেল্লদুনা উৎচপ্লবসু য়েংবীনবা লৈতবনা উৎলুবগী কান্নবা ফঙখিদ্রে। পুম্নমক অবেল্বা তাবে।

নোং ঙাংকুং ঙাংফুংলকপদা ট্রক্কোল অমা খিংলকখি। বোশনিনা টেলিফোন্দু থাঙ্গৎলুই।

"হল্লো কেপ্টেন বনবিব।"

"যেস প্লিজ"

নুপীগী খোঞ্জেল ওইবম্বদুদা হায়বকখিবনি।

"প্লিজ হেন্দ ওভবদি ফোন।"

"তাবিবিববা, শোমগী ফোন্নি" বোশনিনা বনবীবদা ফোন শিন্নখি।

"য়েস, খঙনা হৌগংলকই। মখা অরূকখি ফোন্না। কম ইন্মিদিয়েটলি, রিপোর্ট ফাষ্ট।"

"সার, মায় লিভ...

"নো কোইশন" টেলিফোন থমখ্রে।

মঙানি মপাম চার্কৌন্ত্রিঙৈ রনবিব ঙসিমক দিল্লি য়ৌবা তাখি। পোৎয়োম থায়োমগা লোয়নরদুনা অহাঙবা মালংদা দিল্লিগীদমক পাইখি।

সিফাযগী পুল্সি খল্লুবগা ঙবাংতা লুহোংলুবী মমৌগীদমক মমা-মপা অনিমক হায়ফম তৌফম খঙদনা নুংবঙননা লৈখি।

থা ফাজিল্লক্কদৌবে, বোশনিগী হকচাংদা অহোংবা অমা লাকখি। মথন্তা চিংনবকই। ডা: উনবা চৎপদা মতোমতা চৎনবা তাঞ্জা লৌবা ঙমজখিদ্রে। উপায় লৈদ্রে। মনেমবোক লোয়নদবা ইয়া য়াখিদ্রে। ডা: মনাক য়ৌরে। মীৎকুপ অমকাওবা শরক শিখিদ্রে। ডা: না ইচম চম্না হায়রকখি।

"মবোক ওইরবা হায়বদুনিদনা, ইমৌ অহল্লা?"

হোই ডাঃ হিদাক লাংথক ভিটামিন কবি করিনো...

কয়াদা নুংঙাইজববা পুংফমনো, মনেমদুগীদি। অমরোমদা শনজিং কৌবা চীংজাওনা কোকথক্তা নল্লরে বোশনিদি। করি উপায়নো খনফম তৌফম অমা খঙলক্তে। খলহৈদবসু খল্লক্লে।

ইচাশি হিংহলনিংলবদি মহাক... নত্রগা ...

নত্তে নত্তে ঐ থম্মোয় শেংনা অশেংবসি মঙোন্দা হায়দোকপা তাই। মানা ঐবু ঙাকপীরবদি মহাক ঐগী অশেংবা ঈস্বরনি। করিগুম্বা মানা ঐবু ঙাকপীবা ঙমদ্রবদি নুংশিরবা সংসার'সি থাদোকখিবা তাবনি।

হরাওগদবা মীৎকুপ অদুদা পুঙম থাঙমদ্রবা, লাকঙম ফাঙমদ্রবা চৈনা অমনা কন্না ওৎলিঙৈ, মনেম্না হায়রকখি।

"ইবেম্মা রোশনি, যুমদা হল্লসিরা! ইমা নুংঙাইরে, ইশু কাইদো পন্ননিদকো। ইচাদগী ইশুনা হেন্না নুংশি হায়বদো য়েংবা তারেদনা।"॥

# মচু মচুগী সংসার

"নঙবু করম্না মী অমা ওইহনকখিগদগেনে ইমোবা ?" মমানা তৎতনা ইমোবদা ঙাংখিবনি। "মচু মচুনা থল্লবা সংসারসিদা নঙনা অদুম্না উংদুনা ঙাওদুনা লৈথোক্লবদি, হয়েং নঙগী তুংগী পুন্সিদা কবম্না মীবক তিনবা ঙমগদৌরিবগেনে নঙবো ?"

ঙসিদি নীংশিংলক্লে শংশংনা। মমাগী অরোয়বা মতম্না লাক্লবদা চিনবান্দুনা কাংথোকচবদি ঙমজদনা পীরাংতনা থুমহৎলবা মীৎলুদগী শিন্থরকখিবা পীগী ঈরিকশিংনা মথং-মথং মাবু য়েংনা হায়রকখিবশিংদো।

"ইমোবা! ইমা নুংঙাইহরে নখোয় নচিন নৌপ্পানা ইমাগীদমক হোৎনবিবা পুন্নমক উরগা ইমা পেক্লে হায়রফম খঙদনা নুংঙাইহরে। মসি ওইহরমগনিকো জগৎ সংসারদা মচা পোকচবা তান্নরিবসে। পুন্নমকসিগী মথক্তা নঙতা মী অমা ওইনা ফিরেপ চুম্না লেপহৌবদো ইমাদি উবা ফংগদবা মান্দ্রে। ইমোবা নঙ ইমাবু য়ারৌগনুকো ইচাগী অপাম্বা নমানা ননীং থুংহনবা ঙমখিদরেকো।" হায়গুম্লদনা তখুই তখুইরবা মায়থোংদুদা লেপ্পা লৈতনা শিন্থবকখিবা পীরাংশিংনা মরোল লোনখিবদো।

লাইরিক লাইশুদগী শান্না খোৎনবনা হেন্না থৱায় য়াওই ইমোবা। মসিদনি মমানা ময়ামগী মরক্তগী মাগীদমক্তা হেন্না য়াজখিবা। ঈশ্বরনা পীথোরকপা হায়বদুনি মকোক মথং ওইরক্রবসু ফেল হায়বদুদি খক ওইরকখিদে। অদুবু শান্নবরোমদদি মহাক অঙাওবা অমা হায়বদু ওইহরে। হায়নবসু লৈ। মীনা ফাওরকপসি মাগী সিনফমদুদা অঙাওবা ওইরবা মতমদতা অফাওবা হায়বদু ওইরকই। ইমোবসু য়াফমসিদগী লিৎখোকপা ঙমখিদে। নোং হেক ঙানবগা কনামত্তা য়াওদনা মথন্তা ফুটবোল অমগা লোয়নদুনা লৈখি। মথক থোংবা লাক্লবসু শান্নমিন্নগনি। মখা থাবা লাক্লবসু শান্নমিন্নগনি। কনামৎতা লাকত্রবসু মতোমতা শান্নগনি।

অসুম শান্নরম্বদগী সেলেক্সন মথং মথং ফংদুনা মথং মথং শান্নবা য়াওরব্বা খুদিংদা মীনা মশক খংবা মমিং লৈবা শান্নরোয় হায়বদু ওইবা হৌবক্লে। শান্নরোয় অমা ওইজরবসু তাইবঙ সংসারগী চংনবী তন্নুদনা হৈরকপা ইনশিল্লবা য়াওদনা খোংদাবক্লে মখল মথেল মচু মচু কয়ানা থল্লবা নুংশি হিদেন্দা।

নোংমা, করম্মা থেংনখি, নীংশিংবা থোকখিদ্রবা ঝাকম্মী। অদুবু মঞ্জুশ্রী ইমোবগা থাদোক্নবা লৈতনা অয়াম্বা মতমদা লোয়নরকখি। মখোযনিগী লোয়নবিবা মওং মতৌদুদা কল্লকপীনবা মীগী মশিং যামশিল্লক্লে।

টুর্ণামেণ্ট অমা শান্নকবদা ইমোবগী টিম্না মায় পাক্তুনা য়াম্না হবাও নুংঙাইনা মযাম হল্লকমিন্নখিবনি। হরাও নুংঙাইবগী ইপোল্লক্তা সোয়য়্নু তমখিবা মাগী লাইবক হায়বদু ওইরমাল্লে। থৌবা খুৎলোয়দ্রিবা কার অমনা থেংজিনবদা ইমোবা শোক্লে। খৌরম্নীবদু নুপী ওইরম্বদুদা লাকমিন্নরিবা পুম্নমক মখুৎ মশা পোরোক পোরোক থেক্তুনা খাঙলগা নুপীদুদা য়াম্না থিনা থিনা অকনবা ঝাহৈশিংনা ঙাংখি। তৌগে খন্না তৌখিবদি নংতবা থৌদোক্তুদা চেন্নরিবা নুপীদুদি ময়াম্না ঙাংবগা চৈবগা তৌবকপদা মা ওইনা লেকথবকখি। মখোয়নিমক পুন্না হোস্পিটালদা পুখৎলে। ঙাইহাক লৈরগা নুপীদু হিক হিক কপ্পকখি। কোয়রে লৈদুনা য়েংলগা অমুকসু যাম্না পাখৎচনা হংলকখি।

"কদায় কদায়দা শোকই?"

"পাখৎকনু, কৈসু য়াম্না শোক্তেদা।" মোমোল মীনোক অমগা লোয়ননা য়াম্না থৌশাদনা ইমোবনা খুল্লকখিবনি। নুপীদু মথক্তা মখা তানা হিক হিক কপ্পকখি। ডাক্তর চংলকই। এক্সরে অমত্তংদি লৌথোকসি হায়রকখি। অসুম্না শোকপসি ইমোবদদি মশীং খঙখিদ্রবনি। অদুবু হন্দক্কী'সিমদি মমাংদা শোকখিবগা ইমান মান্নখিদে। এক্সরে লৌরে। ইমোবগী মখোঙ ওয়গী খুবোম মনুংগী শরুদু ফ্রেকচর ওইরে। লাইবক ফরগদি থা অনিমুক্তী চঙলবা য়াই হায়রকখি। ফৈগনফাওবা প্লষ্টর তৌরে। মতম খরদি ইমোবা শান্নবা লেপ্পা তাখি।

পাউ হেক তাবগা মঞ্জুশ্রীসু ইমোবগী মনাক্তা লাকখি। ইমোবগী ওইরম্নীবা ফিভমদুদা য়াম্না খোয়বাংনা হায়রকখি।

"মাম্বথকপীদুদি লাক লাক্লা, কবি লমদগীনো?"

"হে মঞ্জু ঙাইহ্খো, মাসু তৌগে খন্না তৌখিবদি নৎতমাল্লে। হিদাক লাংথক অচংবা শেল পুন্নমক হায়নবা নংদনা মামা লোয়না পুথোক্লী। নঙ শাওগৎখিনু ঐগা ইঙনা ব্রারী শাখিসি।" খাম্বা য়াদনা মঞ্জুশ্রীনা মখা তাবকই।

"তৌসিন্নবিনি মাগীদো, মহা তৌ'ঙম্বী সোযদনা ওইবমগনি।"

"নত্তে নত্তে মী কনাসু অশোযবা থবক হাযবসে খক তৌনিংলম্লোয। অদুম্না খক হাযগনু। মসি ঐগী দসা ওইবম্বসু যাই।" ইমোবনা যাম্না তাসিন খোমজিন্না হাযবকখি। ফনা কুইনা ফন্নল্লবা মতুংদা মঞ্জুশ্রীসু অমুক হনখবে। ঙাইহাক লৈবগা নুপীদু অমুক চংলকই। যাম্না নীংঙমদনা হংলকই।

"চিকপবা? যাম্না নাববা? সিদা লৈবিশিংসি নৎতবা অতে কবি চানিংবা লৈ?" তৌফম খঙদ্রবী অমগুম মশাদু ইতাও তাওই। ইমোবা মোমোলতমক নোকই। পাউখুম অমফাওবা পীদে। মানা তৌবিবা মওং মতৌদুদি মীৎকুপ্তনা যেংলি। অদুগা হায়বকই যাম্না তপ্না, মী তাখিনি মতাগুম।

"খবা নকসিল্লকউ ব্রা অমত্তা হায়গে।"

"নঙগী মিংবু কবি কৌবগে, চহিদি কযামুক সুবল্লগনি?"

"ঐগী মিংলো সুনিতা, মযাম্না সুনি অদুম কৌনৈ, চহিদি খঙদে।"

তৌফম খঙদ্রবা পুম্নমক হন্দোক্লগা মোমোল নোক্লগা খুল্লকখি। যাম্না লৌথুপ লৌকোই লৈজদবী মাল্লী সুনিতা। অদো, ঙসিদি ঐ অমুক হল্লুখিগে হায়রল্লগা হনখি। মশাদো করিনো অমদা ইতাও তাওখি।

থা অনিমুক হৌখ্রবগী মতুং নোংমনি। "তাইমোবা নঙ চৎপা ওল্লবররা? খরা খরা অসুম চৎতুনা শান্নবা ফৎতবরা?" মঞ্জুশ্রীনা হংলকখি। ঙসিদি ইমোবা মহৌশাগুম মোমোল নোকপা মায়থোংদু লাপ্না থমখিবগুম মকা ইরাম লামদনা খুল্লকখি।

"খঙদে মমাংদা শোকপগা হন্দক্লা ইম্মল মান্নদে।"

"হায়বিসিবু...?"

"হোয় ঐ চৎপা...।" মঞ্জুশ্রীগী মায়থোং খঙহৌদনা মকসিল্লকখি হেন্না হেন্না মকসিল্লকই। লোনথোক্তবী অমগুম করিগুম্বা ৱাহৈ অমৎত মখা তারকখিদরে। মাগী থম্মোয়দা করি খল্লক্লবনো খঙদে। অসুম্না নুমিৎ অদুদগী মখোয়নিগী মরক্তা লৈনরম্বা মরিদু অখাং কন্না ফুগাইনা শাৎলম্লবসু লৈপাকলৈনা মতম লোইহনবদি কংসিল্লকপগুম, নীংথম ঈচেলনা ঈরৈ পিকশিল্লকপগুম পিকশিল্লকখি মথং মথং।

সুনিতা ইমোবগী মনাক্তা লাকই। হান্না পুরকপ্রবা নৎতবা, অনৌবা অহাওবা, হকচাংসু ফগদবা পোৎ অমদি পুরকতবা য়াওদে। ইবুংঙোসু হায়দে, তাম্মোসু কৌদে, মিংসু পন্দে, নমহায় হায়বদু ওইহমাল্লে মানা তৌরিবসি।

"চৎপা খরা খরা ঙন্নবরা?"

"খঙদে মমাংদা শোকখিবগা হন্দক্কা ইমান মান্নদে।"

"প্লষ্টরনা ক্লইনা ফাজিল্লুবদুদা তৌবা ওইরমগনি। ঐ অমুক্তা য়েংগেসে লেপখৎলু।" ঙসিদি মহৌশাগুম ইকোয় কোয়দ্রে।

"এ..এ.. নঙবু ডাক্তররনে?"

"মান্নে, ঐসু ডাক্তরনে।"

"অওইবগী...।" অসুম্না খঙহৌদনা হৌনরুবা লৈতনা পুন্না নোকমিন্নখি। থংনবা মীৎকুপ্তা সুনিতানা য়াম্না ওইনজদুনা হায়রকখি।

"অওইবনি, নঙনা অদুম্না নুপা থোকত্রগদি, ঐদি ঐগী পুন্সিসিদা য়াম্না নীংঙমহৌদবী অমদি ওইহৌরগনি।" ইমোবনা খুন্নকখি। "করিগীনো অদুক নথম্মোয় হম্বরিবা, অদুক নুপী মানজদ্রিবদি? ঐ করিসু তৌদ্রসিদি" হায়দুনা ফুক হৌগৎলক্লগা লেপখি। খোংথাং অমা থাংগে হোৎনরকখি। খঙহৌদনা তুথরকখি। "অয়ো ইমা।" সুনিতানা ঙাকখি। থেংনখি হকচাং অনি খঙহৌদনা। পাখৎনা হংলকখি-"কৈদৌরক্লীনো? সে নখুৎ অনিদু ঐঙোন্দা পীরকউ। ঐগী লেংবানসিদা চেৎনা পায়রকউ। অদুগা ঐগী মায়সিদা মুন্না য়েংউ। ঐগী মিৎত শিম্বরক্লীবা পীরাংসি নমিৎতু পেন্না য়েংউ।'

"করিনো সুনি, নঙনা ঙসি তৌরিবা মতৌসিবু?"

"খওদে, ঐ তুং হন্না চৎকে, নওসু তপ্না তপ্না লাকউ"

হোয হায়গুন্নদনা হান্নদগী কন্না লেংবান্দুনা কন্না পায়সিল্লকই। খোঙথাং অনি অহুম সুরে ইমোবনা থাংলক্লীবা। সুনি মোমোল নোক্লকই, মীৎলু দীবাং হান্নদগী খোংজেন কন্না শিস্থরকই।

"ফবেসে, অমুক হল্লসি, ঐগী ফমফমদা ফল্লগে। নওসু হনশ্রো ফনা কুইবে নওনা লাক্লীবসে।" ইমোবনা হায়রকখিবনি।

"হোয ঐসু অমুক হনখ্রগে। হয়েং অমুক লাক্কে। হয়েংদিকো নুপা থোক্লগ্মু।" "লাক্কনু, নও লাক্লগা...।" খঙ্গহৌদনা খুমদোরকখি। নীংশিংলকখি।

"ইমাগী ইমোবা নওনা মখল মথেল মচু মচুগী সংসাবসিদা মুর্ত্তি চুন্না লেপ্পদো ইমাদি উবা ফংগদবা মান্দ্রে।"

মখোংনা থোংনা লাক্লন্না মঞ্জুশ্রী পাউথাংনা খোঙ্খাং যৈনা চেনখ্রবসু মহাক লোঙ্খোক্তবী ওইখরে। নুংশিববু মলতিক্লখরে।

ঙসিসু সুনিতা কবিনো ময়োম অমা মখুত্তা পায়রদুনা লাকই। নোকমি নোকমি ইমোবগী মনাক্তা ফমথরকই। অদুগা হায়রকখি। "সে, হৌগৎলো চৎলসি।"

"কদায়দা?"

"ঐগী লেংবান্দা পায়রগা, ঐনা তুং হন্না চৎকদবা!"

"য়ারোই ঙসিদি, নও নতুং হন্না চৎখিবা।"

"অদুদি...।"

"য়েংকা ওইগা চৎমিন্নগদবনি।"

"নওবু ঙল্লগদ্রেনে?" করিনো য়াহংদুবু? ঐসু নুপানি মতাগুম ইমোবনা লুন্না চিংনা লেন্না হায়রকখি। ইমোবগী ওয়দা সুনিতানা চৎশিল্লক্লগা নোককেৎ তৌদুনা হায়রকখি। সে চৎপা হৌসিকো। অসুন্না থাংখি খোঙথাং অমা অনি অহুম... মচু মচুগী সংসারসিদা মখোয়নি কদায়ফাওবা চৎমিন্নগনি হায়দোক্লম্মদবনিনা খওদে ॥

২২/২/১৯৮২

# মীংশিংলকই

মমাগা ঐগা ইতৎ তৎতনা ওংখৎনৈ। শূরু নোম্নুবশিংনা ইকান কান্নরক্লবা ইকোন কোন্নবা ওম্লক্লবা মতমদনি। অমুকসু খঙহৌদনা নেমথনরক্লনা নুমিৎ নিনি হুম্লীকা কৌনদবা, ব্রা লানগা অমৎতা ওাংনদবা য়াওই। মদুনা ওইবদি য়াবকতবনিনা মাসু মানা ওম্বা, ঐসু ঐনা ওম্বা কোয়চেল চেন্দুনা হোৎনৈ। খরা ফংলকপা নুমিৎতদি অদুম্মক হেক মনোকমিন্নৈ।

ঐগী ইচানুপা অতোনবদু লাইব্রিক তম্বদা খরা খোয়জংদে। স্কুল কাবদা চাং নাইগন্দে। ঐ খঙই মানা স্কুল কাগন্দবগী মরমসু। মানা তম্লীবা মফমদু য়ং য়ং লাউবা ওনাল তনালবা পৈশা য়াম্না লৌবা নেক তাই পুনবা শিন্দমশং নত্তে। সরকাবগী স্কুলনি সরকারগী স্কুল। য়ামখিদ্রবা মীংজনশেল খরদংদু পুথোকতুনা মমীং চনবিগদবসু খুদোং অমা ইচা হেক চাদবদগী নাতে অমা ইচা চাদে। কালেন ছুটি থারমদায় ফাওবা মমিং চনবিদ্রি। মসিমসু মরম অমনি। লাইব্রিক্ত হায়রুরগসু অহুম মরিদনি লৈবিরিবা অয়াম্বনা লৈবিবা ওমদে। লৈদবা লাইব্রিক্তগী পাড়া ফারকউ স্বয়রকপা নমিৎতুদি মহাক স্কুল কাদনবা হোৎনরগনি। ঐসু কন্না মাবু ফু চৈদুনা স্কুল কাহন্নবা হায়রুদ্রে। মসিসু অঙকপা অমা হায়বদুনি। লৈকায়গী দেব কম্মগীদি কোয়পু পুরুদুনা পোৎপাংনবা হোৎনৈ। তঙাইফদবা ওইনা পালাদা শেলসু মথারম্মী। ইচাগী অব্রাৎপা লাইব্রিক্তী তঙাই ফদবা অমা ওইনা লৌদুনা হোৎনবিদবসিমক্তী ঐগী অশোয়বনি।

ইচাতোম্বা, নুমিৎ নিনি হুম্লী লাইব্রিক তম্বা কাদে। ঐ তশেংনা নুংঙাইখিবদি নত্তে। নুমিৎতু য়ুমশকৈশনি ঐ লুপা খবা ফংলকই। ইচাতোম্বগী অব্রাৎপা লাইব্রিক খরতদি মরৈবিহৌরগে, অদুগা হয়েংদি শগোলশেলনিনা মমিংসু চনশিনবিবন্নগে চপ য়ুংনা খল্লী য়াহৌবগা মমানা পাখোন হায়বিদুনা খা-ব্রাং খঙদনা কোয়চৎ চৎখি। ঐনা মমাদা হায়খি। অঙাংদু পাখোন থাবা খরা তোকউ। লাইব্রিক লাইসুসু ওাইহাক্তদি তৌহল্লুবা। নোংফাদোক হৈনিংলকপদা ওাংলুবা ঐগী ব্রাহৈদু মমানা থৌশাদনা মতুং ওস্থেক্লগা খুম্লকখিবনি।

"ও! লাইরিক তম্নুদুনা করিবু কাঅথিগদগে?" মোয়না তল্লীঙেদা সরকারগী থবক্তী লোইনা লোইথোকখ্রবসিদবু। অদুই শরুক হৌজিক হৌজিক চিন লেপত্রগা লোইরে। হোরেন করি থোক্কনিসু খঙদ্রবা মতমসিদবু।

মাগীদু থাহৌদুনা পংঙাং ঙাংজরিবনি হায়রবসি ঐসু খঙই। অদুবু মাগী ঐগী কাম্মদবদা অবায় অথুম তৌনিংদ্রদুনা ইপক্ত শোঞ্জবি।

"ওস্থোকপনিদা মমা নঙসিসু!"

ইচাতোম্বা ঙসিদি ইরু ফজনা লুখোকলুরো। ইপানা ফুলদা থিনবিগে। নঙগী মীংসু চম্থোক্লগে, অদুগা অব্রাংপা লাইরিকশিংদুসু থরগা লৈবিবগে। কদায়দগী তাহৌদুনা অমুক খুল্লক্লিবনো খঙদে মমানা মরক থংলকখি।

ও কদায়দগী পৈশাননো? ঙসিদি মচা নুংশিরেদকো। মপা মাল্লেদকো। কদৌরি মচাসিসু।

ঐ খুমদে, খুন্নুদুনা করিবু কাম্নরুগবনো খল্লী। ইচাবু পরপ পরপ লোয়শিনহল্লগা ফুলদা থিল্লী। জেবি হায়ফুলদনি। ওজা মশিং কয়া লৈবনো খঙদে। মঙা তরুক্তী লাক্লল্লে। ওজা নুপাদি অমখক্তনি লৈরল্লীবদু। ওজা নুপীশিংদো মশা মউ তনাল তনাল্লী মমল য়াম্বা ফিরোল ঙাক্তা মাল্লি। লাইরিক তাকপীবদা অঙাংগা য়াম্মা হৈগদবা মাল্লি। চন্দন চব্রানা কয়াদা রাশি লৈনা লৈনা থিল্লীবা। অমদি তুমচিক ফারকত্রবা করিনো কয়া ইহে হৈনিংদনা ফালশাংদুগী ঙাথফমদুদা ঙাথরপ তৌই। মখোঙ নাম্মসু ফালথক্তুদা থাঙ্গৎলি। ফজত্রবা ময়েক নায়বদু সুপত্রেক নাতেকহল্লে। নীংথিনা তিংথোকহন্দুনা ফমুং অমদা ঙাইহাক্তং পোখাহল্লবদি মহৈ ফংগদবা মাল্লি। ওজা নুপী অতৈদুনা হায়রকই।

তাদগী ইচানুপাসিদি ফুল কাবা চাং য়াম্মা নায়দেনে, পাড়াসু...।

হোয় হোয় ইবেম্মা, ঙসিদগীদি ফরনিদা, অদুননী ঐনা থিন[illegible]সি। মমিংসু চনশিনবিরো। লাইরিক অব্রাংপসু লৈজরগে লাই[illegible]লৈবিবা ঙমদবদুদগী পাড়াসু ফারম্লরোই ঐসু খঙই। খঙনা খঙনা তাঞ্জা [illegible]থিদ্রবা হায়বদুনি।

ওজা নুপাদুদি লাইব্রিক অমা য়ান্না মুন্না য়েংদুনা পারি। মমায় ফাওবা হনগৎনা য়েংলকখিদে। "ওজানসু লাইব্রিক করিগী পারিবনো খঙদে।" ঐগী য়াহৈশিংদু তাবদা মাগী লাইব্রিক পাবা কায়রবরা করিনো, খুমজিনখরে লাইব্রিকতো। অদুগা হায়রকই।

-য়ানি ওজা, মীং চনশিনবিগদবা ওইরবদি ঐ রসিট অমা ককচগে। হৌগৎতুনা অলমিরা মনুংদগী রসিটতু লৌথোক্লগা অমুক ফমথরক্লগা আনোকতু লৌথোক্লগা তৈথোক্লি। আনোক্ত লৌথোকখিবদা মমিংতু খংকুং কুংসিনখিবা মাল্লি। চুবাদুসু আনোক মথোক্কী মমি কুংশিন্দুনা ঙৌগ্রোক ঙৌনা তারি। মাবু উরুবদা নীংশিংলকই। অদুঙৈ ঐনা ছাত্র ওইরিঙৈ লাইব্রিক তম্বীরকখিবা ওজা তোমচৌ।

ওঝা তোমচৌ কুচু মুশিল মুই। ফুরিং পুময়াং ওকসম তৎলি তৎলিবা অমা লিংলি। কৈজোম কুঞ্জাদি ফিদুপ মচা নায়না শেৎলি। ইন্নফি অমা থুপচিল্লগা মরেংবান্দা য়াল্লি। আনোক অমা ঊন্নী। মাগী আনোক ক্রেমদু মচু অমুবনি, য়াম্নসু চাওই। মিংশেলদুদি থা থা লাওই। মাগী মমাং চপ চানা মায়য়োক্লরবদি মাগী মিংশেলদা তাবা ঐগী মিসি তেনবংনরদুনা শামু মনাতোনগুম কোল্লি। মখুৎতা শাজৈ অমা ইথা থাদোক্কে। মাগী শাজৈদু কৈদৌবগী পায়রিবনো খঙদে। নোংমতসু ছাত্র অমফাওবদি ফুদে। মানা কাদা হেক চংলকপগা ঐখোয়না লেপখৎলবা মতুংদা ফন্নো ফন্নো হায়রম্লগা পাড়া তাকথবা অদুম হৌখি। লাংনিংবনা লাংই তানিংবনা তাই। মা করিসু হায়দে। লাংদা লাংলক্লবা মতমদা মানা য়ারী অমা লিরকখি।

চীংদুম মচা অমদা নুংপাক অনি'হুম তাদুনা লৈ। নোংমা মুর্ত্তি হক্লুনা শাবা নুপা অমনা মখুৎতা শের্নি নুংথং পায়দুনা লাকই। মানা নুংপাক অমদা শের্নি থাদুনা লাইগী মুর্ত্তি অমা শাবা হৌরকই। নুংপাক্লুনা শেনিগী চৈনা থাংবা ওমদনা লাও খোংদুনা কপ্লকখি। মুর্ত্তি শাবদু উপায় লৈতদুনা তোক্লে। মথং অমদা হৌরকই। শের্নি, নুংথংগী চৈনা থাংদুনা অথাং কনবা অমগী মতৌগুম লৈখি। ফজরবা য়েংবদা পুক্লিং হুরবা ঈশ্বরগী মুর্ত্তি অমা ওল্লে। য়ুংখৎতুনা খিল্লে। মীয়াম্না উনরক্লে।

ধুপ-থাউমৈ, লৈ-শু অথুম অহাওও কংলক্লে। শঙ্গোম শীথক্লে। ফজববা লৈ পবেংশিং হুকপিরে। থংননা লৈমিন্নবা নুংপাক্তুদি মীয়ামগী খোংনেংফম ওইয়ে।

থেংলবা অহিংগী মীচিক মীরাওখোল তান্দ্রবা মতমদা খোংনেংফম ওইববা নুংপাক্লা হংলকই।

ইতাও নঙগা ঐগা হৌফম পোকফম অমত্তনি। অদুবু ঙসিদি নঙনা অথেনপোৎ কয়া হবাও হরাওনা চাদুনা কয়াদা খুযা তুসিংনা চারিবা? অদুগা, ঐনা নঙগী ননাক্তা লাকপশিংগী খোঙনেংফম ওইবে। মখোয়গী খোঙয়াগী উফুল ভৈথোকফম ওইবে। হৌজিক্তী ঐ য়াম্না ৱাবে। মসিবু ঐনা কবি সোয়খিবদগীনো নঙবু খঙববা অমুক্তা হায়বিয়ুবা ইতাও।

মতাও নুংপাক্তুনা য়াম্না চীং লেম্না হায়বকই।

ইতাও, অখাং কল্লু। নঙনা ঐঙোন্দগী লাইবক ফবা হেনখিবনি। নঙনা অখাং কনবা হায়বদু লাপ্না থমখিদুনা নুংঙাইনা লৈবা পামখিবদগী ঙসি নঙগী কিভমসি ওইবকখিবনি। ঐসু ৱাখি নুপাদুনা নুংথং থাদুনা ঐঙোন্দা শের্নিনা থিনখিবদো। ঐ য়াম্না ৱাখি খাংবদা হায়ফম খঙদনা ৱাখি। অদুবু ঙসিদি ঐনা ৱাখিবদুগী মহেনি ঐনা ফংজরিবসি। অদুনা অঙাংশা পোলোয় নুংঙাইনিংলবদি হোৎনবা কল্লু। অখাং কল্লু নহে তম্বদা নপুক্লীং চংউ। কল্লকপা মীহৌবা মীগী মপোৎ হুরান্নিংবগী ৱাখল খক খল্লুগনুকো। ঐগী ৱাবীসি ভাব তাবরা ?

তাঞ্জাদুদা রসিট ককপা লোইরদুনা হায়রকখি।

সি পায়সিনবিবো, লুপা য়াম্থেমঙাদং শীবীরে। অঙাংদু অমুক্তং শেমসি ঐখোয় ময়াম চংদুনা নিংথিনা শেম্বীরবদবু ফরোইদবা কনা লৈবগেনে?

ওজাদুগী মখোল, মৱাহৈদু তারগা কয়াদি মানশ্রে। ওজা তোমচৌ নীংশিংলকই, ঙসিদি শং শং হায়ফম খঙদনা নুংশিরকই ॥

# সেমখিসিক্কো

চৌক্রি অমদা কল্লগা মাংদা সেন্টর টেবল মচা অমগী মথক্তা অঙৌবা চেনা খর ইচায় চায়না শন্দোক্তুনা তারি। নীংথমগী নুংশা য়াইনা য়াইননি। মখুত্তা পায়বিবা কলমদু ইদে, মনিংদু মচিনবান্দা থম্মী। মমিৎতুদি তরংদা য়েংলি। মনাক য়ৌনা চংশিল্লবা ফাওবা রমেশ লাক্লীবদু উদবগুম তৌই।

"ওজা" খংবগুম তৌনা লৈথোরক্তুনা

"ও বামেশ কবি লৈগে?" লাও ফমসি লাও ইউনিভর্সিটিগী প্রোফেসর ওজা চোঙ্গোননা হায়রকখিবনি।

"ওজা ঐ পেপর অমথক পাথোকপা তারি অদুদা...।"

"অদুদা কৈদৌরবা?"

খবদি ইজরে, অরাং অপা খরদং ওজাগা তাননজনিংদুনা লাকচবনি।

কৈক্লে, হিরমদি, মফমনা কদায়দা, কৈদৌঙে?

অইবা খরদুদি য়াওরকপরা য়েংসিনে। ওজা চোঙ্গোননা মরি মরি চংথরকখিবনি।

- য়াওজরকই ওজা, ঐ হেক্তা পাথজরকউরা?

- য়ায়নে পারকউ তাসিনে।

রামেশ পাথবা হৌরকখি।

"অরাং নোংপোক ভারত অমসুং মনিপুর"

ওজা মসিনা টোপিক ওইরগে খঙ্গবনি।

অরাং নোংপোক ভারত হায়রগা অসাম, অরুনাচল প্রদেশ (নোর্ট ইষ্ট এজেন্সি) অসন্নীদা "নেফা" হায়রগা খংনরম্বা মেঘালায়া, মিজোরাম, মনিপুর, নাগালেণ্ড অমসুং ট্রিপুরাবু খংনৈ।

অতোপ্পা অমনা অরম্ভবী অরাং নোংপোকপু ওল্লীঙৈ মতমদা আসাম রিজন হায়রগসু খংনরম্মী। খংনরম্বগী মরমসু লৈ। অসামগী কোনুং হৌজিক মেঘালায়াগী কোনুং ওইরিবা শিলং (শিলোং) দা ওইরম্মী। (১৯৬৪)

মেঘালায়াগী নুঙগী ওইবা রাহনথোক্তী লৈচিনগী যুম (লৈফম) হায়রগসু খংনৈ। অতোপ্পা রাহম্ভোকসু লৈরমখিবা য়াই। মেঘালায়াবু ইংশোক ১৯৭০ এপ্রিলগী তাং অনিদা অসামগী গারো হিলস, খাসি হিলস, জায়ন্তিয়া হিলস অমসুং শিলং (শিলোং) য়াওনা ওটোনোমস ইনুগরেট তৌখি। ইংশোক ১৯৭২ জানুৱারীগী তাং কুনগামাথোইদা মপুং ফাবা ষ্টেট অমা ওইখি। মপুং ফারবা ষ্টেট ওইরবা মেঘালায়াগী কোনুং শিলোংদা ওইরি।

মসিগী মতুং তারকপদা অসামগী কোনুং গৌহাটি (গুৱাহাটি) দা ওইখি। হৌজিক্তী অসামগী কোনুং গুৱাহাটিদা ওইদ্রে। দিসপুরদা ওইরি (গুৱাহাটি মনাক)

মিজোরামসু অসামগী মিজো ডিস্ট্রিক ওইরম্বদগী ইংশোক ১৯৭২ জানুৱারীগী তাং কুনগামাথোইদা ইউনিয়ন টেরিটোরি ওইখি।

অসাম রিজন হায়রম্বদগী অরাং নোংপোক ভারত হায়বনা হেন্না খুংলোইরক্লবা মফমসিদা ইংশোক ১৯৭১ গী মীকোক থিবগা ইরোই-ইরোইননা লৈখিবা লমগী পাক চাউবা অমসুং মী তাবগী চাংদি, অহানবদা অসাম পাক চাওবা স্কুৱার কিলোমিটর ৭৮,৫২৩ নি। মীশিংনা ১৪৬২৫১৫২ অদুগা মী তাবগী চাংনা স্কুৱার কিলোমিটর অমা খুদিংগী ১৮৬ নি। অরুনাচল, পাকচাওবা ৮৩৫৭৮, মীশিং ৪৬৭৫১১, মী তাবগী চাং তরুক। নাগালেণ্ড, পাকচাওবা ১৬৫২৭ মীশিং ৫১৬৪৯১ মী তাবগী চাং কুল্লামাথোই। মনিপুর পাক চাওবা ২২৩৫৬ মীশিং ১০৭২৭৫৩ মী তাবগী চাং নিফুনিপাল। মিজোরাম পাংক চাওবা ২১০৮৭ মীশিং ৩৩২৩৯০ মী তাবগী চাং তরাগা তরুক। মেঘালায়া পাকচাওবা ২২৪৮৯ মীশিং ১০১১৬৯৯ মী তাবগী চাং নিফুমঙা। ত্রিপুরা পাকচাওবা ১০৪৭৭ মীশিং ১৫৫৬৩৪২ মী তাবগী চাং, অপুনবা পাকচাওবা ২৫৫০৩৭ স্কুৱার কিলোমিটরনি অদুগা অপুনবা মীশিংনা ১৯৫৮২৩৪৬নি।

অমাং নোংপোক ভারতকী লমদম অসিবু চীং অমদি উমংনা নক্না মথক্কী (জঙ্গল) হায়নবসু লৈরি। শাকচাওবগী চাংদা উমংনা কোক্লীবা চাঙ্গী চাংদি অরুনাচল ৯১.৩, মিজোরাম ৬০.৫, ত্রিপুরা ৫৯.৯, মনিপুর ২৭.১, অসাম ২৫.৮, নাগালেণ্ড ১৭.৪ অমসুং মেঘালায়া ৩২.৯ নি।

অসামগী জঙ্গলদগী ফংবা অচৌবা অমদি অকনবা উশিংনা অতৈ হিরম কয়াদা শিজিন্নবতা নংতনা প্লাইবুড সেমদুনা চামনাগী উপু সেম্বদা অচৌবা মৌদাং লৌই।

ভারতনা নিংতম্বা ফংলবা ফাওবদা অসাম রিজন্দা অফবা রেল লম্বী ফাওদ্রি। ইংশোক ১৯৪৭ কী মতুংদা অপিকপা রেল (মিটর গেজ) রেল্ট বেঙ্গলগী কলিকাটা (কোলকাটা) গা ফাওহন্দুনা ভারতকী অতৈ মফমশিংগা সম্নবা হোংনবা হৌখি। হান্নদি য়াম্না পিকপা লম্বী অমখক্লা মদুসু হিমালয় চীংখোংদা ফাওদুনা অসাম রিজনগা ভারতকী অতৈ মফমগা শম্নরম্বনি।

অমাং নোংপোক ভারতকী মরু ওইবা শিনফমদি লৌউ শিংউবনি। মরু ওইবা পোৎথোক্লা ফৌনি। মথংদা অসামদা লিমোন (জুট) নি। মদুসু বেঙ্গোলগা চাংদম্নরুবা ওমদে। মথংদা যুবী থোকই। মদুসু কেলেরাগা চাংদম্নরুবা ওমদে। যুবী পাম্বী অমদি ক্কা হৌদবা মনিপুরনা যুবী অমদি ক্কাবু য়াম্না কা হেন্না তঙাই ফদবা ওইনা শিজিন্নদুনা শেল মাংহল্লি। অমাং নোংপোক ভারত্তা ইন্দাষ্ট্রি লৈতে। থবক ফংদবা লাইরিক হৈরবশিংদা থবক পিবা ওমদে। শুক্রেমক লৈতে হায়বদি য়াররোই অসামগী হিন্দুস্টান পেপর মিল কোর্পোরেসন, বোঙ্গাইগাও ওইল রিফাইন্নরি নগাঁও, জোরহাট, ডিব্রুগরহ, সিবসাগর ফাওরগা লৈরিবা টিনসুকিয়াগী থাও থমফম অমদি চা বাগানশিংনদি অসামগী প্রজাশিংগীদমক খরা মখৈদি শাফহল্লী। হৌজিক্কী নুংল্লিগরহনসু অচৌবা মতেং ওইরে।

ষ্টেটশিংগী অকুপ্পা নৈনবগী তাঞ্জা নোংমা খুদোংচাবা কবিগুম্বা অমদা লৌজগে। ঐনা লাক্লীংলিবদি মনিপুরগী হৌজিক ওইরিবা অঙকপশিংসিনি।

যুবীদগী হৌরগা ক্কা, সেম অমদি শুা ফাওবসি অসামগী বররেটা

করিমগঞ্জ (কোইরেঙ্গ) দগী ফাবৌনা নম্বা ঙারি অঙকপনি মনিপুরনা পাল্লীবা ঙারি নম্বা ফাবৌদি লমদমসিদা সুংথোক থোক্কে। পুথোক্লবসু খল্লুবা শংনদে। যুবী, কা, সেম-সু অদু মঙাই সুংথোক থোক্তবা মফমসিদ অয়ৌবী থাক্তা অঙকপা ফংনা তঙাইফদবগুম শিজিন্নে। শঙ্গোম য়োম্লোক্লগা ঙারি চাবদ হৈনল্লবা মৈতৈনি। হৌদোক্লুবদা অঙাওবা তাগদবা, চৈফাওবা চারক্কদবা মাল্লী।

লম্বী থোংদা অমুক য়েংসি। খায়দগী ফরিবা হুঞ্জন হুঞ্জন সেল্লীবসি জি এম হোল মমাংদি থম্বু থমখিসি গবর্ণরগী বঙ্গলো মমাংদুখক মঙাইবে, অতে লম্বী লৈরক খুল্লক্তগদি ফোটো নল্লগা ফোবেন্দকা য়োল্লবদি য়াম্না শিংকদবা মাল্লি।

ইম্ফাল শহর ময়াইদা অমুক য়েংসি। লম্বী চংলিবা প্রজা ঐখোযসু অসুক্কী মতিক ভাব তামিন্নদে। য়াদে হায়বা মফমদুদা চংগদবগী ঙাংনৈ, হোংনৈ অফাওবা শানৈ অঙম্বা শক্লে। য়াদে হায়দুনা থিংলিবশিংসু থম্মোয় শেংনা থিংদে। চাওখৎলবা মতম্লী অতে মপাল লমশিংদা লাইট না সিগনেল পীনৈ। মনিপুরদদি খুদোনবিনা থিন্দুনা লিচৈনা কন্দ্রীফাওবা গ্যান তানদে। মসিবু করম্বা মতমদা মঙফাওনরকখিনি ?

অমুক্তা ঙায়খো রমেশ। ওজা চোঙ্গোননা মরক থংলকখিবনি।

নঙগীসি তাবদি য়াম্না নুংঙাইহিরি অদুবু পেপর ওইনা পাগদবনিনা খর সেমখিসিকো।

য়ায় ওজা তাকপিয়ু। অদুননি ঐনা ওজাগী নাক্তা লাকচরিবসি। অদুগা মিজোরামগী মরমদসু খরগা পনজরি।

ফরে মদুমগা পাথরকখো, কোন্না পুন্না সেল্ল সি।

মিজোরাম চীংগী শরুক্লা নম্বা মিজোশিংতনা নম্না তাবা লমনি। ঙসিদগী চহি খরগী মমাংদা লালহৌবগী ইরাংদা ঙমখৈ লৈতনা য়াক্করে। অদুবু ঙসিদি হায়নিংঙাই লৈতনা চাওখৎলে হায়বদা হায়মনবা থোক্লরোই। ষ্টেটসিনা মরু ওইবা অতে ষ্টেটশিংগা সম্নরিবসি সিলচরনি। সিলচরদগী লাক্লগা মিজোরাম হেক লানসিল্লমদাইদা পার্মিট চেক তৌবা হৌরগনি। মদু লুপা মঙা-তরানা ঙাংন শরুবা য়ারোই। খুদক্তা লোক অপ য়ৌগনি। আইজোল সিটি য়ৌরগা রিং রোডশিংদুদা

হায়থগদবা মফমশিং করিগুম্বদা হেন্দোকখ্রবদি মনিং হুল্লকপা ম্লারবোই। রাওন অমা কোয়রক্লগদবনি। ড্রাইভবশিংনা সিটি মনুংদা গাড়ি যৌবা মতমদা চুকপ থকপা, তেপ খোংবা, খোংউপ তোংদবা য়াদে। অথিংবসি থুগায়রবদি পৈশানা ঙাংনবা যারোই খুবাক অনাবা থরদি শোয়দনা চাগনি। তেপ্পু ব্রায়ারিং শোয়দনা তৎলগনি। খ্বাযদগী ঙক্লীবদি।

মদুনা করি? ওজা চোঞ্জোননা মুন্না তারগা যাম্না খঙনিংনা মরক থৎলকখিবনি।

নুপীশিংনা মান গাড়িশিংগী হেন্দিমেন ওই। যুম অমগা অমগগী মরক্তা শম্বল খানদে, হুরান্নদে।

হোটেলদা চাক চাবদা প্লেট সিষ্টেম অয়াম্বা ওইদে। য়েন মফৈ অতাওবা শা-ঙা অথোংবা অতাওবা অরৈমখৈ পুথোরক্লুনা টেবলদা থমগনি। অঙম্বা অওকপমখৈ চাগনি। মী অমগী লৌফম থোকপা শেলতমক লৌহৌগনি। কবাম চাওদুনা য়েন মফৈ অতাওবদুদংনা পুক থন্না চাখিবসু য়াই। অদুবু লোযববা মতুংদা করি লমদমদগীনো, করি জাতিনো সোয়দনা হংগনি। মসি তৌগনবা মী খবা লৈ হায়বসু মখোয় খঙই। লকক তৌনা রমেশনা হনগৎনা য়েংলকপদা।

"মখাদি?" ওজা চোঞ্জোন্না তকসিনবা অমা য়াওনা খঙনিংনা হংলকখিবনি।

"মখাদি ইথোকত্রি।" খঞ্জবদি লৈরে ইথোক্লগে। মতাং চানা তাঞ্জাদুদা ওজা চোঞ্জোনগী মচানুপীনা চা পুথোরকই। মখোয়নিমক চা গ্লাসতু অমমম পাযনরগা উঙদুনা লৈনখি॥

# দান

অসুম অসুম নীংথায়সিন্নরুবা তোর্বান অমদা হৌবা তম্নায় অমা য়েন্নীং হন্দনা উরাই শিথরক্লবা অচৌবা উপাল অমগী উথোং উরমদা মখোয় মণ্ডা তরুক ফন্নদুনা মীফম অমা পাংথোক্লী। মতমদুদা চাওথোয়গী ফুরিংফাওদা য়াওনা মোবাইল ফোন অমনা 'সারে জহাঁসে অছা হিন্দুছটা হমারা' হায়না ঈশৈ শক্লরুম্মী। ময়াম মরক্তগী হৌগৎখিদুনা চাওথোয়না মোবাইলদু মনাকোংদা থমখি।

চাওথোয়না হৌগৎখিঙৈ চাঞ্জাদুদা মরুপ অমনা হায়রকখি। নুপানা কোয়বিদবা, নুপীনা কোয়তান তান্নরগা কোযরকপী মাগী চান্নজবী খম্বলজাওবীদু শোয়দনা ওইরমগনিসে। মদুসু পিসিওদগী তৌরকপা শোয়দনমক্কী ওইরমগনি।

মরুপ অমনা খুন্নকই। করিগীনো হৌজিক্কালসিবু নুপানা কোয়দনা নুপীনা কোয়তাল তান্নরক্লীবসিবু?

ইহে, পাথং মখেদি নহারোল খরা য়াওখি। সিফায়না খরা হাংতোপিখি। নিষানা খরা অমা মখৌরিদা থৌরিনা থুদুনা চীংথুখি। নাতে চাবদি লৈদি লৈশিন্নক্লে। মসিদবু লৈহৌরিবা অফবা ঐখোয় খরদবু তান্নদনা কনাদবু তান্নরুগদগেনে মরুপ! ময়াম পূন্নমক ব্রা লাওনা নোকই।

মরুপ অমনা মখা তাবথরকখি।

মীফমগী ক্লাইমেক্স অসুক ফজনা জিরি জিরি কাখৎলক্লবা মতমদা কদায়দগীনো ট্রেজেদি সিন অমা ফরক ফুজিন্নক্লীবসিবু?

ফরে ফরে, হায়গুন্নদনা মীফমলোমদা অমুক মায় ওনসিল্লসি। মরুপ অমা হায়রকখিবনি।

অদুদি দান হায়বসি করম্না ব্রাহম্বোক পীগনি? কদায়বু দান কৌই মখা চংথরসিকো।

অচৌবা হোটেল অমা তৌরবা, মদুদা চাক থোঙ থাক্লবা, ফিসু-ফিজাম্নবা, ব্রাইরম শিংতোক নাম্বোক্লবা, পাখোল ইখোল চংনবা মী ময়াম অমা থবক পীরবদি, মদুগী থবক্তুবু পীল্লিবা মহাজন অদু মীয়াম অমা থবক ফংহনবগী দান তৌরবা মীশক অমা ওইরেকো।

কদায়দগী কদায়দগী মীয়ামদুনা লোং হেক ঙানবদগী কুপনোমদা মমায়দফাওবা হাকৎচবা খোংচবা ঙমদবমখে হোংনজরগা, ঙাইহাক্তংগা লেপ্পুবা উপ্রবদি, কনাগী মীওইবগী য়াকা ঙাংবিপোনতে। হয়েং থা ফায়রুবা মতমদদি তলবনেনা হৈগ্রু মনাদা য়োন্নগা, ময়ুমদা চেনখিনবা ভবা ফাওবা কোয়দনা পীবিগদৌবিবনি। য়ারোই মসি দান কৌবা য়ারোই।

অদুদি, অচৌবা দুকান অমা ওইনা অমুক য়েংলসি। য়ারোই য়াবোই মদুসু চপ মান্ননি। নুমিৎ চুপ্পা মখ্বাং মনম তেকপমখে মী ফা ফাদুনা পোৎ যোঞ্জবগা অফংবা শেন্দোং মখেদি মহাজন্না মাগী বাক্সিদা হাপচিনখিগনি। হয়েং অরেম অপা নিবগুম পিবরুনি। মসিদবু মী থবক পিবি হায়দুনা করম্না দান কৌগদগে?

ফবে, অদুদি প্রাইভেৎ স্কুল অমদা অমুক য়েংলসি। লাইরিক হৈরবা, সরকাবগী থবক ফংহৌদ্রবা পাখং লৈশাবী, নহা অহল খাক্তনা এজ বার ওইপ্রবশিং কয়া অমা থবক পিদুনা স্কুল লিংখৎলীবা নুপা নৎত্রগা নুপী অদুনা তৌরিবা থবক অদু অচৌবা দান মখল অমনি। মরক থৎলকখি।

কদায়দগী কদায়দগী, মদুদি দান নত্তে। মদুদগী হেন্না চাওবা পাপ অমা লৈত্রবনি। করিগীনো হায়রগা ঙসায়গী অতৈ অতৈদুদি খরবু ফরিয়ে। মখোয়দি লাইরিক লাইসুগসু পংতম তমহৌদ্রবনিনা শেলসু কয়া তিংলম্লরোই। প্রাইভেৎ স্কুলগী ওজাশিংসিদি, ঙা মচা লিশিং লিশিং পাংতা থাদপ্রগা, খোয় চোপ্তুনা শান্নজবগুমজাৎনি। অদুনা মসিগুম্বা থবক তৌরিবা কাংবুসিসু দান তৌবা কৌদ্রেকো।

মরুপ অমনা অমুক হায়রকই।

অদুদি তর্পন পম্থাদা মীয়াম অমা বার্ত্তণ তৌরগা চাক পিজদুনা, লোয়রকপদা দক্ষিনাগা তৌরদুনা মীবু পেলহল্লবীবা মখোয়শিংসি দান তৌবা মী হায়বদু কৌবা তারেনেকো।

কদায়দগী কদায়দগী মখোয়না তৌরিবদু দান নত্তে। শেনয়াম খাওজাও পায়দুনা মনায়ও মশলও কৈথেল কাররুগা তজুনা লৈথোকখিবদা লাইরবা ঐখোয়গুম্বনা লৈজনবা অমৎতা খাকপিরমপোনতে। মদুগী নুমিৎতু পোৎ তাংবা

নুমিৎ অমা ওইববনি। লৈবদা য়াওখিবা ময়ামদু থোংদোক্লগা লোয়না লেমহন্দুনা শড়ক নাল্লাদা হৈদোরক্কদৌবিনি। মদুবু দান কৌবদি লোযবেদনা।

মকপ্না ব্রাবৌনা হাযবকই।

ঐনা হেক হাযবিবমখে নঙনা লোযনা ককই। মমৈথংদদি নঙগা ঐগা দানগী মবমদা কৌনবক্তফাও যাদৌবিকো।

ইহে মকপ, নেমথবিখো ঐ হাযজবক্কে। যাবিনিংববা যেংবিউ।

'দান' হাযর্বাসদি অঙকপা পোৎশক অমনি। মী খুদিংমক দান তৌথোক্লীংদবা লৈতে। লৌচা শিংজা লৈজবা, ইংখোল-শম্বলসু চাউনা মবৈজবা, অঙাং অম'নি নৎতনা ইমুং অমদা অহল মঙা লৈবদা লোযনমক সবকাবগী থবক তৌদুনা তলবকাসু চাউনা চাউনা চাববা মদুগী ইমুংদু ফাওবা দান তৌনিং তৌনিংনা মশাগী শিনবা কোন্নজদবদগী দান তৌথোকপা ঙমদে।

পাযববশিংনা দান তৌবক্লীবসিদি পাপ্তা তানখিবা মদাও যাখিবদগী মবাইবক ফখিবা মানা মীগী হুমাংমল লাং থাক্তুনা খোমজিনখিবদু পাথোবকপা খবা কংথোক্লকপনি। অদুনা মদু ঈশ্বরনা দান তৌবক্লবনি হাযনা খক লৌবমলোই।

দান হায়বসিদি, মশাগী হিংবদা শোযদনা চংলগদবা, খজিক্তং শোযখিবদা উবোকথোংদগী নাম্থাখবশুন্নদবা মদুগুম্বা চিববা মতমঙ্গা মশাগী খাক্তনা কংথোকপদুবু দান কৌইনে মকপ। খুদম অমত্তং থমজগে।

পাঙ্গল মযেং তাবক্লবা, সুবা নোম্বা ঙল্লকত্রবা, অহলগী মতম ওইশিল্লক্লবা, মচা মশুসু মবাইবক থিবনা শাগৈ মুৎলগদবা। খ্বায তিনবা কৈথেল থোক্তুনা অতা অতু চেঙ হব্রাই খুন্দুনা পুবক্লগা থোংলবা মতুং চাগদবদা ঙাইববা মতমদা চাদবনা চবি চিংখৎচবা ঙমদ্রবা ভিক্ষাবি অমদা তংখায অমা পিজথোকপা ঙম্বা। মবুক থন্দদুনা অপেনবা পোকপা উদবদগী মশাগী শবক্ক খাকহৌদনা ভিক্ষাবি অদুগী অপেনবা ওইনবগীদমক শিৎ নান্না পিজথোকখিবা অদুগা মোমোল নোক্তুনা অপেনবা ওইজখিবা। মদুগুম্বদু অশেংবা দান অমসুং দান তৌবা মীনি।

মকপ অমনা যাম্না মমোল হন্থুনা হাযবকখি। মদুগুম্বা দান-দি হৌজিকপু কদাযদগী লৌকদৌবিবা'॥

# TENSE OF AUTHOUR

| | | |
|---|---|---|
| Name | : | **RAJEN KHUMUKCHAM** (Used while writing in th News paper and books) **( KHUMUKCHAM RAJEN SINGH )** |
| Father's Name | : | Khumukcham Budhi Singh S/o Late Kh. Atomba Singh and Sangaijaobi Devi |
| Mother's Name | : | Khumukcham Bheigyabati Devi D/o Late Akham Kala Singh and Madhumati Devi |
| Date of Birth | : | 09-04-1958 (Wednesday) |
| Address | : | Sagolband, Khamnam Leirak, New Cachar Road Imphal West - 795001 (Manipur) |

## EDUCATIONAL QUALIFICATION :

1. I.T.I, Carp 1976 (N.T.C)
2. I.T.I. Wireman 1978 (N.T.C.)
3. B.A. 1981 (Manipur University)
4. B.P.Ed., 1983 (Nagpur University), with distinction
5. M.A., 1984 (Delhi, Not completed)

## EXPERIENCE :

1. Junior Instructor, Government Polytechnic, 1985
2. Physical Education Teacher
   Regular English High School, 1987-88
3. Assistant Security Inspector, MSRTC, 1988-2003
4. Dimapur Posting as Security in-charge, 1993
5. Ex-Private Security Guard, 2004.
   (Andheri West - Mumbai)

## OTHERS :

1. Ex-Library Secretary and Drama Artiste of Western Art Social and Cultural Progressive Assn., Khamnam Bazar
2. Ex-Drama Artiste of North East Dramatic Union, Khurai.
3. Civil Service Drama Competition participated as Artiste of GOPOLY.
4. Kang Player
5. Founder Editor of Literary & Cultural Society, Imphal.
   Published one journal (Nongma) and One Novel (Meehatpa)
6. Ex-president of A.M.A.U, Imphal

7. Founder Secy. of A.M.E.I.T.I.W.P.U., Imphal
8. Video Film Artiste ( Ashiba Thawaigee Mami )
9. Lyrics of Audio Cassette
10. Poem presented at AIR Imphal, 1984
11. Participated Rellay Hunger Strike for Language (VIII Schedule), under Manipuri Sahitya Parishad on 15-01-1992

## REWARD AND CERTIFICATE RECEIVED :

1. Ministry of Education and Culture Government of India, New Delhi organised by R.D.O., TREKKING IN MANIPUR HILLS, 20th February, to 21 st March 1981, one certificate
2. Directorate of Sports, Physical Training & Youth Services, Government of Manipur 5th to 11th August, 1981 work camp of youths, one certificate
3. National Integration Cum Youth Leadership Training Camp 2-12-81 to 11-12-1981 under National Youth Project, One Certificate.
4. State Level Youth Services Camp conducted by National Youth Project from 15 to 21 April, 1982 One Certificate
5. Central Board for workers Education Ministry of Labour, Government of India Leadership Development Training Course 19-8-96 to 18-9-1996, One Certificate.
6. Cash reward while working in MSRTC on 27-3-1996 for exceptionally good works done and devotion to duties.

## PRESENT

1. Executive member of IMAKHOL, Awang Potshangbam, Life Member of THE CULTURAL FORUM B.T. Road, Imphal and Life member of NOHAKHOL, Yurembam, New Cachar Road.
2. Zonal Manager letter Global Educare Indya Sangai Courier (Capital) Service. posting place Bangalore.

The authour is a person having strong determination to dedicate his remaining life in ager of writing.

Lengthly I'm fortunate and thankful enough for allowing me to publish the book.

Readers are thanked



*Publisher*
**Sapam Indira Devi**
**RINDA HOUSE**

## রাজেন খুমুকচমগী ফোঙলবা লাইরিকশিং ঃ

১। বিলতাসনা মঙ্গুরি (শৈরেং) - জুন, ১৯৭৯
২। হোঙলে শকম অদুঙেগী (শৈরেং) - ডিসেম্বর, ১৯৮২
৩। লোইসিন্নবা ৱারী (ৱারী মচা) - এপ্রিল, ১৯৮৩
৪। Carpentry Workshop Book (I) (Eng.) - 10 May, 1985
৫। লৈবাগী কনাগুম্বা (শৈরেং) - ২১ নবেম্বর, ২০০৪
৬। মচু মচুগী সংসার (ৱারী মচা) - ২০০৫

**মরিশুবা লাইরিক অসি গোভর্ণমেন্ট পোলিটেক্নিক্তা তম্লীবা পার্ট ৱান টার্ম ৱান ছাত্রশিংদা খজিতুং ওইরবসু মতেং ওইগদ্রা খল্লদুনা ইজরগা ফোঙজখিবনি।**

*লিটরেরি এণ্ড কলচরেল সোসাইটি ইম্ফালগী ফাউন্দর ইডিটরনি। "নোংমা" কৌবা চেকোং অমা পুখোল্লম্মী। মীথাংপা (নোভেল) ইডিটর ওইনা পুখোকখি। অশিবা থবায়গী মমি (নোভেল) অহুমশুবা খুদম মতেং পীদুনা ফোঙখি।*

*রাজেন খুমুকচমগী মঙাশুবা লাইরিক ফোঙদোকপগী থোরম (২১-১২-০৪)*

*আই এস কাংজম ( প্রোফেসর, মনিপুর য়ুনিভর্সিটি) না হায়খি - মতমসিগী থৌদোক থাখোকশিং ময়েক শেংনা মমি তাবা উই। মাঙশিল্লক্লিবা কলচর অমসুং ট্রেডিসনগীদমক শৈথাদুনা হৈরি। অকুপ্পা চেঙহিগী মনম/কমকই ভসিদি নীংশিংলুবদা ..." অশোকপা থম্মোয়গী পাউদম্মী। 'হে পৈশা' হায়বা শৈরেংদা, পৈশানা পুম্নমক ভন্নবসু, হে পৈশা নঙনা ভমদবসু শৈরমগনিকো। মসিনি অইবনা ফোংদোক্লকীবসি।*

*নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহ (প্রসিডেন্ট মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ) না হায়খি - অচম্বা শৈরেং হৈবা হায়বসি লাইদবনি। শৈরেং মখল অনি থোক্লা য়েংবা য়াই। হৈচম চম্না বাহৈনা খুন্নফোঙদোক্লা অপাকপী থম্মোয় জয় তৌবা। অদুগা অমনা উক উক শৈশিনখিদুনা অপাবশিংদা যাম্না বাহনবা অর্থদু খঙবা ভমদবা অদুবু রাজেনগীসিদি হৈচম চম্না বাহৈনা জিরি জিরি লাক্লগা অবোইবদা বাহং অমদি হেক হেক হুংলম্মী।*

*রাজকুমার গুনচন্দ্র সিংহ (প্রসিডেন্ট ইমাখোল) না হায়খি - খাম্নবা য়ারোইদৌরিকো। অশৈবগী শৈরেং "খঙদে", মঙলানগী রাজকুমারি' ... না থম্মোয়দা অপাম্বনা থেংলবগুম তৌই। শৈরেং অসিমক করিগুম্বা ঐনকা রিভিউ তৌরবদি চেমায় চাম্নামুক পানবা লাইরিক অমা থোকদ্রা খল্লী।*

*নবেম্বর ২৬, ২০০৪ হৈং হৈরাই নুমিৎ, পোকুখম পাউচেদা থোকচোম কিরন মৈতৈ, রাংড়ু সাবল শগোল লম্পী শৈকায়না অপেনবা পাউদম্মীরকপীখিবগীদমক থাগৎচরি।*

*জানুৱারি ১৬, ২০০৫ হৈং মতমগী মকাইরোল পাউচেদা শ্রীযুগেশ্বর রাইখ্বা-না পাউদম অমা থম্নীরকখিবগীদমক ওজা হৈবুংঙোবু থাগৎচরি।*

ফোঙজবী